**WARI SHINGJU**
*a collection of Manipuri short stories*
*by Tolchou Shamjetshabam, Thongjao.*

*অফোঙবা* : সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং।

*ফোঙবা* : ওক্টোবর ২০০৩।

*কোপী মশিং* : ৫০০ (চামঙা)

*মমল* : লুপা ৫০/-

*লাইরিক নম্ফম* : পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং।

*লাইরিক ফংফম* : অইবা অমসুং অফোঙবা
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং অমদি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

**ফংফম থোকপা পুম্নমক অইবগীনি।**

# ৱারী শিংজুগী ৱাখল্লোন

*শ্রীতোলচৌ শমজেৎশাবম্না অনিশুবা ওইনা খুৎথাবক্লীবা ৱারী শিংজু - পাজরে। মসিদা তোঙান-তোঙানবা বিষয় কয়াদা নৈনবা ৱারী হায়বসু য়ারবা অমরোমদা দ্রামা মতেক খরসু য়াওবগুম তৌবা ৱারেং তরামরি য়াওরি। হায়রিবা ৱারেংসি অসিদা অইবনা ফোংদোক্লিবসি ঙসিগী সমাজদা অচৌবশিংনা মচা-মচা শোখনা লৈরিবা কাংবুবু হল্লূনা য়েংদুনা তুহৎপিবসি অমদি ৱায়েন চুপ্লি পায়রিবা অঙম্বশিংনা মাগী অপাম্বা ফংনবা হোৎনবদা মীওইবগী পুন্সিবু করিসু ওইদনা উবদগী মথোৎ কারকপী কয়াগী পুন্সিবু লম-খাঙদা মাঙহনখিবগী পেন্দবা মদুদা সমাজদা হোংলক্লিবা ফিডম উৎলি। অদুদসু নত্তনা সমাজ সেবা তৌরিবা মীওইশিংনা লৈবাক্কী প্রজাগী য়াইফনবা শেম-শাবগী মহুত্তা মশাগী ওইজবা থিদুনা মীয়ামগী ওইবা পোৎশিং অসি য়েংশিন্দবগী থেংনরিবা পেন্দবশিং অসি অচুম্বা ফিডমদা থম্লিংবগী ৱাখল্লোন লাইরিক অসিদা মমি তাহল্লি। অইবগী পুক্লিংগী ৱাখল্লোন অসি মী খুদিংদা ফাওহন্দুনা অফবা সমাজ অমা পুরক্নবগী অনিশুবা কলম্মী। অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসিনা মণিপুর সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচল অমা ওইগনি থাজে।*


শ্রী এম: মনি সিংহ
রিতয়ার্দ ডি:আই: ওফ স্কুলস
শুগ্নু অৱাং লৈকাই।


*শুগ্নু, তাং ২০/৯/২০০৩*

# ৱাফম অমত্তং

শ্রী ওজা তোলচৌ শমজেৎশাবমগী ৱারী মচাগী লাইরিক - ‘‘ৱারী শিংজু’’ পাজরে। হৌজিক হৌজিকমক ইরমদম অসিগী নাক-য়েত্তা লেপ্পা লৈতনা থোকলিবা ৱারী কয়াগী লৈচন্নী। অইবগী কলমদা চৎনবী পথাপ্পু কায়দনা ইবা খুৎইনি।

শ্রী ওজানা পামজবা খুৎইদি ফোঙ-ফোঙ শানা ঈরোয়নরিবা মণিপুর সমাজগী শক্তমনী। ইরমদমসিদা অমোৎপা, ফত্তবা কয়াগী রাখল্লোন্দা লুপ্পুনা ঈরৈচাশিং মাঙখ্রগদ্রা খনবগী অইবদা মমি তাই। ৱারীগী মতাং মতাংদা অৱাবা, পুক্নিং লাঙতক্নবা কয়া নুংঙাইবা রাখল্লোন্দা পুযোক্তুনা অইবগী হৈ-শিংবা অমদি মনীঙ-তম্বা উৎলি। হিরম অসিদা অইবা মশামক মায় পাকই হায়নিঙই। ৱাহৈ-ৱাতা, ৱারী ৱাতাই অমদি লোন্দাদা মতমগী চৎনবী ফাওনা ইবা ঙমই। নহা, অহল খায়দনা ৱারীশিংসি পাবদা কান্নগনি খল্লি। অইবগী কলমদগী মণিপুরী সাহিত্যগী মচাক কয়াগী লৈচলশিং মথা-তানা ঙাইরি।

S. Melei Singh
*Principal*
DIET Kakching
Govt. of Manipur.

Dated/Waikhong
Tuesday 15th Aug 2003

## ৱাহৈ অমনীদং

শ্রী শমজেৎশাবম তোলচৌ, ওজা অসিনা ইবা ৱারী শিংজু কৌবা ৱারী মচা -১৪ না পুনশিন্দুনা শেম্বা লাইরিক অসি পাবদা থোইদোক হেন্দোক্না নুংঙাইবা ফাওজে। অইবা ওজা অসিগী ৱারী অয়াম্বা হৌজিক-হৌজিক খুঙ্গংগী পুন্সিদা থেংনরীবা অরা-নুংঙাই কয়াগী মমি তাই। খুঙ্গংগী পুন্সিদা চৎনরীবা অশোয়বা কয়া ৱারীশিং অসিদা অইবনা খিন-খিন্দুনা তাকপগুম তৌই।

অরোইবদা হায়জনিংবদি অইবা ওজা অসিনা খুঙ্গংগী পুন্সিদা লৈত-লাইরা কয়া অসিবু মতৌ করম্না সমাজ অসি মীমাম্নবা ওয়গদগে হায়বদু লাইরিক অসিদা উৎথোকপগুম তৌই।

Dated/Thongjao
Thursday, 18th Aug 2003

Sh. Ishingchaoba Singh
Lecturer Statistics
Model Hr. Sec. School, Imphal.

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

"সাহিত্য হায়বসি সমাজগি মিংশেলনি" হায়বা ৱারোলসি সাহিত্যগি ৱাহন্থোক অমা ওইদুনা লাক্লি। মসিগী অর্থদি সাহিত্যনা সমাজগি তুংদা চৎলি। সমাজদা থোক্লিবশিংদুগি মমি সাহিত্যদা তাই।

তপ্পা তপ্পা মরাই চায়থরক্লিবা সমাজ অমা, জাতি অমা অমুক হন্না অৱাংবা ফিদম লৈবা থাক অমদা পুখৎনবগিদমক সাহিত্যনা সমাজদুগী মমাঙ থানা লমজিং ওইদুনা চত্তবা য়ারক্তে। পামজবিবা পান্দম অদু সমাজদা উত্তুনা মচেৎ মচেৎ কায়থরক্লিবা কাঙলূপশিংগি ৱাখল পূনশিনবা দরকার ওই। মতাং অসিদা অইবশিংগি থৌদাং অসি য়াম্না চাওই।

সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং (লিংখৎখিবা, জানুয়ারি ১৫, ১৯৬৭) চহী ৩৬ মপূং ফারক্লে। সমিতিগী তোঙান তোঙানবা থৌদাংশিংগি মনুংদা লাইরিক ফোঙবা/ পুথোকপা অসিসু অমনি। অদুবু হৌখিবা চহী খরা অসিদি হীরম অসিদা খরা শোথকরে। হন্দক্কি চহী অসিদগী অমুক অনৌবা লাইরিক পুথোক্লবা সমিতিনা খন্ন-নৈনবা হৌরকপা মতমসিদা ওজা তোলচৌ শমজেৎশাবম (থোংজাও) না ইবা "ৱারী শিংজু" বু সমিতিগী ১২শুবা লাইরিক ওইনা পুথোক্নুনা মীয়ামদা শিন্নজবা অমদি মণিপুরি সাহিত্যদা অনৌবা খূদোল অমা তম্বা ঙম্বসিদা নুংঙাইবা ফাউজে। ওজা তোলচৌ মতম শাংনা সাহিত্যগি সেবা তৌবা ওইসনু।

কাঙলূপকি, লোলগি, ধর্ম্মগি অমদি অতৈ অতৈ খেন্নবশিংনা ঐখোয়বু কায়নহন্দবা, নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা, অপূনবগী মীৎয়েংদা সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীংনা চঙশিল্লি। মসিগিদমক অইবা খূদিংমকপু সমিতিনা পূক্নিং থৌগৎচরি।

পুখ্রম্বম রাজেন্দ্র সিংহ
সেক্রেটরি,
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং।

তাং ০৭/১০/২০০৩ ইং,
লৈবাকপোকপা



# অইবগী ৱারোল

ঐগী 'ৱারী শিংজু' হায়না মিং থোঞ্জবা ৱারী মচাগী লাইৱিক অসি হান্না ফোঙখ্রবা "ওজা শঙ্কায়" দা অনৌবা ৱারী খরা হাপচিল্লগা নৌনা অমুক পুথোকচবনি। খঙ-হৈদুনা ইজবা নংচদে। পামজরুবদগী হোংনজবনি। লাই য়েকপা পামজবা অঙাং মচানা তম্লুবা য়াওদনা য়েকপা লাইগুম্বনি। অৱান-অহুই য়াওরম্লবসু ঙাকপিগনি নীংজে।

লাইৱিক অসি পুথোক্লুবা হোংনবদা ওজা শ্রীযুক্ত মাইবম হরকিশ্বর সিংহ, হিয়াংলম অমদি পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্স ককচিংগী ইচীল-ইনাওশিংনা ৱাহৈ-ৱাতা বনাম্নচিংবা য়েংশিনবিখি। অদুগা (১) শ্রীযুক্ত এম: মনি সিংহ, রিতয়ার্দ ডি:আই: ওফ স্কুলস, শুগ্নু অরাং লৈকাই (২) শ্রীযুক্ত এস: মেলে সিংহ, প্রিন্সিপাল, ডি:আই:ই:টি:(ডাইট) ককচিং, গোর্ভনমেন্ট ওফ মণিপুর (৩) শ্রীযুক্ত এস ঐইচ: ঈশিংচাওবা সিংহ, লেকচরর মোডেল হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুল, ইম্ফাল হায়রিবা ওজা অহুম অসিনা কমেন্ট পীবিরক্লুনা পুক্রিং থৌগংপিরকখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উংচরি। লোয়ননা লাইৱিকসিবু ফোঙবীনবা হায়জরুবদা হৱাও-হৱাওনা য়াবীরকপগীদমক সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংবু তৌবীমল খঙবা উংচরি অমসুং থাগংপা ফোঙদোকচরি।

অরোইবদা, সাহিত্যবু নুংশিবীবা ইচিন-ইনাও, ইচল-ইচেশিংনা পাঙদ্রবা ঐগী খুদোল অসি অমুক্তং পাবিরগদি হোংনজমনগী মহৈ য়াম্লে খঙগনি।

- অইবা -

# য়াওফম তাকপা



-------

# তম্ফাজাও মশূগী ষষ্ঠী

অয়ুক্কী নুমিৎ হেক থোরকপদগী হৌনা মৈজাও থাগৎলকপগী মৈশাগুম্না চাকথেকমখৈ শারবা কালেন নুংশাগী মৈশাগা ইরোয়ননা মাইক্কী খোঞ্জেনসূ নাকোঙ চেকখায়গদৌমখৈ হৌনা খোংগৎলকই । নুংশাগী মৈশানে মাইক্কী অহৌবা খোঞ্জেন্নে অতাবা মীপূম খূদিং খোয়শাউনহল্লি ।

- হৌমল্লে য়াদ্রে, না পঙশিল্লে; করম্বা মাইকনো ? অসিনি মায়কৈ খূদিং লাউনরক্লিবা, লাঙনরক্লিবা, লাইরিক পাদুনা লৈরম্বা অঙাং মখৈ লাঙনরিবা অদুদা য়াওশিল্লরে।

- মাইক মখোন্না হৌবনে, অঙাং নখোয়নগা লাঙবনে; লাংঙো ! লাংঙো ! অসীনি জ্ঞান তাবা শাবা অহন অদুনা লাউশিল্লরিবা ।

হৌজিক অয়ুক্কী পূংজাগী কাংশিনা অরাঙবশিংদু ফাওদোক্নুনা তাখিনবা কাং-কাং মাপল্লক য়ৈবক্লে । অসুম্না নহা অহন খাযদনা লাঙনরি লাউনরি । অরাঙবা মরক অসীদা হেক লাঙবা য়াওদ্রিবা হায়ববু চন্দ্রিকাগী ইমুংখক্তনি ।

চন্দ্রিকা মবোক হনুবীগী লুখুমদা ফম্লগা শেগায়রবা হুমাই অদু মখোল থোকপমখৈ হুল্লি ।

- হুমাই অমুক্তা লেপউ । থোঙ অমুক্তা লোনশিল্লু মখোল অসি তাবা ঙমদ্রে। অসীনি শিগদবগী নারিবী মবোক্কী ৱাহৈ ।

- অবোক ঙাইহাক খোংলগা অমুক লেপচখ্রগনি ।

- হৈ ! হৈ ! ঈশিং পীয়ু, ঈশিং থক্কে ।

মবোক্কী মতৌ অদুদা মমিত্তগী পি তৈথোকই । গিলাসতগী ঈশিংদু পীথকই, মকোক্তসু থোম্বী ।

মাইক্কী খোঞ্জেল লেপখিবদি হায়রুনু; মায়কৈ অমরোমদগী অনৌবা অমা হান্নগী অদুদগী হেন্না হৌনা খোঙ্গৎলক্লে । অহানবগী অদুনা তম্ফাজাওগী ইমুংদগীনি অকোনবগী অসিনা তম্ফাজাওগী মঙাই ভুবোনগী য়ূমদগীনি ।

মাইক মখোল অনী অদুদা লাঙনবদা নত্তনা ঙাওনবা মীসু য়াওনরে । অঙাওবা অঙাওবী কাংবু কাংবু পুনশিন্দুনা ঙাংনরিবা ৱাফমশিংদু অতৈ করিসু নত্তে । পোৎয়েং শেলগী ঙাক্তনি ।

- ইনম্মা লৌ শঙম অমগীদি পীবিরো । য়াঙ্গংবী নুপী অমনা লৌ শঙম অমগী লৌরিং শেল পীয়ু হায়রি ।

- ঐসু লৈদুনা পীবা নত্তে লুপা ২০০ সী লৌরো। অনীশুবা নুপীগী পাউখুম্নি।

অসুম্না লৌরিং শেল অমদি, লৌখোই শেল হংনবদা শেল ফংলবা কাংবু খরদি অরাঙবা মরক অদুদা য়াওবিদ্রে । থারিক্লে, ইবেতোন মখোয় অনীদি লুপা মঙা তরাগী শেলমি উবা ফংনদ্রি মরমদি মখোয় অনীমক হাকুমগী ৱাঙাং শোয়নখিবা খরা লৈখি । হৌজিক ঙাওনরিবশিং অদুগী মরক্তা মখোয় অনীনা অঙাওবশিংগী মকোক ওইরে ।

মাইক্কী খোঞ্জেন্না অসুক্কী মতীক হৌনা খোংগৎলক্লিবা অদুক্কী মতীক মখোয় অনীগী অঙাওবগী লৈথেৎসু অসুম অসুম হাপকৎলক্লি ।

থৌদোক খূদিং শেন্দানবা, ৱাথোক খূদিং শেল ফংবা থম্বাল মপা হোটেল তম্না থোরক্লে । চানীংদুনা চাবা বোরা নত্তে, লুপা অমগী বোরা লৈবদা ফুরিংখাওদগী নোট ময়ামদো মীয়াম মমাঙদা পুথোক্লে । মদু উবদগী চোইরোল লোন্নবা য়াওনরক্লে। লৌ শঙম অমগী লৌরিং শেল লুপা ২০০, অশুবা মীদা য়াম্না মাঙজবনি, অদুবু ঙসি তম্ফাজাও মশূগী ষষ্ঠীগী মাইক খোজেন্না ঙাওহনবদগীদি অমাঙ-অতোং য়েংনদনা পঙলৌদা লৌনরে । লৌ লিংবখক্তগী নত্তে, খোইবা, লৌহোন ফোয়বা পূম্নমক্কী ৱা য়াওরবনি । ঙসি থম্বাল মপানা হোটেলদা ফম্ন-ফম্না নেকপ্রিবা থবক ওম্বোক্লা য়ামম্রে ।

তম্ফাজাও, ভুবোন মঙাই মশেন অনীমক খুঙ্গং অসিদা হাইন-হুম্না পাল্লিবা

ইনাকখুনবা ইমুং ঙাক্তনি । তম্ফাজাওনা অৱাং লৈকাইদা লৈবনি । ভুবোন্না মখা লৈকাইদগীনি । অহানবা মশূগা ওইরে, নিপাগা ওইবনে ওম্ব্লোক্লা চাউনা শোনবা ষষ্ঠীনি । তলনা কয়াম হৌগদৌবনো খঙদে, বামোন মঙানা নুমিৎ নীনি চঙনা হৌরিবা তলনি, অথেনপোৎ পুবী নূপী ১০০ নেকস্বরবনি। মসিনা নুপী মপাম লোমগী ৱানি ।

তম্ফাজাওগী শুমাঙদা খল্লিবা মাঙুব অদু ওম্ব্লোক্লা চাউখ্রে জগোয় রাস শান্নরবসু চল্লগনি । অশিল অরাঙ ময়াম অমা, মাঙুব ফজনবা শেম শাবা মরোল অমা, পুশিল্লকপা কাংবু অমা, শেমজিল্লকপা মরোল অমা পুমনিল নিল পুল্লাঙ লাঙ তৌগদৌরিবা থবক্তী নুংথিন্দনা ৱারীনি, নুমিদাংদনা লিলা । হৌজিক অযুক্কী পুং ১১ তাবে, লাঙলম্বা মী পূন্নমক ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে, মাইকসু ঙাইহাক্তী চীকথখ্রে।

- অবোক ! অবোক ! মমৌ বিনাসখীনা মৈনীং কুম্ফম কাদগী কৌরকই ।

- করিনো ? মবোক্লা খুল্লকই ।

- অঙাংসীবু কৈনো অমা তৌরে ।

- তৌসনু হৌনসানী ।

মমৌ বিনাসখী মচা অহানবা পোকপনীনা অঙাংগী মরমদা থোইনা খঙজদে । অনাবা অঙাংদু হৌনশানি হায়বা মবোক্কী ৱাহে অদুনা মাগী চিংনবা পূম্বা মাঙহনখ্রে । মতম অসীদা তম্ফাজাও, মাগী নূপী থরোঅঙৌবী অমদি মচা নিপা ইবোহল মখোয় অহুম অচীকপা কা অমদা বার্ত্তোন চিথ-নাম্থ কন্না চ্যেক তৌনরি । অরুবা মতাং ওইবনা মমৌনা কৌবা থৌওইনা তাবিখিদে । মখোয়না অদুক কন্না পানরিবগী মরমদি - ইবোহলগী লুহোংবদা বার্ত্তোন লীশীং অমা তৌবদা পোৎয়েংশেল লুপা লীশীং ৫০ হেন্না লাকখি । হন্দকসু মদুদগী হেনগদ্রা তাগদ্রা অসীনি । মবোক্কী ৱাখলদদি হন্দক্লা হেনহন্দবা য়াদে খল্লিবনি । পোৎয়েং শেলগী মিকানরিঙৈদা মখোয় অহুম্মক তাঙনা ফংলিবা অঙাং অদুবু থৌওইনা য়েংবা শংনখিদে ।

তম্ফাজাও অমদি মাগী মঙাই ভুবোন অনীনা মশূগী ষষ্ঠীদা চাউনা লাঙখৎলিবগী মরমদি মখোয় অনীমক থৌদোক অদুদা খুদোংচাবা অমমম লৌনগদৌরি। তম্ফাজাওগীদি পোৎয়েং শেল পাম্বগী তশেংলে । ভুবোনগীদি মদু

নত্তে। নাহল মখৈ লং অপৌবগী ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউ অচোনবা ওাক্তা শেৎলগা ডাইরি অমনবা ১গা কলম মুক য়াওদবা অমা থারগা অনী থেত্তুনা নোংজু নুংশা মরক্তা অব্রা খণ্ডদবমখৈ চেঞ্জরকপগী মহৈ লোক্কদবা ঙসি তরানিদা মঙায়রে । ভুবোন লাইরিক হৈবা মালহনবদনি, লাইরিক তশেংনা হৈতবনি । মাগী ডাইরি অদু ফাওবা চহী লোইখ্রে খঙজদবনি । মরলমক লৈরমদ্রগদি ঙাইহাক লৈতনা চোপকনি, মাগী মী ফমনবনা চোপতবনি । ভুবোনগী আশাদি হন্দক্কী প্রধান ইলেক্সন অসীদা মীয়াম্না নুংশিবিনবা মশূগী ষষ্টীদা তৌবা য়াবা খরা তৌহৌগে অসীনি । মশূগী য়াইফ মঙ্গলগী ব্রা থোইনবু খল্লুবা তৌদে । হন্দক পোক্লিবা মশূ অসি নীপানি হায়বমখৈদি তারে । য়েংলু খোৎলুবগী ব্রাদি য়াওদ্রবনি । প্রধানগী কেন্দিদেৎ ওইরুবনা মী উনবা চৎপদা থবক য়াম্না চিল্লি । মাগী নূপীসু মামক্লা পোকপা মচা নীঙোল নত্তবনিনা চাউয়েং য়েংবদগী হেন্না কুপশিন্না য়েংবীদে ।

নুংথিলগী পূং অমা তাবগা মাইক্কী খোঞ্জেন্না মহাভারতকী ব্রারী হৌরে তাক্লক্লে । মফি নানবা মী খূদিংমক ময়ুম ময়ুমদা লৈবা য়ানরক্তে । ককচেং শঙ্গমুক য়াম্না থোক্লরকপা মীশিংদু নিপা মখৈনা ব্রারী তাফমদা, নূপী মখৈনা অথেনপোৎ পুফমদা হায়নবা নাইদনা চঙনখি । মিনিবস অমদা লিলা পার্টিসু থুংলরে । বজায় বেঙ্গুনগা লোয়ননা সিফাই মানবা কাংবুনা মাঙ থারগা অরোই অখম নাইদনা অথেনপোৎ পুবিনা ককচেং চৎপগুম মরী মরী লাক্তুনা অচৌবা মাঙব মনুংদা চঙনখ্রে । কুম্মৈনবু নুংঙাইরবদি মতমদি হৌখিবা হেক্তা খঙহৌদে । নুমিদাংব্রাইরম পূং ৫ তাবদা ফিঙৌ শেৎপা ঐজ্ঞাদো বোয় মচা অমগা ইমুং চঙখ্রে।

মপান্দা ফম্লিবা ব্রারী তানরিবা মীয়ামদো তল য়েনবা হৌরকপদগী অদুক চঙখোন্না লীরিবা ব্রারী থৌওইনা তাবিদ্রে । তল থুংইগা থুংদেগা অঙাংদা নত্তনা অহনসু য়াওনা লাঙনরক্লে । লাঙনরিঙৈ চৈরক অদুদা তল য়েনবা নিপানা মাগী নূপীদা ময়োম হেন্না লংশিনখ্রে হায়দুনা লাউনরকপসু য়াওরক্লি । ব্রারী লীরিবা ওজাসু তাঞ্জা য়েংনা ব্রারী মতাং তেনশিনখ্রে । তলগী লাঙবরোমদা মিৎফম থম্বা হৌরক্লে । অসুম্না লাঙনরিঙৈ চৈরক অসিদা মাঙ্গোন্দা ফম্বা অহন খরদি তুমিন তুমিন ইমুংদা চঙনখ্রে । মখোয়গী মতৌ উবদা লাঙনরম্বা মীয়ামদু তুমিন তুমিন লৈনখি ।

তল চাবদা মবুক থল্লবা অঙাংশিংদু লিলা অমুক য়েংনীংলক্লে । তুমিন তুমিন লৈবদুদা হৈনরক্তদুনা মখুৎনা লারৈ কোন্নরগা কন্না কন্না লাওনরক্লে -

"লিলা হৌরো ! লিলা হৌরো ।"

মিকুপ খরগী তুংদা মকোকথক্তা মখুৎ লোন্নরদুনা তম্ফাজাও ইমুংদগী চেম্থোরক্লে ।

"ইপুগী ইবুংঙো নুংশিবা, ইপুদি ওম্থোক্লা য়াম্না মাঙজরেদকো, কৈদৌবগে নঙবু অমুক্তদি হিংগৎলকখোগবা । ই !... ই !... ই !"...ভাবক্তা ভক্তি কৎলি । হায়নবা লৈতনা ভাবক কায়নখি । ⊙

# থম্বালগী লৈরিক

ফাইরেল থাগী নোং মংদনা নুংশিৎ শিৎপা নুমিৎনি । নুংশিৎকী শাফুনা উনা অমগা অমগা থেংনবা অমদি নুংশিৎকী ক্রু-ক্রু লাউবা মশাগী শাহুমনে পুম্নমক অসিনা মীপূম খূদিংগী নাকোং ব্লাই চিলহল্লি । মতমদি নুংথিনগী পূং অনীরোম তারে । তাঞ্জাদুদা খোঞ্জেলদি তাবা ফংদে অদুবু তাদ থম্বাল অমদি ইতৈমা লৈরিক মখোয় অনীগী মওঙ মতৌ উরুবদি ঐ য়েংদনা তোকপা মঙমদ্রে । মখোয় অনীগী খুদোম্বী উৎনরিবা নাতোন শুক্কোক্লরিবা যৌওঙশিং অদুনা মখোয় অনী খৎনরে হায়বা ভাব তাবা ঙম্লে । মখোয় অনীগী শক্তম ঐনা তম্বদা মপূং ফাবা ঙমগনি থাজদে ।

ইতৈমা লৈরিক মমায় চপ্তক্লা শাংই, মনাতোন চাউই, শাবান ব্লাং চাউই । ময়াং কংই , মশম খোই । মানা শাউদুনা শুগৎপা মতমদা মনাতোন্দু হেন্না শাংদোকপগুম তৌই। প্রমান পাহ্নে য়াওনা ব্লাঙাংবা য়াম্না হে । মানা শুগৎলগা জগোয়গুম্না অমুক্তুং উঙলগা খুদোম্বীনা তাদগী মিত্তা হনগে তৌরুবদগী ঙসাই মখৈ মখুৎ মশা কয়া কন্না হাইরমদবা তাদদো মাগী তেন্তক তৌবা য়েৎ থংবগী খুবাক অদুনা ইতৈমগী ওয় থংবা খজাইদা নোংথাঙ কুপ্পমুক থুনা হাইজিনখিবদু তশেংনা পানখিব্রা পানখিদব্রা হায়বা ঙমদ্রে মরমদি মখোয়গা ঐগা লৈনরিবদু খরা থাপ্লে ।

তাদগী খুবাক্কী নোংথাঙ হেক কুপখিবদগীদি ইতৈমগী খুদোম্বী জগোয়সু তাঞ্জা হেন্না কুংশিল্লকপগুম তৌই । তাদা থম্বাল পঙনা শাউগন্দবা মীতানি শাবান্দি ইতৈমনা তংখায় ফানীংচিৎ ব্লাংবা হেল্লি, কুচু মুই, মশা নোয় । মখজাই

চোম্বরপ্না পোঙই । নাতোন শুমাঙগী কোই অদু তীনখাক অমুবা মাল্লি । মচীন খুয় । অয়োকপা ঙাগী চীন্দা হাইফেৎ মাল্লি । খোঞ্জেল পীকই । ৱা ঙাংবদা শং শংদুনা ঙাঙই । মহাক চহী ৫০ গী মীতানি । ইতৈমদু তাদদগী খরা হল্লমগদ্রা খল্লি । ঙসি মখোয় অনী খৎনবগী মওঙ-মতৌ ইতোমতা উরুবা ঐগী সাক্ষী লৈতবগুম্বনি । থৌদোক্তু য়েংলগা ঐনা হেক নুংঙাইতবা হায়ববু মখোয় অনীনা ঙাংনরিবা খোঞ্জেল অদুদং তাবা ফংদবা অদুনি । মদু অতৈ করিনসু নত্তে, নুংশিৎননি। তাঞ্জা অদুদা ঐনা নুংশিৎ ফাওবা চৈরবনি ।

মিকুপ খরগী তুংদা তান চারিবা হায়বা অদুরা, মালংবগী থৌজাল হায়বা অদুরা, খঙবা ঙমদে; নাকোঙ অসীদা ফেমিলি প্লানীং য়াওবা ৱাহে খরা মচেৎ মচেৎ ওইনা তাবা ফংলে । মদু তারকপদগী হান্নদগী হেন্না তানীংবগুম তৌই । তাঞ্জা অদুদা ঙরাং ফেমিলি প্লানীং কাঙবুনা মাইক্তা লাউরম্বা মনা মথুম য়াওবা ৱাহে খরদু নীংশিংলকখি । অদুবু মখোয়গী চহী মতাংসিনা মতৌ করম তৌনা ? ইতোমতা হংজৈ ।

মী খৎনবা য়েংবা লুই, খাম্বসু হৌজিক্তী লুরে । অদুগীসু মথক্তা মতৈ মনাও খৎনবগীনা অমুক্তা হেন্না লুই । অদুবু ঐনা তৌরিবা মতৌ অসীদি করিনো ? কনাগুম্বনা ঐগী ইতৌসী উখিবা থোক্লগদি ওম্থোক্তা ইকাইনিঙাই ওইরে । ইকাইবা নংবদা নত্তনা ৱাথীসু তাবা য়ানা লৈরবনি ।

হৌজিক্তী মাংলংবগী থৌজাল ফংলে । মখোয়গী অপিকপা খোঞ্জেল ফাওবা ময়েক শেংনা তাবা ফংলে ।

- নূপী ঐঙোন্দা ইনশিন্দ্রবসু নিপা নঙনা কোক চৎলুবা য়াদ্রা ?

- ৱায়াম ঙাংবী য়াঙ্গংবী তুমিন খিৎ লৈয়ু ।

- ঐবু অসুম্না শকথীবী য়াঙ্গংবী ওইরম্ব্রা ? ৱাঙাঙ অদুননি চহী নিফু পাখং শারন্লিবা।

- ইস ! ঐবু চহী নিফু পাখং শাবা হায়জবা শারি । নঙদি চহী কয়া লৈশারকপগে হায়য়ু । নয়াঙ কোনবমখৈ লৈশারকপী, নিপা ফারগা য়ুম্বানবী।

- হায়য়ু ঐনা নিপা কনা ফাখিবা লৈবগে ? ৱাফম অদু ঐ লেম্না তোকপা ঙম্লোই । হৌজিমক নিপা ফাখিবা মফমদু চিংঙু ।

- হায় লৈরিক ! ঐ অসি কনানো নঙ মশক খঙলব্রা ? নঙগা ঐগা

লৈমিন্নরক্লিসী মতৌ করম তৌনা লৈমিন্নরকখিবনো নঙ ভাব তাবা ঙন্নিব্রা ?

- চারা হেন্দুনা শিগে তৌরবা মতমদা ঈপানা থাকপিখিবদু ।

- মদুদা নঙনা ঐবু লাং থাকখিবা নৎত্রা ?

- শক্তা নঙবু ঐনা করি খন্দুনা লাং থাক্লগা ফাজরুগনি । লাং থাক্লগা নিপা ফাবা তারবদি মশক মতৌ ফজবা ফাগনি ।

- হায় নূপী ৱাঙাং কারন থাগনু ননম তত্তুনা তোকচনি । নমা হাক্তক্তগী নিপা ফারগা য়ুম্বানবী !

- নিপানী হায়দুনা অদুগুম্বা মী উশিত্তবা ৱাঙাংদু ঐঙোন্দা খক ঙাংবা য়ারোই । লাও ! হৌজিকমক নিপা ফাবগী মফমদু চিংঙু ।

ৱাহৈশিং অসি হায়বগা লোয়ননা তাদগী শাগন অদু ইতৈমনা লাক্লুনা খোঙফম অহুম মরিদং শোরো শোরো চিংই । ঙসাইদগী ইয়াদা হয়িং চঙবা তাম্বোকপা কাউবমখৈ য়েংলিবা ঐগী মিৎফম অদুগা তাদগী খাঙবা য়ানবা খোঙফম থিরকপা মিৎয়েং অদুগা মপা চানরুরে । ওম্বোকপনি ঐ ঙসাইমখৈ অরোনবা ওইরম্বদু হৌজিক্কী ফোংলে ।

তাদগী মায়থোং, ঐবু উখিবদগী হান্নদগী হেন্না ঙাঙশিল্লকপগুম তৌখি। অখুবা মচীন্দুসু খংলাও লাওথোকখি । থাদোকউ ! থাদোকউ ! হায়না অমুক অনীরক লাউরম্লগা শুমাঙ মতোন্দা তারিবা শম্বল উয়ুং ওইনবা ৱাচেৎ মতৃপ অদু খুনগৎখ্রে । অদুদগী ইতৈমগী কংশ্রবা মশা পূম্নমক অদুদা চৈশীং কক্তুনা হাইথরক্লে । চৈনাখোল ফংলবা অদুদা ঙসাইমখৈ থৌনা ফবী শাজরম্বী হৌজিক্কী কৃঙনা তাবা লেন মরক্তা লন্ধাংদা খাঙজবা উচেক্লুম তৌখ্রে । মচীন্দগী থৱায় কনবীয়ু ! থৱায় কনবীয়ু হায়না হৌনা হৌনা লাউরক্লে । মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐনা মতৌ করম তৌনা চেনশিল্লল্লিবনো খঙদে, তাদগী শাফু কল্লবা য়েৎথংবা পাম্বোম অদু ঐনা ফাদুনা লৈরম্লে ।

ঐনা ঙসাইদগী কুম্মৈ য়েংলম্লিবা মফম অদুদি মখোয়গী য়ুমগী নোংপোক থংবদা লৈবা লম্পাক অদুদনি । মদুদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অদুগী উরুম অদু ঐগী অচীকপা লাইরিক পাফম্নি । নুমিৎ অদু ঐগী লাইরিক পাবা কায়জরবসু ইতৈমবুদি খুদোং থীবদগী কল্লে ।

হৌজিক মখোয় অনীমক জ্ঞান তানদ্রি, ঐদি ফজনা তারে। ঐনা জ্ঞান তাদ্রিবা হায়ববু করি হায়না হায়গদগে অসীখক্তনি।

- তাদগা ইতৈমগা অসুম্না তৌবিরম্লিবসীবু করি মতৌ কৌবগে? অসুম্না তৌরবদি শিনবা তারে। মতম অদু ফাওবা তাদা স্বর চাউবা হন্থদ্রি।

- ইবুংঙো মসী মী উশিৎমন্দে, মরূ অসী থুদেক্কে তৌবনি। ঙসাইমখৈ চৈনাখোন্না লাইখায় তারুদ্রবা ইতৈমদো হৌজিক্কী লাইখায় তারক্লমাল্লে। চৈফম ময়াম অদুদগী ঈ মফুৎ মফুৎ থোরক্লিবশিংদু য়েংলগা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে। অদুদগী লৈমায়থক্তা মখোঙ তিংথোক্নুনা ফমথখ্রে।

- ইবুংঙো শান্তি! "য়েংউ নতৈমগী কংলবা হকচাং অসীদগী চেন্থরক্লিবা ঈ ময়ামসে।" অদুদগী মমায় তাদরোমদা অমুক ওনশিল্লগা "লাউনে থৌনা ফবা মীহাৎপা করিগী তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরি? থাঙ অমা পায়খৎলু অদুগা মতূপ মতূপ ককথৎলোরাউ! তুমিল লৈগনু হিংচাবা।"

- ইতৈমা অমুক্তা শাউবিখিনু! ঐনা খামজিল্লি। মতম অয়াম্বদা ঐদি তাদা ইতৈমগী মফমদা ফাগি খরা তৌগল্লি। অদুবু ঙসি ইতৈমগী মতৌ অদু উবদা খুদক অদুগী ওইনা তাদসী হিংচাবা হায়বা অদুমক ওইরবোই খল্লি, অদুনা ফাগিদি লায়রদনা মনাক্তবু লৈনীংদ্রে। ইতৈমগী খন্দ্রবদি চৎখিবা য়ারবনি। চৈনাখোল অসুম অসুম হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না ইতৈমগী থম্মোয়সু থেংখাঙ থেংখাঙ নাইনা নৌথোকপা হেনগৎলক্লে। হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা -

- ইবুংঙো শান্তি! ঙসিদি নতৈমগী পূক্নীং য়াম্না নুংশি। ই-মা ই-পা ম-ক্লা ঙ-সি ফাওবদা ইনম অসীদা খুবাক্লা শেৎ লাউনা থারক্ত্রিবনি। অ-দু-বু য়োং, কোর্ফু অমুবা মানবা নিপা অমদা য়ুম পাল্লুবদগী ঐ-দি মা-ঙ-লে-দ-কো, হীক্লা হীক্লা কপই।

নূঙ য়ুংবগুম্না ঙসাইদগী মরা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা লেপ্পুনা লৈরুরবা তাদ থন্বাল ইতৈমাদা শোক্লন্লিবা চৈফম ময়াম অদু উরুবদগী মাগী শাউবা হৌরক্লগা শিনি-নানি খঙদবা অপঙ কন্থী অদুদা মতোমতা নীংঙমজরক্ত্রে। চীনবান থোংদদি রা মথক থোংবা য়ানবা ইতৈমবু খরদি চৈনীংলি। অদুবু মবুক্লীংদদি ইতৈমগী মতৌদু উবদা কি-নুংশি পোক্লবনি।

- ইবুংঙো শান্তি! ঙসিগী ঐখোয় ইমুংদা থোক্লিবা দষা অসিগী অহানবা

হৌরকফম লেম্ফুদি অতে করিসু নত্তে। পাপীগী মচা ঙরাং মাইক লাউবা লাক্লম্বা কাংবু অদুদগীনি। তাদগী চীন্দগী কাঙথোরক্লিবা ৱাহৈ খরসী তাবদগী ৱারী মখা মপুং ফানা তানীংলে। ঙরাং মাইক লাউবা লাকখিবা কাংবু হায়রিবা অসীবু ফেমিলি প্লান্নীংগী কাংবু অদুরা? নৎত্রগা কনাগুম্বা অতোপ্পা কাঙবু অমসু লাউবা লাকখিব্রা? ইবুঙ্গো ইতোমতা হংজে ।

- মখোয়না মতৌ করম্না ? ঐনা হংই ।

- ৱাগী হৌরকফম্না য়াইফ য়ুম্বানগী লাউবা লাক্লম্বা কাংবু, অদুগা ঙসিগী লান অসি থোক্লবা শীল্লিবনা হিংচাবী অসী। খুদোম্বী অদুনা ইতৈমদা থিল্লি। তাদগী খুদোম্বীনা ইতৈমগী মমিৎ মপাদা হেক থিল্লুবদগী মৈচাক খর খরা নেমথরুরবা ইতৈমগী অশাউবগী মৈচাক অমুক কনখৎলক্লে ।

- ইবুংঙো শান্তি! ঙসি নহাক্না বিচার নীংথিনা অমুক্তং তৌবিরম্মু। ঐনা লাল্লম্বা থোক্লে ঐ য়ুম অসী থাদোক্তুনা চৎচম্বগে মানা লাল্লম্বা থোক্লে ঐ লেম্না তোকপা ঙম্লোই। মনাতোন্দা স্বর চিংখৎ চিংখত্তুনা কপই।

ইতৈমগী ৱাকৎ তারগা ঐঙোন্দা য়াম্না লুবা তাঞ্জা অমা লাকপা হৌরে। ঐদি মী খৎনবগী বিচার অমুক্তসু তৌখিদ্রি অদুগী মথক্তা মতে মনাও খৎনবগী বিচার তৌরুগনু হায়নরিবনি। তাঞ্জাগী মতুং ইন্না বিচারপতি ওইবদি ঐ শোয়দ্রে। বিচারপতিনা ৱাকৎ তারবা মতুংদা অচুম্ববু শৌগৎপা অরানববু নমথবা মশানা তাবনি। ঙসি মখোয় অনীগী ৱা তারগা কনাবু শৌগৎলগা কনাবুনা নমথগদগে, ঐঙোন্দা হেন্না হেন্না লুশিল্লক্লে। ঐনা মসী খল্লুরিবগী মরমদি - ঐখোয় ইমুং মী ১৫ চাবা মীশীং য়াম্বা ইমুংনি। মীশীং য়ামজরবসু অমোৎ-অকায়গী থবক শুবিনবা মী য়াওদে ওফিস কানখিবা অমদি স্কুল কানখিবা মী খাইদোকম্বগা লেমহৌরিবা কাংবু অদুদি থবক্কী মী য়াওদ্রে। মরম অদুনা তাদগা ইতৈমগনা য়ুমগী থবক অয়াম্বা পুবিরিবনি। খল্লুরিবা ৱাখল ময়ামসী মিকুপ অমগী মনুংদনি। তাদা থম্বালসু ইতৈমগী ৱাকৎনা মথক থোংখিবা তারে খন্দুনা মখা তারকই -

- ইবুংঙো শান্তি! ইশানা কিজবা থবক্তা পৈশা ফন য়াম্না পীগে হায়দুনসু পাম্বা লৈতে। ঐগী ৱাফমসী নঙসু মুন্না খল্লু।

ৱাকৎ ৱায়েৎ খুদিংমক ইবুক্লীংদা লোইনা নোট তৌশিল্লী। ঐ ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে, তৌবদদি জবানশিংদু জর জর মখা তানীংলে।

- নরিল পান্দবা নঙদি করিগী মীশেল তোল্লুরি ?

- লুপা ১২০ অদু লাক্লগা মীগী লন্দোন হেক্তা কোকপা য়ারগদ্রা ? ঐঙোন্দা ইনশিন্দ্রবসু নঙ হেক্তা চৎলু, নমান্নবী ললিতানা মনা মনিল নাইদনা লুপা ১৪৫ লৌরুরে । নঙদি মখোগুম্বী নৃপী নত্রাও ।

ঙসাই লিলা হৌবদগী ফন নুংঙাইবা কুম্মে ওইদুনসু মনুংগী রস ভাব তাবা ঙমদবনা নুংঙাইবা মপুঙ ফারমদবদু হৌজিক্তী ভাব ফজনা তারে । ইতৈমনা তাদগী ৱাঙাঙ নমথগে খল্লদুনা -

- শকথীবী য়াঙ্গংবী ঐবু মীমাঙদা পুথোক্লগা নোক্লহন্দৌ শরুকপুদি তোর্বোত্তা মখোঙ পানবা নঙনা চৎলুবা য়াদ্রা ? লুপা ১০০গীদমক ইনম্মা কুন্দামলৈনা হূই য়োংদা ঙাংবদৌনা ঙাংলম্বা ময়ামদো ননাদা খক তাহৌদ্রব্রাও !

বিচারপতিগী আসন লৌজরিবা ঐ হৌজিক্তী মখোয় অনীনা খৎনরব্লিবা ৱাথোক্কী লংলাগী লংজিন খঙবদা নুংশিবা অমদি নোক্নীংবা য়ান্ননা পুক্নীংদা ফাওরক্লে । অদুক লুনা খল্লম্বা ৱাথোক্কী বিচার অদু লায়না তৌবা ঙম্লগনি খল্লক্লে। ঙসিগী থৌদোক অসিদা মচানিপা চন্দ্রনা থেংনরম্বা থোক্লবা অমুক্তা হেন্না মথোঙ চাবল্লোই । মাদি মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে । লৌ মচেৎ অমত্তং লৈজরম্বসু থবক মচা অমা তৌগনি হায়দুনা য়োম্লোকখ্রে । হৌজিক্তী থবকসু ফংদ্রে । লৌসু য়োম্লোকখ্রে । মানা হৌজিক তৌরিবা হায়ববু মতমগী চৎনবী ওক্তবগী ইরাংদা য়াওদুনা থকপা চাবরোমদা চত্থরি । নিপা মতোমতা য়াওবনি হায়দুনা লুনা চান্না তৌজবা হৌজিক্তী চন্দ্র কংনাল তারে । মসী ঐনা ইবুক্তা খল্লুবগী মরমদি শেম্লোক লম্বী লৈতনা ফেমিলি প্লান্নীংনা করি কান্নহল্লিবগে অসীনি ।

মশাগী ৱাকৎ লোইদ্রিবা তাদা থম্বালনা-ইবুংঙো শান্তি ঙসি নয়াম্বনা হায়বা ৱাফমদি অসীনি মুন্না তাও ! ঙসি অসি শেল ফংবা য়াবা থবক অমা লৈ, তৌবতবু ঐনা চৎলগা লুপা ১২০, অদুগা নতৈমনা চৎলগনা লুপা ১৪৫ ফংগদবা অসীনি। মসীদা ঐদি মীগী থবক অমসু লৌশিল্লুরে । লৌশিল্লুরিবা থবক অদুসু পম্বুবা য়াবা থবক নত্তে, মীগী য়ুম্মন অমা মনা শিনগদবনি । য়ুমদু শীদোক্তুনা লৈরবনি, লায়রবা ঐখোয়দি মীঙোন্দা চীন থীবসু য়াবা নত্তে, মসীদা নতৈমনা ৱাসী ওন্তোক্লা য়াম্না ঙাঙখ্রবনি । চুম্নগী ৱাদা ঙাঙবা নত্তে, খুদোম্বী অসিনা ইমিৎসী কোৎথোক্লে তৌই মদুদসু নৎত্রি ইশা শাগন অসি লাক্লগা শোরো শোরো .......

- ৱা ঙাঙবদা অশিংবা পঙশা শাগনু। অচুম অচুম্বা ঙাঙনসী, চুম্নগী ফজনা ঙাঙনরগা ঙমগনি ঙল্লোই হায়নবা য়াবনি। অদুদি নৎত্রদনা মীগী অশাউবী ঙাক্তা পুথোক্কুনা ঙাঙখিবা নৎত্রা ? তান চাবদগী নঙনা চৈ পায়বা হানখিবগী তৌবনি। নৎলমদ্রদি নশা শাগন নাম্মা ফক্কে তৌবনি।

- ইবেম্মা লৈরিক ! ঐ অঙাওবা নিপা নত্তে, ভাব তাউ ! নঙবু ঐনা নুংশিদবসু নত্তে; ঙসি নঙনা ঐবু নিপানি হায়বগী ইজৎ মচেৎ অমত্তা য়েংদনা ইবুংঙো শান্তিগী মমাঙমক্তদা শোরো শোরো চিংবদুবু কনা নুপীনা হৌনবগে ? হায়য়ু ! ...... ইতৈমা খুমদে। তাঞ্জা অসিদা ঐদি হৌগত্তুনা চেন্নীংলক্কে। মায় অসী হাইগৎনীংদ্রে, খঙহৌদনা - "থম্বালগী লৈরিক" হায়রম্লগা য়ুমদা হল্লকখি।◉

ৱারী শিংজু

# থৱায়জাও

মমা মপানা মচাগী মিং ইরাই নুমিত্তা পোকই হায়দুনা ইরাইজাও থোঞ্জবনি, থৱায়জাও হাযবসিদি কোন্না মীনা থোনখিবনি । মতম অমা চিঠিখেলাগী ঈহৌ কন্না লৈরিঙৈ মতম অদুদা ইরাইজাও মশানা মেনেজর ওইরগা অচৌবা চিঠি খেলা অমা শান্নবা শীনখি; শান্নগদবা পুংফম ঙাইহাক্তা ঙায়রবা মতমদা টিকেট য়োনখিবগী শেলয়ামদু মহাক্না পূল্লপ পায়শিল্লগা লোৎখি । মদুদা তিল্লরিবা মীয়ামদুনা অশাউবগা লোয়ননা হৌদুনা থিনবদা থিবা ফংখিদে । ৱাথোক অদুগা মরী লৈননা চহীমুক লোৎলুই, অদুম্না লোৎলুরবা তুংদা অমুক থোরকই । “উপায় লৈমনখিদদুনা থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি, ময়াম খ্বাইনা ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু ।” মাগী মেঙ-থোৎলবা ৱাহৈশিং অসিগা ইরোয়ননা নহা অহল খায়দনা অচা-অথক য়েল্লি । মঙোন্দা কন্না চৈবা ঙমগদবা মীওই মমান্নবশিং অদুদনা মখা তানা ফম্মিন্নরগা মতমগী চৎনবী মহী মনাইগী ইঙ্গিৎ উৎলি । ইরাইজাওনা লোৎখিবদু থোরকপদা হাৎকে-তুপকে হায়না ঙাংনরম্বশিংদু মশক উরবা মতমদদি অমত্তা কন্না ঙাংবা ঙম্নখিদে অচা-অথক চান্নরগা হন্নখি । লেঙদনা লৈহৌরিবশিংদুদি হিদাক্কী মীওই খক্তনি । অসুম্না মখাতানা থক-চাদুনা ৱারী মখা চত্থনৈ ।

১বা মরুপ : টিকেৎ লুপা পীবা অমগীদমক মীবু হেক্তা হাৎপা য়াবা হৌনব্রা ?

২শুবা মরুপ : “বোঙ্কু ! নঙ অশিংবা মীনি, নঙগুম্বা লৌশিং শিংবা, থৱায় চাউবা মী ঐখোয়গী মায়কৈ অশোমদা অতাঙবনি, অদুনা নঙগী নমিং ইরাইজাও কৌবা মতীক চাদে, থৱায়জাও কৌগদবনি ।

অসুম্না লোট্রিরী ব্লাথোক্কী মতুংদা ইরাইজাওগী মিং থব্বায়জাও ওনখি। মশাগী মিংথোনসী ফংবদগী থব্বায়জাও পুকচেলসু ওনখ্রে। নোংমা য়ুথকশঙদা থব্বায়জাওনা হায়রকই - "হৌজিক্কী মতমদা লায়রমচা ঐখোয়গী পাঙ্গন্না শু-নোমদুনা শেল তানবদি শেল পায়বা থক ঙম্নরোই।

"কমদৌরগা য়াগদগে?" মরু প অমনা হংলকই।

"শেল পায়ননবগীদমক নমথাক, উৎ-পাৎ হৈবা তাই, য়ু, গাঞ্জা, কানি, নম্বর ফোর লল্লোনবা তাই নংত্রগা খুৎলাই পায়রগা মখল মথেন উপায় শীজিন্নদুনা শেল তানবা তাই।

মাগী ব্লাশিংদু তাবদা য়ুরেম থকপদি পামজবা মীওন্দা অকায়বদি থোইনা তৌনীংদবা চহীসু খরা লিরবা মখৈদি পাখৎলি, নেশা হখ্রে। থবক শুনীংদবা নুংঙাইবদি পাম্বা কাংবুশিং অদুনা নেশাগী ময়াই হাপকৎপগুম্না থোকই। মকোকশিংদু নোম্নরদুনা অনৌবা পারা অমনি হায়না তায়।

থব্বায়জাও মমা মপাগী অমত্তা ঙায়রবা তোম্পোক্নী। য়াম্না কেথোক-মৌথোক্লা হৌরকপনা অতনবগা শাগোন্নদুনা অদুম লাকখি, মহেসু কলেজ য়ৌঙমদনা তোকখি। য়ু, চুরুট, ক্বা মিকুপ ফানা কান্নবা ঙমদে। থাশি, পুর্ণিমা, থাবানগী মরুপ, তারিখকী মরুপ য়ামখ্রে অমত্তা চিথদনা য়াওই, মশাগী শুমাংমন্না ফংবা পৈশাদি য়াওদনা মরুপ অমদগী মরুপ অমদা পৃথোক-পুশিন তৌরগা শীন্নবা ঙাক্তনি। অরেম্বা খরনা মাগী খুৎপায়শেন ওইনৈ ইমুংদা পীশিন্দে। জুব্বার শান্নবা, লোট্রিরি য়াওবা লক্ষ্মীগী মপু অমুক্তং ওইগনি হায়বসীনা মাগী লাইনীংনি।

মীওইবনা মানা মানা তৌজবা কম্মগী ফল মশা মশানা অদুম্মক ফংজে হায়বদুনি, থব্বায়জাও লায়রবগী চাং-নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লি। মাগী নৃপী থম্বাল লুহোংবা মতমদা শক ফজবদা, অউনপোৎ য়াম্বদা কৈরোয় লৈকাইনা থাগৎনখিবনি। হৌজিক মাগী লেঙদনা লৈরিবা হায়ববু চাকথোং খাবৈ চেগপ্তা ঙায়রে। শক ফজবদা থম্বাল হায়রম্বদু ঙসিদি থম্বাল য়াঙ্গংবী হায়নরে। মমা মপানা মচাগীদমক হায়দুনা থম্বীরম্বা ফর ফরবা লৌফম কয়া শিৎ নান্না য়োম্থোকখ্রে। মশাগী য়ুমজাও অদুসু শেন্দোনগীদমক শাউবনা মৈ হৌনরবা মরুপকী মীওই শঙ্গু অমা নোংমা লাক্লগা জিঙ্খ্র ফকপা, য়ুম্বী ফুকপা গ্রোঙ-গ্রাঙ তৌদুনা লোইনা পুনখ্রে। মখোয়না হৌজিক লৈরিবা মমাঙ শঙ্গোয় অদু অঙাংশিংনা দুর্গা পুজাগী ফক্লাং খাবগা অন্নানি। ফক শেগায়বা, বোরা শেগায়বা খরনা হোৎনরিবনি। মচাগী

মতৌ য়েংবদা নীংবা কায়রবা মমা মপা অনীমক ৱাখল লায়নানা লায়পু ওইদুনা মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখ্রে ।

মাগী মচা অহুম লৈ। মচা নিপা অহল রাজেন নুংথিলগী স্কুলদা অহুমশুবা ক্লাস তম্লি । রাজেনগী মচল অমগা মনাও অতোম্বগনা অয়ুক্কী স্কুলদা তম্লি ।

লমতা য়াওশঙ য়ৌরমদাই মতম্নী । ছাত্র ছাত্রী অপিকপদগী অচৌবা ফাওবা লাইরিক্তা কয়া খোয়জংনদবা য়াওশঙগী লাঙবনা হেনবা মতম্নী । ছাত্র ছাত্রীশিংনা মাগী মাগী কাংবু লম্বীদা চৎনরগা ৱারী মুন্ন মুন্নদুনা শানরিবশিংদু য়াউশঙগী ৱা ঙাক্তনি। কনানা ফুরিৎ, খোঙ্গ্লাউ, খোঙউপগী ৱা পল্লি । কনানা অবের তৈবগী, থাবল চোংবগী, লাই খুরুম্বা চৎপগী ওম্থোক্লা য়ামখ্রে, অতাবনা কনানো, ঙাংলিবনা কনানো খঙবা ৱায় । নুপীমচা কাংবু, নিপামচা কাংবু নোকশিন লাউশিন্নরিবা অতৈগী নত্তে অবের তৈবগী ফি মুনবগী ৱা ঙাক্তনি ।

রাজেন্না স্কুলদগী হল্লকপা মতমদা মখোয়গী ওজানা ক্লাসতা ঙাংখিবা ৱাহৈশিংদু নীংশিংদুনা লাকই । ওজা ভুবন অঙাং তম্বিবা য়াম্না ফবা ওজা অমনি । মহাক্তী অঙাংশিংদা অফবা পাউতাক কয়াসু পী । ঐখোয় মৈতৈগী চৎনবী দেব কর্ম্মদা শেল কা হেন্না তিংহল্লিবসী পামদবা মীশক অমনি । অদুগা কনাগুম্বা খরনা দেব কর্ম্মগী মিংদা শেন্দান লম্নী ওইরিবা অসিবুসু মহাক্লা কন্না য়ানীংলমদে, অদুনা তুংগী মীরোলগীদমক অঙম্বা খরা মখৈদি শেমদোক্কে খল্লি । অদুনা ওজাগী অপাম্বা ৱাখলগী মমি মাগী ছাত্রশিংদা তাই । পীক্লিবা রাজেন্না মাগী ফুরিৎ খোঙ্গ্লাউ শেগায়বদু মমাগী মতেং য়াওদনা মদোম খুত্তা য়েত্তুম পায়রগা ফোৎচিঞ্জরিবা ওজাগী পাউতাক্তগীনি । ঙসি স্কুল কুম্লকপা মতমদা মমান্নবা ময়াম্না নোক-খেদুনা লাঙলিবদু মহাক্তী য়াওদে । ইশুক শুকথনা চৎলি ।

মীওইবগী ৱাখল নুংঙাই অমসুং নুংঙাইতে হায়বসী মায়থোংনা উৎলি, থৱায়জাওগী মায়থোং ঙসিদি মকা লাম্মী । য়ুনা চাথৎলবা খৌনাওদগী ঈশৈগী সুর অমা খোনশিদা হাইগৎলকই - নুংঙাইরেদা নুংঙাইরে ----- । নীংজবা আশা মপূং ফারে । পায়রগনি ঐসু লুপা । নুংঙাইরেদা, নুংঙাইরে -----। শোয়দনা পায়রগনি লুপা লীশীং তরা । লুপা মঙাদং ফংনবা শেলমি উবদা লুপা ১০ গী থকপা ঙন্নিবা থৱায়জাওনা ঙসি উরিবা শেলমি লুপা লীশীং তরাগীনি । মদুদা কয়া য়াম্না থক্লমগদগে হায়বা ঙমদ্রে । য়েংবদা মশক্তু কি তুক্কৎচবা মীশক অমা ওইরে। মশম ইফা ফা, মমিৎ ইঙাঙ ঙাঙ, মচীন্দা ইশৈ অমদি তাবদা নুংঙাইতবা

লোন্দা শীজিন্নদুনা নেশাদা তাউরিঙৈ তাঞ্জা অসিমক্তা মচানিপা রাজেন লাইরিক খাউ অমা য়াল্লগা চঙলকই ।

- "ইবুংঙো রাজেন ! ঙসিদি নুংঙাইরবা ৱা অমা হায়গে, লাইরিক থম্মুরো ।" মপানা হায়রকই ।

-"বাবা ঐগী ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউ লৈবিয়ুকো !"

- ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউদা নত্তে, খোঙঙুপসু ফজবা ঙাক্তা লৈগদৌরিবা ।

- অদুদি চাক চাথোক্লুরগে ।

- চাক কোন্না চাও, ইপাগী ৱা হান্না তাখো ।

- করি ৱানো বাবা !

- নহাক লুগুন থাংবা তারে ।

- অদু ওইরবদি তল্লি। ইমুংদা চেনশিনগে তৌই ।

- ঙাইখোনে নঙগী লুগুন থাংবা মতমদা নপা ঐগী মরুপ মপাং ময়াম বার্ত্তোন তৌগদৌরিবা । ময়ামদুনা নঙোন্দা লুপা চামচৎপী অমমম--- খঙলব্রা ?

- বাবা ঐদি লু-কোক্তুনা লম্বোইবা শারগা মীঙোন্দগী পৈশা নিবদু ইকাইজে, ওজানসু মদু ফত্তে হায় ।

- করম্বা ওজানা করি হায়রিবা ।

- নহাল ওজা ভুবন্না লুগুন থাংবা, যজ্ঞ তৌবগী ৱারী লীবিখি ।

- হুম ! মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবীবু ফত্তে হায়দুনা অঙাংদা পাউতাক পীরিবা ওজা ভুবন কোক্তাঙবা মাগুম্বনা করি খঙলদনা, মাগী তম্বিফম থোকপা লাইরিকতমক তম্বিয়ু অদুদি নত্তদুনা মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবী কলচরবু ফৈ, ফত্তে, হুম ! ঙসাইদগী নীংলম্বা শাগৎলম্বা রাগদু কায়বা অদুদা অশাউবগী মৈ হৌরক্লে, মৈগী মৈচাক যুগী নেশানা অমুক্তা পাংশিন্নখ্রে, থৱায়জাওগী লৱাই লুতোন অশাউবা মৈরিনা কুপশিনখ্রে, মমিত্তু হান্নদগী হেন্না ঙাংশিনখ্রে, স্বর ফি ফি কান্নক্লে । হায় অঙাং নঙ ঐনা হায়বা ইনগেরা ইল্লোইরা ---- হায়য়ু !

রাজেন মপাগী মতৌ উবদা কিবনা মশা থক থক নীক্লে । মানা ওজাগী পাউতাক মিকুপ অদুদা নীংশিংলুবা মরম্না মপাগী পাউখুম পীবা ঙমখিদরে ।

- "লমহেনবা অঙাং মপানা হায়বা ইন্দবা !

- "বাবা ঐবু ফুবিগনু ! বাবা ঐবু ফুবিগনু !"

- "ফুবিগনুককা হায়জবা শারি বদমাস । লমহেনবা অঙাং মপানা হায়বা ইন্দবা।" ব্রাহৈশিং অসিগা ইরোয়নননা মচাগী লাইরিক খাউদু লাক্লুনা লংথোকখ্রে। ওয়থংবা খুৎচাউ অদুনা মচাগী য়েৎথংবা পান্থোম মরুদা ক্রক ক্রক লাকশিন্না পায়খ্রে। য়েৎথংবা খূৎ অদুনা শুমাঙ মতোন্দা য়ুংদুনা লৈবা চৈ মতুপ অমা পায়খৎলগা ফুবা হৌরকই ।

- বাবা ঐবু ফুবিগনু হায়না লাউবগা লোয়ননা মপাগী চৈফু অদুদগী নাম্বোকচনবা ফনা কন্না হোৎনজবদা উপায় লৈরক্রদুনা, "হো ইমা শিরে ! হো ইমা শিরে !" হায়না অকি অখং খোঞ্জেন্দা মমাবু কন্না কন্না কৌদুনা কপ্লক্লে । ঙসাইদগী শুমাঙদা মার্বোন শান্নদুনা লৈরম্বা রাজেনগী মচল অমদি মনাও অতোম্বা অনীদু তৌরিবা মতৌদু উবদা পাখৎনদুনা কপ্পরক্লে। মীকপ মীরাওখোল অদুনা থরায়জাওদা নেশাগী মতেং পাংশিনবগুম্না থোক্লে; চৈফু হেন্না কৃংশিনখ্রে । মখোয়গী কপ্প-লাউনবদু তারকপদগী লৈকাইগী মী চেনশিন্নরক্লে ।

" করি মতৌ কৌবগে ? নচা ফৃববু অসুম্না তৌবা হৌনব্রা ?" হায়বগা লোয়ননা লৈকাইগী মশা ফবা ইবোচৌবনা থরায়জাওগী মখুৎ ফাখ্রে । মতম অদুদা অঙাংদি লেকথরক্লুনা লৈমায়দা তাখ্রে । চেনশিল্লক্লিবা মীশিংদুনা অঙাংদু মাঙ্গোন্দা থাঙ্গৎপীবে । মতম অদুদা অঙাংদু স্বর অক অক লাউনা হোল্লগা লোংনা তাদুনা লৈরি । তাঞ্জা অদুমক্তা মমা থম্বালসু চান-থক্লবা পোৎ-চৈ য়াওবা খাউ অমা পায়রগা থুনা য়াঙনা চঙশিল্লকই । তৌরম্লিবা মচাগী মতৌদু উবদা পায়রক্লিবা খাউদু মফম মরাং খঙদনা লংথোক্লগা মচাগী মনাক তম্না চঙশিনখ্রে । "ইমাগী ইবুংঙো নঙনা ঙসি তৌরম্লিবা মতৌসীবু করি মতৌ কৌবগে" হায়বগা লোয়ননা মচাবু চেজেৎনা কোল্লগা অঙাওবীগুম্না হৌনা হৌনা কৌদুনা কপ্লক্লে । চৈফম্না খুরক হাঙদ্রবা ঈ মফুৎ মফুৎ থোক্লবা মচাগী নৌরবা মশাদু য়েংলগা "লাউ নচা হাৎপা ঙম্বা ! মমা ঐবুসু হাৎলোলাউ ।" মখুবাক অনীনা লৈমায়দা য়ৈরগা মশম মনা ইফা ফানা ব্রাম্থদুনা তাখ্রে ।

মিকুপ খরা ইলেক্ট্রিক্লা চিংলিবা মীগুম উ য়ুংবগুম্না চপ লেপ্পুনা লৈরুরবা তুংদা নেশাগী ময়াই খরা কোকলক্লমাল্লে ।

- "ইপাগী ইবুংঙো রাজেন ! ঐ জ্ঞান মাঙলে, ঐনা ঙসি তৌরিবা মতৌ অসীবু মঙলা তাইবংলা হায়ফম খঙদ্রে ।" হায়বগা ইরোয়ননা মচাবু কোল্লগা

নোং খোংবমুক হৌনা কপ্লক্লে।

-"থব্রায়জাও ! নঙ কপকনু ; জ্ঞান তাও মঙ নত্তে, তাইবঙনি । নচাগী মথ্বায়সী কলহৌনবা তৌসী, লৈবাক মচাশা ! গাড়ী ব্রায়বা চেল্লু ডাক্তরদা থুনা য়ৌনবা তৌসী ।" অহলগী থৌদা মতুং ইন্না জীপ অমদা লম্ফেল ডাক্তর তানা পুখি । লাইবক থীবদি শাংলবা কি:মি: য়াষ্ঠে হেন্না লাপ্লা অদুগীসু মথক্তা লৈকুৎ-লৈতোঙনা শৌ শানা লৈবা শুগ্ন রোডতা থৌবা গাড়ী ওইবনা ডাক্তর য়ৌঙমদনা নহা ওইরিবা রাজেনগী পুন্সী সংসারদগী বিদায় লৌখি । ⊙

ৱারী শিংজু

# ইঙেল্লে

ইঙেল্লেনা মেট্রিক পরীক্ষাদা মকোক থোংনা মায় পাক্লকপা অদুদা মাগী ইমুংগী মীদা নত্তনা লৈকাইগী মী য়াওনা হরাউমিন্নে । পরীক্ষাগী ফল ফংবা নুমিত্তু মখোয়গী য়ুমদা লৈকাইগী মী য়াম্না তিল্লি । ইঙেল্লেগী মমা থম্বাল, মনাওনূপী অনী গঙ্গা, যমুনা মৌপ্পা অতোম্বা নাওবী মখোয় মঙানা লাকপিরিবা মীশিংদুগী ঙমজবা সেবা নীংথিনা তৌরি ।

-" ইবেম্মা থম্বাল ! নচানূপীসি লাইরিক্কা ফরে, মশক মতৌ, মরাশী মগুন্না চঙখোনবনে নঙ নরাইবক ফৈ, মাগা মতীক মপা চাবা বরদি নবুংনা মতম চানা শীনগেকো ।" লৈকাইগী অহন অমনা ৱারীগী পোদু কাওলকই ।

- নূপীনা মশক মতৌ মতোইনা ফজরবা লৈবাক ৱাথোক ওইনৈ হায়বা পাউরৌ লৈবনীকো । অহনগী ৱাহৌদোক্তু পাউখুম হৈবা তোমান্না পাউখুমগী খোম্লাঙ য়ৈখিবদগী মথং মথং শুমাঙ মাঙ্গোন্দা ফল্লিবা মীশিং নোকপগা ঙাঙবগা ৱা ৱা নিল্লী । লৈকাইগী মীশিংনা ঙাঙনরিবা ৱাহৈশিংদু তারগা থম্বালগী ৱাখল্দা অৱা-নুংঙাই য়াম্নবা অমা ফাওরকই । নুংঙাইবা ফোংদোকপা নুমিৎ ওইবনা মাগী পেন্দবা ৱাহৈ মচেৎ অমত্তা কাওথোকখিদে । অসুম্না হৌখি নুমিত্তু ।

থম্বালগী মচা নীঙোল অহুম্না মথং মথং লৈশাবী ফারকপা, খ্বাইগী অতোম্বা নাউবীসু চাউবা শারেপ তাল্লকপা মচাশিংগী মতৌবু য়েংলগা নুংঙাইবা পোকচৈ। মদোম শুরগা মচাশিং থাক্লম্বদু হৌজিক্তী মচাশিংগী মতেং য়াম্না ফংলে। করিগুম্বা তাঞ্জাগী মতুংইন্না কোন্নরক্তবা মতমদা লৈখিদ্রবা মপুরোয়ববু নীংশিংলগা মমিত্তগী পি শিন্থরকই । মচাশিংগী মমাঙদদি অৱাবদু উত্তে, অদুবু মাগী ইমুং লুখ্রাবী য়ুম্বান্নী

মাগী মী লৈতে, কনাগুম্বা মিহৌচাওবা মীওইনা লাকচ খুদুম চল্লকপা মতমদা পাম্বোম তিংবিনবা লৈতে হায়বগী ৱাফমদি য়াম্না তোয়না পন্নে ।

মিহৌ চাউবা সমাজ অসিদা ইঙেল্লেগী মরমদা অরোনবা ৱাথোক য়াওদবা নত্তে, নোংমা কুঞ্জেগী মমা রমনী অমদি কান্তগী মমা থরো মখোয় অনীনা শিবা নাবা কিনদনা মশম ফোয়দৎনরম্বা অতে করিগীসু ওইরমদ্রে মখোয় অনীমক মহৈ মহৈ ইঙেল্লেবু মমৌ ওইনীংবদগী লোন্না লোন্না লম কন্নবা মদুদা লম হেঞ্জিন্নরুদুনা খুৎ থোক্লবা ওইরম্মী । নোংমনা ভেম্পা তোংবা পাখং অনী খোংবান্দা য়ুংশিন্দুনা তাশিনবদুসু ইঙেল্লে য়েংনবা হোৎনবদা থোকখিবা দষানি । ইঙেল্লেগী শাবান্দি তোঙ্গানৈ, ফুট মঙা খরা হেন্না ৱাংগনি, কুচু ভৌই মায়থোং য়েংই ফজৈ, তুংয়ান য়েংই ৱাত্তে, ফিজোল পুম্নমক্না মঙোন্দা তাংজৈ, ঙাংথোরকপা ৱাহৈ মেঙই থোৎলি, অফবা নুপীমচা অমদা চেনবা গুন শুনা চেল্লি । লাইবক থীবদি পি ইউ লোইরগা মখা তমথবা ঙমদনা তোকখ্রে । মহাক্না মখা তমথবা ঙমদ্রগসু মনাওশিংবুদি অঙম্বমখৈ তমহনগে খনবদগী মহাক থবক য়াম্না চিনবা মীশক অমা ওইরে । অসিগুম্বা তাঞ্জাদা মমাসু অশোন লায়নানা নাশিল্লক্লে । গঙ্গা যমুনা মনাও অনীনা মখোয়গী ইমুংগী অৱাবা ফিবমদু ৱারী শানরগা লোন্না লোন্না কপমিন্নে । মচেনা ইরাং খঙলদুনা থৌনা' হাপ্লা ৱাহৈনা থেমজিল্লি । অহাঙবা মতমদা পুন্না ফম্মিন্নরগা লাইরিক পামিন্নে । অসুম্না য়ুমগী থবক্কা লোয়ননা লৈকাইগী অঙাং কয়া অমসু লাইরিক তম্বিরি ।

- ইবেম্মা নহাক্না লৈকাইগী অঙাংশিং টিউসন তৌরিবদু থা অমদা পৈশা কয়া ফংবগে ? মমা অনাবীনা হংলি ।

- লুপা ৫০০ খক্তনি ।

- হন্দক্তী লুপা ১০০ খক্তং কাইথোক্লগা ঐগী লায়েংবা য়াগদ্রা ?

- চামখক্ত, নত্তে, লোইনা ইমাগী লায়েংবদা শীজিন্নরগনি ।

- অদুদি নখোয় করি অমুক চাগদৌরিবা ?

অসুম্না ইমুংগী লৈত- লায়রগী ৱা তানরিঙৈদা কান্তগী মমা থরো ঙমু ঙাক্রা ৫/৬ য়াওবা কোম্পাক অমা পায়রদুনা চঙলকই । অনাবা হংবা লাক্লিবী থরোগী ৱারী মপৃংদি মচানিপা কান্তগীনি । ওক্তবদা মনম চৎলবা মচাদুগী মরমদা থাগৎ থাগৎলদুনা ৱারী শাই, অদুগা ইঙেল্লেবু মমৌ ওইনীংবগী ইঙ্গিৎসু মরক মরক্তা

উৎলকই। থরোগী ওইরোইদবা ৱারীশিংদু মমা মচানা তানীংদনা তায়। মচানিপাগী মরমদা ৱারী পেন্না শারবা মতুংদা - "ইনম্মা থুনা ফরো।" হায়রল্লগা চৎখি।

- ইবেম্মা ! মকোক অতাঙবদু শম হৌবা উরব্রা ? মোম্পাক মথক্তা হিপ্লা হিপ্লা ময়ায় থাঙ্গৎলগা হংলকই।

- মকোক অতাঙবা হায়বদি ?

- নঙগী নশুংলাংগীদমক কুঞ্জেগী মমা রমনীগা মশম ফোয়দৎনখিবদু কাউরব্রা ?

- অদুগী ওইরে, নোকই।

- হুম ! হুম ! নাহেদুনা হিপথখি।

নহা ওইরিবী লৈশাবী অমগী পুন্সী তাঙ্কক অমদা থেংনরিবা অৱাবা সমস্যা ময়াম অসি মতৌ করম তৌরগা মায়োক্লবা ঙমগদগে খল্লুরগা ইঙেল্লৈ সরকারগী তলব চাবা থবক মচা অমত্তং ফংবা ঙম্ব্রা য়েংগে খল্লক্লে অদুনা সরকারগী ওইবা ঈ-পাউ তত্তনা লৌরম্মী। ইং কুমজা ১৯৮৭ আগষ্ট ১০ নি, অয়ুক্কী পূং ৭ তাবা মতমদা মখোয়গী ইমুং চাকঙন চাবা লোইশিন্নখ্রে। মমা অশোনবীসু ঙসিদি মশা খরা কনবগুম তৌই। ইঙেল্লৈ মনাও নৃপী যমুনাগা থবক চৎলমদাই অদুদা মমানা কৌশিল্লগা মাগী তাইফেৎ তাইরবা খুৎ অদুনা ইঙেল্লৈগী কোক্তা নানবিদুনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীরি।

- "গঙ্গা নঙনা খুলঙ কুল্লমদাইদা ইমাগী সেবা নীংথিনা তৌরম্মু", ইঙেল্লৈনা পাওমেল্লম্মী।

ঙসি ইঙেল্লৈ যমুনা মচীন মনাওনা বস তোংদুনা অৱাং পাংনা চৎখ্রিবসী ইন্টরভিয়ু য়াওবা চৎলিবনি। ডাইরেক্তরগী অফিসতনি, অয়ুক্কী পূং ১০ নংনবা অঙনবা খোঙচৎনি।

- ইবেম্মা গঙ্গা ! নচেনা তৌগদৌরিবা থবক অসিবু করি থবক্লো ? মমানা হংলি।

- ইমা হন্দক ওফিসকী কেরানী খরা লৌগদৌরি মদুদা মাসু অমত্তং ফংবা ঙম্ব্রা য়েংগে চৎলিবনি।

- শেল তিংদনা য়াগদ্রনে ?

- মদুদি হায়বা ঙমদে ।

- ইচেনা তলব চারবদি ইমাসু লায়েংগনি, ঙা থোংবসু চাগনি । নাওবীগী ৱা তারগা পুন্না নোকমিন্নে ।

ঙসিদি ডাইরেক্তর খোইমু থবক য়াম্না চিনবা নুমিৎনি । কেরানি মরিদং লৌগদবদা কেন্দিদেৎ ৫০০ হেন্না লাক্কদৌরি । টেবল মথক্তা লৈরিবা মিং পরেংদু য়েংলগা শাউদনবা অশেম্বা ৱাহে কয়ামকুম শীজিন্নগদৌরিবদু খল্লুবদা নোক্লীংবা পোকই । অসুম্না মদোম চীক্লা লৈরিঙৈ তাঙ্গাদা ইঙৈল্লে চঙলকই ।

- সার অমুক্তা চঙজরক্কে । ইঙৈল্লেগী মশক হেক উবদা ডাইরেক্তর মশাদু স্বায় লাউই ।

- লেঙশিল্লকউ য়ানি । কলম লামগে তিংথোকখিবা খুত্তু কোল্লিং বেলদা নম্মুরে । ডাইরেক্তরনা ইঙ্গিৎ পীরবদা ইঙৈল্লে চৌকিদা ফম্লে, চপ্রাসীসু চঙলক্লে ।

- করি তাকপিগদবা ? চপ্রাসীনা হংই ।

- হৈ মহী ! থক্লীংদুনা কৌবা হৈ মহী নত্তে; বেল খিংলুবগী ৱাহৈনি। হুকুম ফংলবা চপ্রাসী মবুংঙোগী ইরাং খঙবনিনা কা মনুংদা অতোপ্পা মী চঙদনবা থোঙঙাকপদা শিন্নরম্মী । হৈ মহী লৈবা চৎন চৎনা মবুংঙোনা ঙসি ঙন্তানা হৈ মহী থক্কদৌরিবদু খল্লুবদা নোক্লীংবা পোকই ।

- নহাক ইন্টরভিয়ু য়াওবা লাক্লিবা নত্রা ?

- মান্নী সার !

- নহাক্কী নমিং ?

- ইঙৈল্লে কৌজে ।

- লৈফমদি ?

- তেজপুরদগীনি ।

- নহাক্না থবক অসি পাম্লিবগী মরম হায়য়ু ।

ৱাহং অসিগী পাউখুম শাংনা পীবা তাখি । থৌজালগী মিৎয়েং খরদং ফংজনবা মাগী ইমুংগী অশেংবা ৱারীদু লীথোকই । ৱারী তারবা তুংদা ডাইরেক্তরনা মাবু ফজনা খঙবা ঙম্লে । হৈ মহীদু শান্ন শান্ননা থকপা লোইরবা তুংদা ইবেম্মা

নখোয়গী ইমাগী লায়েংননবা ঐনা শেলগী মতেং পীরগনি। ঙাঙন ঙাঙনা শঊনগী বেক্তগী চামচৎপী ৩০ থীদোক্লগা ইঙেল্লেদা পী।

- "ঐ লৌজরোই।" ইঙেল্লে য়াম্না ঙক্লম্মী।

- "চিংনগনু ইবেম্মা! লৌশিল্লু, হয়েং নঙগী তলবতগী অমুকককহৌগদৌরিবনি।"

ৱাহৈ অদু তাবদগী মাগী চিংনবদু মাঙখ্রে, ঐ থবক শোয়দনা ফংলগনি মবুক্লিংদা ফাওরকখি; ডাইরেক্তরনা চেজেৎ অমদা ইরগা মঙোন্দা শিন্নরিবা ৱারোন্দি তাং ১৪/৮/৮৭ ইং থাংজ নুমিৎকী নুংথিল পূং ১ তাবদা মাগীময়ুমদা লাক্লবা ৱারোলনি। চেজেত্তু পীরবা তুংদা ময়ুমদা চৎখিনবা ইঙ্গিৎ পীরক্লে।

ঙসাইদগী মচে ঙাইদুনা ওফিসকী মপান্দা ফম্লিবী যমুনা মচে থোরকপা উবদা হরাউজে; পম্বুবা তৌদনা মখোয় অনী রিক্সো অমদা তোংলগা বস পার্কীং তানা লাকপদা -

-" ইচে করি করিদি হংই ?" ঙাইঙমদবা যমুনাগী ৱাহংনি।

- য়ুমদা কোন্না ঙাঙনরসী।

- পাস তৌগদবা মানব্রা ?

- মাল্লি।

- ৱাহংশিংদু য়াম্না লুব্রা ?

- য়ুমদা কোন্না ঙাংনরসী হায়বনি।

অসুম্না লাকপনা বস পার্কীংদা কুমথবগা মমা অনাবগীদমক সেম অনীগা কোন্না অহুমগা পোৎফম ফম্বীদগী লৈরে।

- ইচে ভারা কোন্নরিব্রা ?

- য়ারি।

হৌজিক মখোয় অনী গাড়ীদা কাখত্তুনা ফম্মিন্নখ্রে। পার্কীংদগী ময়ুম মায়কৈ পাংনা লাকপদু গাড়ী য়াম্না য়াঙনা থৌরম্মী। ইঙেল্লেদি মমাবু উনীংবদগী গাড়ী য়াঙনা থৌবদু হরাউরম্মী, অদুবু যমুনা য়াঙনা থৌরী হায়বা খঙলমদে ঙাইহাক লৈতনা উইরম্মী। গাড়ীগী ভারা খোল্লকপা মতমদা মচেনা চামচৎপী অমা পীখিবদু মাদি মঙ ওইনা লৌরম্মী।

ৱারী শিংজু

নুমিত্তু থৱান থাগী লৌমীশিংনা লৌবুক্তা থবক কন্না শুনবা মতম্নী । নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লদুনা থবক শুনরুবা লৌমী নিপা নুপী খুদিঙনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরক্লে । অতিয়াদা শুক্লা মন্নস্বা নোংগী মপৈসু মাগী পৃংফম লোইখ্রমাল্লে, পুমহাঙ হাঙখ্রে । নোংচুপ মায়কৈ পাংবদা কোরৌহনবনা অমংবা নোংবু ঐনা তানথোকখ্রে হায়বগী মতাগুম মশেক মঙান চাউনা থোরক্লে, অসিগুম্লবা মতম অসীদা লৈখোম লৈনাং তৈবা চমোৎনবা নিপামচা অমনা সোরোক্তা মমায় অৱাং পাংনা ওল্লগা বস গাড়ী লাকপ্রা য়েংলি, য়েংলিবদু অতৈ কনাসু নত্তে, নাউবীনা মচে অনী ঙাইরিবনি।

ইঙেল্লৈগী মমা থম্বাল ঙসি নুংথিল চুপ্পা মতোমতা লেনখিবদু য়াম্না ৱাখি, অদুবু নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্লবনিনা মচা উনরগনি খল্লুবদা অমুক নুংঙাইজৈ । তাঞ্জা অদুমক্তা লৌবুক্তা মীগী খুলঙ শুরুবা গঙ্গা চঙলকই ।

- "ইবেম্মা গঙ্গা ! নাওবীনা ইশিংলুবদা ফারকপা ঙাখাদু ওন্তানা থোংঙু, চাকঙন চাখিবী অনীদু চাক লাম্লক্কনি ।"

- ইমাদি নুংথিল চুপ্পা করি'মত্তা চারম্লরোই । গঙ্গানা হায়রকই ।

- অনাবনবু করি চারুগনি । মমানা খুম্মী ।

গঙ্গাদি হকশেনগী মরমদা লাইরিক নীংথিনা পারবীনি, মমানা চাগদবা চীঞ্জাক অমদি থক্কদবা হিদাক ফনা য়াম্না খঙবীনি । খঙঙ্গী হায়বদু মঙায় উপায় করিসু লৈতে, মানা ফংলক্লিবা নোংমগী খুৎশুমন লুপা নিফু খক্তনি । লায়রবদা পীরিবা খুৎশুমনসী য়াম্মন্দে খল্লগা মদোম শাউজৈ । অসুম্না পেন্দবা ৱাখলগা ইরোয়ননা থবক নোম্লিঙৈ তাঞ্জাদা নাউবীনা মচে অনী লাক্লে হায়দুনা লাউর লাউরদুনা চেনশিল্লকপা উবদা কয়াদা হরাউনখ্রবা।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদু মখোয়গী ইমুং অরুবা ৱা য়াম্না তানৈ । চাউনা ফংলকইবা শেলফমদুগী মরমদা মচেনা মরীক চূম্না লীথোকপনা চিংনবা অমত্তা পোক্লদে, থোইনদুম থবক ফংবগী আশাদা হরাউমিন্নৈ । লুপা লীশীং অহুম অদুনা শীন্নবা য়াবা, খন্নবা য়াবমখৈ খন্নরবা মতুংদা লৌখিবা ৱারেপ্পী - হয়েং নোং ঙানবগা মমা ডাক্তরদা পুরগনি, মদুদা গঙ্গা লোয়নখ্রগনি । মমাবু লম্ফেল হোস্পিতালদা লায়েংবগী চখোক চৎশিনগী চিল্লবা মতম অসীদা তাং ১৪/৮/৮৭ ইং নুমিত্তা ডাইরেক্তরগীদা অমুক চৎকদৌরিবনি, কয়াদা চিনখ্রবা থবকনো ?

হয়েং আগষ্ট ১৫ নীংতম নীংশিং নুমিৎ ওইবনা স্কুল কলেজ, অফিস অমদি মীতিনফম্নচিংবা মফম কয়াদা নীংথিনা শেম শারি । লম্বী সোরোক সহরগী মফম চানা গেটসু শারি । অউবা খুদিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈথক-ইপোম পীরি । থোইদোক্লা বস মনুংদা তোংলিবা মীশিংগী মিৎয়েং লাঙহল্লি । নীংথিজনা শেম শারিবশিংদু য়েংলগা ইঙেল্লেনা ফম্মিন্নরিবা মনাও যমুনাদা "য়েংউ যমুনা হয়েংগীদমক শেম শারিবা ময়ামসে ?" মচেগী ব্রা তাবদা গাড়ীগী মপান্দা য়েংই । "নীংতম্বগী নুংঙাইবদো ঐখোয়গী শরুক্তী থুংদ্রিবনিদো" । মচেগী ব্রাদু ভাব তাবা ঙমদে তুমিন্ন লৈ, মদুগী অর্থ করিনো যুমদা কোন্না হংগে খল্লি । অসুম্না তোংলিবা গাড়ীনা বজারগী পার্কীং য়ৌরবদা অতোংবা খুদিংমক কুমথনরে । পন্থবা তৌদনা রিক্সো অমদা মচীন মনাও তোংখৎলে, অদুগা নহাল ডাইরেক্তরনা চে মচেৎ অমদা ইরকখিবা মাগী এড্রেসতু য়েংলগা রিক্সো থৌহনখ্রে । তান্না চারিবদি রিক্সো ড্রাইভরনা ডাইরেক্তরগী লৈফম খঙলম্লে । পার্কীংদগী নোংচুপ পাংনা কি:মি: অমরোম চৎলবা মতুংদা অব্রাংবা দলান অমদা "অসীনি ডাইরেক্তরগী যুম" হায়রম্লগা রিক্সো হনখ্রে ।

ঙসি আগষ্ট ১৪ নি ডাইরেক্তর খোইমুনা মাগী যুমদা ইঙেল্লে কৌখিবা নুমিত্তুনি । মাদি ইন্টরভিয়ু নুমিত্তা ইঙেল্লে উরুবদগী হেলোয় ও ক্লরুবা মীগুম্না তৌরবনি । মাগী ব্রাখল পোথাফম খঙলমদে, অমুক হৌখিবা অহিংগী মঙদা : পাক্লবা লাইজ ঈপাক্তা থম্না থম্বাল মরক্তা ব্রাকয়ে হিবু তোংলগা নৌরেল খুৎনা হোল্লগা নোক্লা খেনা শান্নবা, লাইজ ঈশিং চাইবী শান্নবা, অমুক্তা বসন্ত লৈকোল ময়ায়দা খুৎক-খুৎকা শম্লনা লৈরাং লৈরক খায়না চেনমিন্না, অমুক্তসু লৈরাং লৈপাল মরুমদা কেকু লোৎপী শান্নমিন্নখিবা । অসুম্না শান্নবদা মশা চোকথরবা ইঙেল্লেনা মঙোন্দা কোল্লগা তেংবাংবিনবা হায়জরকখিবা মঙগী থৌদোকশিং অদু খল্লুরগা মদোম হায়ফম খঙদনা মহী অঙাংবা লিক্লী অমা পুথোক্লগা খালি তাদ্রিফাও লিক্লিগা ব্রারী শানরবা তুংদা ঘড়ীদা পুংশীং য়েংলগা মাগী ফিশেৎফম কাদা চঙশিনখ্রে। থেন্দুনা লৈরিবা খ্বাইদগী স্ত্রী নানবা খোঙ্গাউ শেৎ, চাউরাং ফুরিৎ লিৎ, মুরৈনবা আনোক হাপচিল্লগা মচিন্দা ইশৈগী সুর অমা ঙংলক্লে । ঙংলিবা সুরগী অর্থদি ঙসি ইঙেল্লেগী অপাম্বা খুদিং মনীং থুংহল্লগা মাগী ওইগে অসিনি । অসুম্না নুংঙাইবা রাগদা তাউরি -----।

ডাইরেক্তর উনবদি পার্মিসন য়াওদবা য়ারমদে । ইঙেল্লেদি মানা পায়রিবা

চেজেৎতু উৎপদা থোঙঙাকপা অহন্দুনা চঙনবা য়াথং পীরে । পার্মিসন ফংদবা যমুনাদি ৱাইট্রিং রুমদা লৈহৌবা তারে । ইঙেল্লেনা পরপ পরপ দলানগী মথোন মথং মথং কাখৎপ্রে । মাবু উবদা ডাইরেক্তরনা -

- ইবেম্মা ইঙেল্লে লেঙশিল্লকউ । মোমোন নোক্লদুনা কৌশিল্লকই ।

- নহালগী থৌজাল হৈবা ডাইরেক্তরদুবু অসীরনে, ইঙেল্লে মবুক্তা চিংনবা পোকই ।

- চিংনগনু, লেঙশিল্লকউ । ইমাগী অনাবা কমদৌরিবগে ?

মানী নাহলগী অদুমক্তি, মবুক্লীংগী চিংনবদু কোকই।

- সারগী থৌজালদগী হোস্পিতালাইজ তৌজপ্রে ।

ডাইরেক্তরনা মাগী কা মনুংদা থারিবা সোফাদা ফম্মিন্নরবা মতুংদা

- ইবেম্মা মীওইবা ঐখোয়সী অঙম অঙম্বা মতেং পাংনবা হায়বদুনি নত্রনে ?

- সারগী তৌবিমল পুল্সী চুপ্পা কাউজরোই ।

- ইঙেল্লে নহাক্কী ৱাখন্দা ঐসী করম্বা মীশক অমনী হায়না খনবগে?

- য়াম্মা থৌজাল হৈবা, মীনুংশি চাউবা মীশক অমনী হায়না লৌজে।

- ইবেম্মা ইঙেল্লে, ঐনা করিগুম্বা অৱাবা তারবদি নঙনা ঐগী ইতেং পাংবা ঙমগদ্রা ?

- সারনবু করিগী অৱাবা তারুগদগে ?

- ইবেম্মা ঐ ঙসি নঙোন্দা ৱা অমত্তং হায়গে, নহাক করিমত্তা চিংনগনু। মমিত্তৃ ঙারাকপীগুম্মা ইরং লংনা য়েংবা হৌরকই। ইরাং খঙবী ইঙেল্লে ডাইরেক্তর খোইমুগী মতৌদু উরকপদা মবুক্লীংদা চিংনবা ফাওরক্লে । অৱাবনি, খঙহৌদনা শূক্ল মল্লবা নোংগী মপৈনা নোংচুপ মায়কৈ পাংবদগী অখাক-অরাউ অমদি নুংশিৎকা ঈরোয়ননা মালেমগী জীব পানবা খুদিংমক য়োৎশিল্লগে মতাগুম্মা পাইশিল্লক্লে । নোংথাঙনা ইরং ইরং লংনা অমুক অমুক ঙাম্থোরকপদা কৈজাও অমনা মাবু লাক্কদবগী ময়া খিগত্তুনা মমাঙদা লৈবা উরে । ঈংনা থৌনা লৈবী লৌশিং চাউবী ইঙেল্লেবু য়েক্লবনা তরাই তরাইনা লাকচবদি ওইথোক্লোই ।

ঙসি ৱাংলবা দলান অমগী মথক্তা চাউরাং লাংবা শা অমনা উপায় লৈজদ্রবী

শজি অমোম অমবু লাক্কদবগী কোয়তান তান্নরি । ইণ্ডেল্লে মশাগী ইজৎ কঞ্জনবা কপ লাউদুনা য়েক্লবগী খুত্তগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনরি । ও! ওম্থোকপনি মহাক্কী য়েৎথংবা পাম্বোম য়েক্লবনা পায়খ্রে । থৌনা লৈবী মহাক অরোইবী খোঙ্গাউদা মশা নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনরবদা উচিন-নাচিন্না নাম্থোকচবা ওল্লে । য়েক্লবগী লাংদা থুদনবা কন্না চেম্থোরক্লে । মরৌ লৈবা শাদুনা মাগী শিকারীদু নাম্থোকখিবা তারে খন্দুনা খুৎলৈ থুনা চোংখিদুনা ইণ্ডেল্লেগী মাঙদা অমুক থৎখ্রে । ওয়দা য়েত্তা নাম্থোক্তুনা চেনগে হোৎনবদা উপায় লৈখিদ্রে । ওম্থোকপা মতৌনি ৱাংলবা দলান মথক্তদগী উপায় লৈত্রবীদো চোংথখ্রে । ইণ্ডেল্লেগী মতৌদু উবদা ডাইরেক্তর ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে ।

ইণ্ডেল্লেদি লৈমায়দা উপ্রাক্লনা হেক তাখিবদগী অৱা অনাগী ৱাংমদা লৈখ্রে । মচীন্দগী ঈ চেম্থ্রকপা নত্তনা খোঞ্জেন্দি অমত্তা থোক্লকখিদ্রে । ডাইরেক্তর ঙসিগী থৌদোক্তু মঙগুম্না থোক্লে । মহাক ইণ্ডেল্লেগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মিকুপ খরা মশা অমদি মিহুল পায়দুনা য়েংলবা তুংদা অকিবা পোক্লক্লে । হৌজিক ঐনা তৌগদবসী করিনো হায়না মতোমতা হংজে । থুনমক মাগী কা মনুংদা চঙশিনখ্রে। মানা ফোন্দা ৱারী শানরিবদু অতৈ কনাসু নত্তে, এস পি গনি। অসুম্না ফোন্দা ঙাংনবা লোয়রবা তুংদা চপ্রাসী অহন্দু মনাক্তা কৌশিনলে। মখোয় অনীনা ঙাঙনবা খন্নবা মতমদা মপানগী ৱাইট্রিং রুমদা ফল্লিবী যমুনাগী ৱাফমসু অরুবা মতাং ওইরে । থুনমক অহন্দু মপান্দা থোকখ্রে। খোইমুসু মাগী নহা মান্নবা শেৎলিবা ফিজোন্দু থুনমক হোংদোকখ্রে ।

পূং অনী হেন্না ফম্লগা মচে ঙাইরিবী যমুনাগী ৱাখল মওন মওন খল্লকখি । অসুক নুংঙাইনা নিংথৌগী কোনুংগুম্না পাল্লিবা ইমুং অসিদা মী অসুক য়াম্না চীক্লিবা করিগীনো, ডাইরেক্তরসীবু মচা মশূ ইরৈ লৈতবা জাৎলা নত্রগা মাগী মাগী মথৌ চৎনখিবা ওইরমগদ্রা । ঙসি ইচেদা হংলমগদবা ৱাহংশিং অদুনা করম তৌরমগদবা । ইচেনা থবকসীমত্তং ফংলবদি ইমুংগী অৱাবসী খরমখৈদি কোক্লগনি । থবক হাপ্লগী মতাংদা শেল পীয়ু হায়রক্লগনা কমদৌগদগে । লম্ফেল ডাক্তরদা ইমাদু ইচে য়াইমা গঙ্গানা সেবা করম্না তৌরমগদবা । যুমদা লৈহৌরিবা নাওবীনা মদোম করম অমুক ? ফনসু কুইরে থোরকপা মতম ওইরে । কা মনুংদা মীচীক মীরাওখোন অমত্তা তাবা ফংদনা লৈরিবী যমুনাগী ৱাখল লাঙতক্লরম্মী । অসিগুম্বা তাঞ্জাদা চপ্রাসী অহন্দু চঙলকই, মচেগী মরমদা ঙাংলকপা ৱাহৈশিংদু তাবদা য়াম্না

ঙক্লা থোক্লে। মচেনা দলান মথক্তগী ওষ্টে হায়বদু কন্না য়ানীংলমদে; অদুবু মচেনা য়াম্না থীনা শোক্লে পল্লকপদা অহনগী ব্লাদু মপূং ফাদ্রিঙৈদা মচেগী মনাক তম্না থুনা য়াঙনা চেনশিনখ্রে। তৌরম্লিবা মচেগী মতৌবু উবদা মচেবু চেজেৎনা কোনশিল্লগা থম্মোয় পুবা ঙমদবা খোন্থাঙদা ইকাই ইকি খঙদনা হৌনা হৌনা কৌদুনা কপ্লক্লে।

ঙসি থোক্লিবা থৌদোক অসী অহানবদা লৈকাই খঙলম্বা নত্তে, অদুবু থম্মোয় কায়বা যমুনাগী খোঞ্জেল তাবদা লৈকাইগী মী য়াম্না চঙনরক্লে। মিকুপ খরগী তুংদা অঙকপা থৌদোক হায়বদু ওইরে। ডাইরেক্তরগী শুমাঙদু পুলিসনা পিক থনখ্রে। পুলিসকী মকোক থোংবা অদুগা ডাইরেক্তরগা মাগী কা মনুংদা য়াম্না কন্না ব্রা তানরি। ঙসাইদগী থব্রায় য়াওদ্রবা ইঙেল্লৈবু শেন্নরিবা চপ্রাসী অহন অদুনা মচীন মনাওগী মতৌবু য়েংলগা "পেন্দেদকো ইবেম্মা নপা শক্লবা ঐনা মীগী মীনাই য়োৎহিলং থাংখিবনা ইচা অনীগীদমক পাঙ্গল থোকপা ঙমদ্রেদকো। পাম্মুইদো ইবেম্মা; খাঙভু থক্তা মাঙলেদকো! হা, চীঙদা শাৎপী ইঙেল্লে চিন্নদনা কেনখিবা --------।" অসিনচিংবা অর্থ চেল্লবা থায়নগী শৈশক অদু নুংহীক্লনা শক্তুনা খকপা নাইদনা মিত্তগী পিগী ঈরা শিন্থুরি।

নুমিদাংব্লাইরম পুং ৫ তাবা মতমনি। থব্রান থাগী অমংবা নোংগী নোংলিক নোংফাইনা অতৎপা লৈতনা থীক্লি। কাঙ খোঞ্জেন্না মখে লাংনা ঙংলক্লে। মালেম অতিয়াসু শুক্লা মমশিল্লক্লে। মতম অসীদা খন্নবা তানবা লোইরমাল্লে ইঙেল্লৈগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদু পুলিসকী গাড়ী অমদা হাপকৎনবা হোৎনরক্লে। ঙসাইদগী অঙাওবীগুম্না মচেবু কোন্দুনা কপ্লিবী যমুনাবুসু অতোপ্পা গাড়ী অমদা হাপকৎনবা হোৎনরক্লে। মচেবু থাদোকউ য়াদ্রবদা হূইগং থাংদুনা চিংবা হূইগুম্না চিংথোক্লগা তোঙান তোঙানবা গাড়ীদা হাপকৎখ্রে। অসুম্না নুমিদাংব্লাইরমগী মন্নিরবা তাঞ্জাদা পুলিসকী গাড়ী মরি পরেং শানা ডাইরেক্তরগী শুমাঙদগী থৌদোকখি। ⊙

# যামিনি

যামিনিগী মপুরোইবা বীহারিনা অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা মঙোন্দা শিন্নরম্লিবসী মচা অহুমগা মীগী লন্দোন কোকথোং অমগনি। মচানুপী অনীদি শকউননা শিন্নরম্বনি, মচানিপা অতোম্বদি মমাগী গর্ভনুংদা থা অহুম ফাদনা থম্বিরম্বনি। মহাক কেন্সর লাইনা নারগা লৈখিদবনি। মাগী লায়েংবদা লৈজরম্বা মাল-চাং লোইনা কায়থোকখি, মদুনসু কোন্নরক্ত্রদুনা মীঙোন্দগী পুশিনবা তাখি। ফনা য়াম্না হোৎনরবসু পুন্নমক অরেম্বা তাদুনা থৱাই কনবা ঙমখিদে।

মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা যামিনিনা মাগী গর্ভনুংগী অঙাংদুগীদমক শূবা-নোম্বা, মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বরবু কাউজদে। "হে ঈশ্বর ননাইগী গর্ভনুংগী অঙাং অসি নিপা ওইহনবীয়ুকো। নহাক্কী থৌজান্দগী নিপা ওইনা ফংজবা থোক্লবা মাবুদি অৱা মৈচাক নংহল্লোই, ইচাগী ষষ্ঠি পূজা চাউনা শোনগনি, মদুদা মপাগা তিন্নরম্বা মরুপ মপাং অমত্তা চিৎথদনা বার্ত্তোন তৌগনি; থা মঙাগী চউম্বদা লুপাগী খোঙজি-খুজি, লীক মরি লোইনমক শাবীগনি, ঈচাবু পোরগা ঈপামদা চৎকনি, ঈপামগী নুংশি-চান্নবী কয়াগা ফম্মীন্নদুনা ৱারি শানরুগনি।" মপুরোইবা কায়নবগী অৱা মৈচাক খাঙলিবী যামিনিগী ৱাখলদা শুক্রা মন্নবা অহিংদা পীক্লবা তান্দনগী মঙান্না কুফেৎ-কাফেৎ ঙানবগুম্না নুংঙাইবা ৱাখল মতেক মতেক্তা অৱাবা কাউহল্লি।

মতম কৌবী লাইরেম্বী নোংমা-নোংমা হৌখিবনা যামিনিগী গর্ভগী লক্ষন থা ১০ মপুং ফাখিবা খঙহৌদে। ইং কুমজা ১৯৮৪ ফাইরেল থাগী মঙানি পাম্বা নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ৮ তাবা মতমদা যামিনিগী নিংজবা আশা মপুং ফারে। পারী নৱা অমা ফুগাইনা শাৎলরে। নৱা চেংলৌ হেন্না নীংথিবা চাউদম শীংদম্বদু উবদা

নাউকনবী অমদি লৈকাইগী মচে মনেম কয়ানা হেদোই হেরাং কানা য়া-য়া নিল্লক্লে। মালেম খোঙদাজবদা ঙায়রিবা নৱাদুবু লৈখিদ্রবা পম্থৌ মাল্লি হায়রক্লে।

- ইশূগী মিংদি করি থোনসিগে ? হনুবী অমনা হংলকই।

-পঞ্চমী নুমিত্তা পোক্লবনিনা পঞ্চমী কৌবা তারেদনা।

নাউকনবী অমনা খুন্নকই।

যামিনিনা খুমনিংলিবদি মদু নত্তে, মানা খুম্নিংলিবদি 'অমিতাবসন্ত' হায়বা মিং অসিনি। মচাগী মিং অসি মানা লৈশারিঙৈদা হিন্দি ফিল্ম অমা য়েংলুবদগী সংকল্প তৌদুনা লৈরক্লিবনি, হায়নিংবা ঙাঙনিংবা খুদিংমক তাঞ্জানা য়াদবনা তুমিন্না লৈবা তাখি।

নোংমদোন থক্কী নিনি পানবা থাজনা পুর্নিমা তাল্লকপগুম্না যামিনিগী অঙাংদো নোংমা-নোংমগী মপুং ফাবা হেনগৎলক্লি। খঙহৌদে থা ৩ মপুং ফাখিবা। মপুরোইবা কায়নখ্রবা মতুংদা নোংমা ফাওবা মায়থোং মকা লাম্না লেঞ্জরক্রুবীনি, অদুবু মচাগী শাংতক তৌবা মায়দা, মুশিন মুবা মশম, পুলৈ কুচু তরু তরুবা মমিৎ অনী, খুদিংমকপু পেনবা নাইদনা য়েংজরগা মতমবাক্তা চোংহল্লি, চুপ্পীরি। অসুম্না মচা পল্লগা অৱাবা কোঙ্গাই কাউরক্লে।

যামিনিগী মপুং ওইবা থবক্তী মতম মতমগী য়েল্সাং নাপী লল্লোনবনি। মচা নুপী অনীদি অহন্না নুংথিলগী, মনাওনুপীনা অয়ুক্কী স্কুল কারিবনি। মখোয় অনীদা চান-থক্লবা, থোং-থাকপগী থবক অয়াম্বা পুহল্লি। মানা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদগী গাড়ী তোংলগা কৈথেল চৎনবা হোৎনৈ। মনঙ্গন্দা মচা পোরগা মকোক্তনা মনা মশীং য়াওবা থুম্মোক অচৌবা অমগা গাড়ী তোংনবা হোৎনবা অরাইবা নত্তে, নাতৈ চাদবা হেঙুলমেন থেংনবা নুমিত্তদি ৱাথি তাবদা নত্তনা থুম্মোক পোৎলুমদু লাক্তুনা ইন্থরম্বা নুমিৎ য়াওই।

'অমিতাবসন্ত' পামজনা থোঞ্জবা মচাগী মমিংনি। ঙসিদি অঙাংসী লৈকাইদা কোয়না চেন্দুনা শান্নবা ঙল্লক্লে। লৈকাইগী মীশিংনা বসন্ত! বসন্ত! হায়না হেক হেক কৌরকপদা মমানা তাবা থোক্লগদি অমিতাবসন্ত হায়না মপূং ফানবা হোৎনৈ। যামিনিনা মচাগী মিং মপূং ফানা কৌবিনবা হোটেলগী চা থকফমদা মীওই কয়ামকমদা চা লানখ্রে। মমান্নবা অঙাং কয়াদসু মিঠাই য়েনখ্রে, অদুবু কনা মত্তনসু মচাগী মিং মপূং ফানা কৌবিদ্রে। মচাগী মিংগী লাঙতক্লদুনা লৈরিঙৈ

তাঙ্গা অদুদা মখোয়গী মখা থংবদা লৈবা অহন অমখক্তা অমিতাবসন্তগী মহুত্তা তাংখুন তাংখুন হায়না কৌবিরে। মখোয়গী অৱাং থংবদা লৈবা যুগে অফিসারগী মচা কুমার, অমিতাবসন্তগা চহী লেঙ্গানি, মমা মপানদি কুমারদমক থোনবনি মচাগী মিংসী অদুবু লৈকাইগী মীশিংনা নবকুমার হায়না কৌনৈ। নবকুমারগী মমাদি হোটেলদা চা কনাদসু লান্দে,অঙাংশিংদা মিঠাইসু য়েনখিদে। পৃম্নমকসী উরগা হায়ফম তৌফম খঙদনা শাউনীংবা পোকই।

নোংমা মার্বোন শান্নফমদা রনজীৎনা বোবো ! বোবো ! হায়না অমিতাবসন্তদা কৌবিখি, নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা কনামত্তনা বোবো নত্তনা অমিতাবসন্ত কৌবিখিদ্রে। চুম্নগী বসন্ত কৌবা ফাওবদা পেঞ্জদদুনা লৈরিঙৈ মতাং অদুদা বোবো ! বোবো ! হায়না কৌনরকপদু তাবদা খাঙদুনা লৈবা ৱারে। মী খৎননীংলক্লে, অদুবু মহাক লায়রবী লূপ্তাবী মাগী মীচঙ য়াম্না লৈতে খল্লুরগা পুক্নীংবু লায়না খুদম চনবা ঙম্মী। ফরে, ইচাগী মিং কৌনীংবদা কৌরসনু, মিংনা কৈদৌজরনি লাইরিক নীংথিনা তমহল্লগা তলব চাউনা চাহনগে, মতম অদু য়ৌরবদা যামিনি ঐগী ইতীক খঙঙোইদ্রদো। অসীনি মাগী ৱাখল।

যামিনি থবক শূ-নোম্বদা মথৌনা মরিংজেল লৈবগা লোয়ননা মরৌশিংসু চাউই, মচা অহুম চাউনবা হোৎনরকপদা মনা মনিল নাইরক্তবী নূপীনি। মপুরোয়বগী লায়েংবদা পুখখিবা লন্দোনগী পোৎলূমসু খরমখৈ য়াংজরবনি, অদুবু মচা নীঙোল অনী লুহোংবদা হান্নগী পোৎলূমগা অমুক মান্নরে, শেল ফনা য়াম্না তোঞ্জরবসু মচা নিপানা মরম্মোকপনিনা শেন্দোন লায়না শিংবা ঙমগনি মবুক্তা খল্লি।

লমতা য়াউশঙ য়ৌরমদাই মতমনি, নহা অহন খায়দনা মীপূম খুদিংগী নাকোংদা য়াউশঙগী পাউজেল থুংলরে। নুমিত্তু যামিনি মচানিপাদা পাউমেল্লম্নগা ঙন্তা মচাগী ফি লৈবা বস গাড়ী তোংলগা অৱাং পাংনা চৎখি। গাড়ী মনুংদা ফম্না ফম্না করিনা পকচগদগে ঔরাইবা হৌই। যুগে অফিসারগী মচানা শেৎলিবা ফি হাপ্তা কাংদনা হোংলিবা ফিজোলশিংদু নীংশিংই। কুমশি য়াওশঙদদি মচাগী ফিজোল মমান্নবশিংদগী চাং তাহল্লোই খল্লি। অসুম্না নুংঙাইবা ৱাখন্দা ইম্ফাল য়ৌরম্বা খঙহৌদে। গাড়ীদগী হেক কুমথবগা মচানিপাদা পকচগদবা ফিজোন্দু চিনফা পুরগা মারৱারী দুকান তম্না চঙশিনখ্রে। দুকান্দা থেন্দুনা লৈরিবা ফিশিংদুদগী অপাম অপাম্বা খল্লগা মমল ঙাংনৈ। দুকান্দারনা পল্লকপা মমলদু তাবদা খংপ্রেক খংই। ঙাংন য়াবা ঙাংনৈ, হুন্নবা য়াবা হুল্লি, য়াদে। শাউনীংদুনা অতোপ্পা থংনবা দুকান অমদা

অমুক চঙপ্লে । মদুদসু হান্নগীদুগা ইমান মান্নে। ঙাংনৈ, হুন্নে, য়াবা লৈতে অসুম্না মথং মথং দুকান ৫ / ১০ চংলুরে। মমৈথঙদা মতম মাঙই হায়দুনা থৌওইদবা মতৌ দুকান্দারনা উৎলকই। মতম অদুদা মনা-মশীং য়োনবগী শেলনা মারব্রারী দুকান্দগী ফি লৈবা ঙম্লরোই হায়না মবুক্তা খল্লকই । নীংজরম্বা আশাদু কায়রক্লবদা যামিনি মমিত্তগী মপি তাগে তৌনা ব্রাখল তৌরকই । নীংবা কায়রবী মহাক্তু উপায় করি লৈবগে থিরক্লে, উপায় লৈত্রমাল্লে সেকেঙ হেঙ য়োনফমলোমদা মখোং থাংবা হৌখ্রে।

মীওইবনা অব্রাবা মতমদি লোইবা নাইরোইদৌবগুম্না খল্লি; নুংঙাইবা মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে, যামিনি মচাগী মতৌ য়েংবদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে, মচানা মেত্রিক পরিক্ষাদা মকোক থোংনা ঙম্লক্লে তাবদা কয়াগী মতীক নুংঙাইজে । লৈকাইদা অমদি মপামদা চৎলগা মচাগী ব্রারী শানবা হোৎনরিঙৈদা মাগী য়োন্নবা তীক্লুরিবা মনা মশীংদু পৎলে হায়বা খঙদে । কুমশিদি মচানা কলেজ কারগনি খল্লুবদা হরাউজৈ। বোবো লৈকাইগী মীনা চাল্লি; লমচৎ ব্যবহার, থকসী-খাসী মঙোন্দা মীনা তাকনিঙাই য়াওদে। মহাক তুংদা অফবা মী অমা ওইরক্কনি হায়বসী লৈকাইনা তত্তনা ঙাঙনরিবা ব্রাফম্মি।

নোংমগী নুমিত্তা যামিনি মশা ঙমদ্রে হায়দুনা মাগী তুম্ফম কাদা হিপ্লুনা লৈ। মচানিপানা মমাগী মশা নোইবিরি, লৈকাইদগী নুপী অনীনা অনাবা হংবা লাক্লি ।

- ইমা ! করি নুংঙাইতবা লৈবগে ? মিৎ শিংউ, ইনেখোয় লাকইয়ে।

- ইবুংঙো ! ইমা ব্রা কয়া ঙাঙনীংদে ব্রায়; ননেখোয়গী সেবা নীংথিনা তৌ ।

ওম্থোকপনি নুমিৎ অদুদগী হৌনা যামিনি হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদনা নাপ্লে । মাগী ওয় থংবা খোঙদু লেঙবা য়াখিদরে । মমানা থবক লেপখিবা নুমিত্তগী লৈকাইগী মীনা পীবা মীনুংশিগী তেংবাং অমদি মচে অনীনা পুরকপা পোৎচৈ খরা নত্তনা মমা মচাগী হিংনবা অতোপ্পা উপায় লৈখিদ্রে, মদুসু মতম খরগী ব্রানি । মমাগী মতৌবু য়েংলগা মমিত্তগী শিন্থরকপা পিগী ঈরাদু ময়া ক্রক ক্রক চীক্লা খাঙই । মপানা মাবু থা অহুম মপুং ফাদনা মমাগী গর্ভনুংদা থম্বিরম্লগা সংসার থাদোকখিবা, অদুগা মমানা মাবু চাউনবা য়োক্লকখিবা, মমানা লীবিখিবা ব্রারীশিংদু নীংশিংলকখি অদুগী মথক্তা মীগী শেন্দোন ময়াম অমা---- ? খল্লু খল্লুরগা উপায় লৈরক্লমাল্লে

হীক্লা হীক্লা মমাগী মখুত্তু মরাইবক্তা থাঙ্গৎতুনা চেজেৎনা পায়রগা কপ্লক্লে।

- ইবুংঙো নঙ করিগী কপ্পি । ইমা করিসু তৌরোইয়ে মরাইনা ফজরক্কনি, ৱাগনু।

- ইমা ! ঐ মতম খরা যুম থাদোক্লগা শেল তাল্লুগে ।

- করি ৱানো ইবুংঙো ! নঙ চখোকখিবা য়াবা নত্তে, নঙনা লাংফৈ চখোকখ্রবদি ইমাগী সেবা কনানা তৌবীগনি ।

- ইচে অনী লৈরিবসিদি ?

পিরাংনা চোৎলবা মমা মচা অনীগী ৱারীদু তাবা ঙম্লক্রদুনা কোরৌহনবনা নোংচুপ থংবা চীংগী নাপোমদা মঙাল মশেক পুদুনা লোৎখি।

নুমিৎ খরগী তুংদা কলেজ ছাত্রশিংগী চীন্দগী ওজাশিংগী মফমদা বোবো মপান্দা গাড়ী চৎপা য়াওবা চৎপ্রে হায়বগী পাউ য়ৌপ্রে । অফবা ছাত্র অমা কায়নখিবগী নুংঙাইতবা মদুগীদমক ওজাশিং য়াওনা ছাত্রশিংগা ৱা তানৈ ।

- মমা অশোনবী অদুদি কমদৌবা ? ওজা অমনা হংলি ।

- মচে য়াইমবীনা লায়েংগনি হায়দুনা ময়ুমদা পুপ্রে, ছাত্র অমনা খুম্লি ।

- ওম্থোকপনি মীওইবগী পুন্সী ! অৱাবা তারবা মতমদ ঐখোয় খুদিংনা অঙম অঙম্বা তেংবাং তৌফম থোকই । ওজা মকোক্কী ৱাহৈনি ।

বোবোনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা চহী অনী মপৃং ফারে । মতম অসিদা মমা যামিনিগী ফিবম য়াম্না হোংপ্রে, মানা চাকা অহুম পানবী গাড়ী অমা তোংলগা মতম মতমগী য়েঙ্খাং-মনা মশীং য়োনবা চৎলি, মানা য়োনবা পোত্তী শিত্তবা অমত্তা য়াওদে । মাদি মীনা নুংশিনবা ৱা ঙাংবা হৈ । হান্না কোকথোং পুরগা খোঙনা কোয়চেল চেল্লগা য়োল্লম্বদগী হৌজিক্লদুম হেন্না ফরে হাযনা মবুক্লীংদা খল্লি । মীগী লন্দোন অয়াম্বসু মতৌ উবদা নুংশিদুনা অয়াম্বা কোকপিপ্রে । হৌজিক্কী মহাক মখুত্তা পৈশা খরা পায়বা ঙম্লকলে । অদুনা মচানিপা লাংফৈদা লৈখিবদু কৌথোক্লগে খল্লক্লে, নোংমা মচাগী মমান্নবা অমা কৌরগা চিঠি অমা ইহল্লে মরোন্দি অসুম্না :-

ইমাগী ইবুংঙো অমিতাবসন্ত !

নহাক্লা যুম থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিত্তগী হৌনা ঐগী ৱাখল নোংমত্তা পোথাফম খঙদে । অদুবু নুংঙাইবা ৱাফম অমনা নবাই য়াইমনা শীনবিদুনা গাড়ী

চাকা অহুম পানবী অমা ফংলে। গাড়ী অসিগী মপান্দগী নমা ঐনা কোয়না চত্তুনা পোৎ-চৈ য়োনবা ঙম্লে। হান্নদগী হৌজিক্কা হেন্না কোম্না শেল থোকপা ঙম্লে। নহাক্কী চিঠি ইতৎ তত্তুনা ফংই। নহাক্কী অব্রাৎপা শেলফম করি মত্তা ব্রারুগনু নমা ঐনা হাপ্পা ঙম্লগনি; মরম অদুনা নহাক য়াম্না থুনা থোরক্লো, ঐখোয় অনী অরুবা ব্রা তানগদবসু য়াম্না লৈ।

নহাক্কী নমা

শ্রীমতী যামিনি দেবী

তাংজেং।

মচা থোরক্লগা অমুক হন্না ময়ুমদা লৈমিন্নরগনি খল্লুবদা হায়নিংঙাই লৈতনা হরাউজে। মচাগীদমক লৈবা য়াবা পোৎ-চৈ ফি-রোল লৈশিল্লি। মচা নূপী, ময়ানিপা অমদি লৈকাইগী মীশিংগী মফমদা মচাগী মরমদা ব্রারী শাদুনা তাহল্লি, কনাগুম্বনা মমৌ থিবগী ব্রাফম পল্লকপসু য়াওই, মদুদা মানা কনানবু য়াবিগদৌগে, ইমা ইচাগী ফিবম মতা অসীদা হায়না কনখোকই।

নুমিত্তু যামিনিগী পোৎশিং ফবা নুমিৎনি। অযুক্তা মাগী তীক্লুবা পোৎশিং মীনা লোইনা লৌবিখ্রে। অদুনা নুংথিন্দা পোথাবা ফংলে। পোথারিঙৈ অসীদা মানা মাগী পুক্নীদা থেংনরকখিবা থৌদোকশিংদু নীংশিংবা হৌরক্লে। মপুরোইবগী শক্তমগা মচানিপাগী মশক্কা য়াম্না মান্নে। ইচাগী মিং মমা ঐনা অমিতাবসন্ত পাম্না থোঞ্জখিবনিদকো অদুবু কনামত্তনা কৌবিদনা তোকইদা। লুখ্রাবীমচা ওম্থোক্লা মীনা থৌওইবিদেদকো। নুংশিখিদ্রেদা মখা থংবগী হনুবা মিংলাওবা মাগুম্বনা ইচাবু তাংখুন তাংখুন কৌদুনা করেম্নখিবা। ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা নঙনা ঙসি লাংফৈদা চত্তুনা শেল তাল্লিবা নমা ঐনা লাইবক থীবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনিকো, নমান্নবা ময়াম্না কলেজ কাদুনা মহৈ তম্নরগা নঙনা করম্না লেল্লিগবা? খল্লু খল্লুরগা ওমচাক্লরম্না থম্মোয়দু মৈরি থোক্লা চাক্লে তৌরক্লে; তাঞ্জা অদুমক্তদা চিঠি পুবা নিপা অমা চঙলকই। মচাগী চিঠিদু ফংবগা লাইরিক হৈজদ্রবসু ফাক্তুনা হেক হেক য়েংই। মরোল খঙদ্রবসু খুৎই মশক খঙই। ঙসিগী চিঠি মচানা ইরকপা নৎত্রে খঙই। চিঠিদু মবুক্তা য়েপশিল্লগা থুনা য়াঙনা মাগী গাড়ীদু থৌদোকখ্রে।

- ইবুংঙো কান্ত! নঙগী মরুপকী চিঠি অমা থুংলরে অমুক্তা পাবিয়ু হায়দুনা চিঠিদু কান্তদা পী।

মাগী মরুপকী চিঠিদু পাবা হেক হৌবগা কান্ত খোঙদগী লৱাই লুতোন ফাওবা স্বায় লাউনা তু চুংখ্রে স্বর ফুনগৎলক্লে । ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন্না লেপ্লগা মমিত্তগী পিগী ঈরা মতূম মতূম শিন্থ্রক্লে ।

- করি ৱারোল ইরক্লবগে হায়রো কান্ত ! চিঠিগী মরোল তানীংলে। থম্মোয় লাঙতক্লবা খোম্থোক্লা কান্তগী মফমদা তকশিল্লি ।

- ইমা লাইবক থীবী ওন্থোক্লা থীখ্রেদকো নঙগী লাইবকসে ----- থম্মোয় পুবা ঙমদবা খোম্থাঙদা যামিনিগী মখূত্তু চেজেৎনা পায়রগা বোবো ! বোবো ! হায়না হৌনা হৌনা কৌদুনা কপ্লক্লে ।

কান্তগী মতৌবু য়েংলগা যামিনি নোংমদোন অতিয়াসী পূম্মম মমশিনখ্রে। সনজীং চীঙজাওনা খঙহৌদনা নোংমদোন অতিয়াথক্তগী হাইথরক্লগা মাগী লৱাই কোয়রেলথক্তা নল্লরে । জ্ঞান যাওদ্রবা মিৎয়েংদা হাঙলবা মালংবু অমুক্তং লৈদুনা য়েংলম্লগা ইমাগী ইবুংঙো অমিতা ----- ৱাহৈ অসি মপূং ফাঙমদনা মখুৎ অনীনা মকোক পায়রগা লৈমায়থক্তা হাইথখি।

মথংগী নুমিত্তা খবরগী লমায়দা অচৌবা ময়েক্লা ইরগা অকুপ্পা ময়েক্লা মখাদা মরোল লোল্লিবদু অতৈ করিগীসু নত্তে, ডিমাপুর লাইন্দা গাড়ী এক্সিডেন্ট থোকখিবগী ৱানি । মদুদা বোবোগী মরমদা ময়েক শেংনা ইরি । অপাবা অতাবা খূদিংনা পেন্দবা ৱাহৈনা ফোঙদোক্লরি :-

পাম্মুইদকো ইবুংঙো বোবো ! লোইরেদকো নমা নচাগী পুন্সী । ◉

# ব্রোজেনগী ভেস্পা

ইবুংঙো ! ইবুংঙোমচা ! শকহেনবা ! ব্রোজেনদা কৌনরিবা লৈকাই অদুদা লৈরিবা মীশিংগী অচান মিংগৌ ঙাক্তনি, নিপা, নুপী, অঙাং অহল পুম্নমক্না। অমনা ফংলে পোরগা, অমনা ফংলে পল্লগা হেক্তা পুনখি, ঙাইহাক্তবু মনীং তম্না শান্নবা ফংজদে। হায়রিবসী ব্রোজেননা চহী অনী অহুম শুরকপগী মতাংদনি। হায়নবা লৈ বামোন নুংশিদবগী লাইদা শিদ্ধা কৎনীংদে, মমা মপাগী কাইদা য়েংনা অঙাং পম্মী, অদুমক থোক্লে।

ব্রোজেনগী মপা শামু, মমা বিলাসীনি লৈকাই অসীদা শেল পায়বা জর জর হেনগৎলক্লি। অহানবদা শেল পায়রমদবা মখোয়না বিলাসীনিনা মপামদগী পুরকপা সনা খরা কায়থোক্লগা হোৎনবদগী শেল পায়বা ইমুং হায়বদু ওইরকখিবনি। লৈকাইদা নত্তনা খুঙ্গংগী ওইনা শামুগী শেল তোন্দবা ইমুং মশীং য়ামশিল্লক্তে। শেল খোয়না পায়রবদা ইহৈদা হৈ, ইশিংদা শিংই হায়বদু শামু মতৈ মনাওদা থোক্লে। মখোয়না তৌরকপা থবক্তা অমদি ঙাংলকপা ব্রাহৈদা ফনা য়াম্না য়ানীংদবা, পেন্নদবা য়াওরবসু মাগী মায়োক্তা ঙাংবা ঙম্নদে। লৈকাই অদুগী মপাঙ্গল কনবা, মথৌনা লৈবদা মীনা মাবু কিনবা নত্তে, মঙোন্দা কিনরিবা, ব্যবহার তৌনরিবা অসি শেলগা মরী লৈনৈ হায়বা মহাক ভাব তাই অদুনা শেল য়াম্না কৃপ্না শীজিন্নৈ।

মচানিপা ব্রোজেন মশাগী চহী য়ামখৎলপগী মতুংইন্না মহে তম্বগী ক্লাসসু ব্রাংখৎলি। শামুনা মচাবু লুনা তৌবা অমদি লাইরিক হৈহঞ্জনীংবসীদি করি অমুক হায়গনি কনাগুম্বা মীনা মচাগী ক্লাস হংলকপা মতমদা ক্লাস অমমম হেনগৎনা খুম্বা

ঙাক্তনি। ব্রোজেন ক্লাস টেন তম্বা ছাত্র অমা ওইরে, মহাক অফবা ছাত্র অমা ওইদে হায়বসী মমান্নবা ছাত্রশিংনা ঙাংনৈ, অদুবু পরীক্ষাগী ফল হায়দোক্লকপা মতমদদি মানা মকোক হেক হেক ওইদুনা লাকখিবা ঙাক্তনি। মাগী মরমদা খঙবা মমান্নবা ছাত্র খরনদি মপা শামুনা ওজা চাক কৌবগী ৱা পন্নে। অদুবু মদুগী মরমদা কনাসু থিগৎলুবা ঙম্নদে, মরমদি ইনাকখুনবা ইমুংগী মায়োক্তা ৱা ঙাংবা য়াম্না লুই।

ব্রোজেন লাইরিক ফবা ছাত্র অমা ওইরকই ওইরক্তে হায়বদু মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোরকপগী ফলনা সাক্ষী ওইরে। পরীক্ষা হায়দোকপা নুমিৎকী খবরদা ইরিবা রোল নম্বর ময়ামদুগী মরক্তা ব্রোজেনগী রোল নম্বর য়াওরমদ্রে। ওম্থোকপনি মপানা নীংজরম্বা আশাদু কায়রে। অদুবু পম্থবা তৌদনা ওজাশিং কৌরগা ৱা তানরে। তানবা য়াবমখৈ তানরবা মতুংদা ওজাশিংনা ব্রোজেনদা অফবা পাউতাক কয়ামরুম পীরে। অদুবু মঙোন্দা পীরিবা পাউতাক অদুগী ওন্ন-তৈনবদা লাইরিক তম্বা তোক্লো হায়রকপনা হেন্না পান্নবনি। খন্ন-তানবা অদুদা লৌখিবা অরোইবা ৱারেপ্পী অমুক হন্না মহাক স্কুল কাবা তারে।

মতম্না মীওইবগী পুন্সীবু ঙাইদুনা লৈবিয়ু য়াবা নত্তে; ব্রোজেন লাইরিক তম্না তম্না মাগী ইমুং ইখও খঙহন্দনা বীনা পুদুনা লাক্লে। লৈকাইগী মীশিংনা শামুগী মমৌ চেল্লক্লে হায়নরদুনা ৱা ৱা নিন্নরক্লে। নুমিত্তুগী অযুক্কু মখোয়গী ইমুংদু মীনা কৃক কৃক ইন্নে। অঙাং, অহল, নিপা নূপী মৌ য়েংবা লাক্লরিবা। ময়ামদুনা নোকপগা ঙাংবগা, থাগৎপগা পুখৎপগা ৱা ৱা নিল্লী। মৱা মখোল ফবী চন্দ্রমুখী, য়াইমবী মখোয় অনীদি ৱা ঙাঙবা মুন্নরকপদগী মশম ফোয়নগেবু তৌনৈ। অসুম্না পুম্লিল নিল, পুন্নাঙ লাঙ তৌদুনা অয়ুক্কু হৌখি।

ফাইরেল থাগী তরামরিনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা ব্রোজেনগী লুহোংবা নুমিৎ লেপ্পরে। বীনাবু পোকপা মৈস্নাম থম্মৌ মাগী নূপী অহনবী খুঙ্গংদা হাইফেৎ লিংনা পানবা ইমুংনি। লৈকাই অদুদা মরল লৈবা অমদি লৌশিং শিংবা ঐনি খঞ্জদুনা নুংথোয়ননা লৈবা মীশক্নি। মচা মরি পোকপগী মনুংদা অহুমদি ময়ুম পাল্লে। বীনাগী মবুং অমা মনাও নূপী অনীনি। বীনাগী বর মতীক চাবা অমত্তং হায়বসীদা থম্মৌ মতে মনাও লাইনীং ওইদুনা লৈরিবনি, অদুনা মচন নূপী চন্দ্রমুখীগা লোন্না লোন্না ৱা তানৈ।

বীনা খোঙজোম পাম্বে ফৎলমদবা তারগদি, লৈশাবীগী পুন্সী লোইদনা

শিবনা হানগদবা মীতানি । মহাক মনে চন্দ্রমুখীগী য়েংথংবা পাম্বোম্মি, মনেনা শীনবা লাম্বোংগু খুদিং বীনা হনবা লৈতনা থেংনৈ । ব্রোজনগা মাগা লুহোঙগদৌরিবসী মনেগী থৌরাঙ ঙাক্তনি । হন্দক লুহোংগদৌরিবা বর কন্যা অনীসী কন্যানা চহী মঙা হল্লি, অদুনা চহীগী মতাংদা লৈবাক্লা করি ঙাওনরক্কদগে খল্লুবদা বীনা মশাদু নুংনাঙবা পোকই ।

শামু অমদি বিলাসীনি মতৈ মনাওনা মচাগী মমৌ বীনাবু পামজদবসীদি করি অমুক হায়রুগনি । মমৌ চেল্লকপা নুমিত্তগী মহৈ মহৈ চারা হেন্নবদা ময়াঙ কংশিল্লি অদুবু লৈকাইগী মীনা থেমজিনবদগী অকায়বদি থোকখিদে ফজনা চাউনা লুহোঙখি । অদুম ওইনমক মমৌ হেক পুশিল্লকপদগী মানা নীংজরম্বা আশা পূম্নমক কায়খ্রবনি। মাগী আশাদি মচাবু মহৈ ৱাংনা তমহল্লগা শকনাইবা মীশক অমা ওইহনগে অসীনি। কনানা খঙবা ঙমগনি মানা পামজরম্বনা অমা মচানা তৌথোরকপনা অমা, নুংঙাইতবা ৱাখন্না মরম ওইদুনা নোংম নোংমগী অসুম কুচু-কুমেন থোকচিল্লক্লে। লৈকাইগী মীশিংনসু মাগী ইমুংগী মরমদা লোন্না লোন্না ৱারী শানরক্লে।

মীপূক খঙনা মীতৌ হৈবী, পুংলোন খঙনা জগোয় শাবী, কেজ-নৌজবদনা মথৌদাং ওইরিবী লৌশিং চাউবী মমৌনা মকু মনেমগী মওঙ মতৌ খঙনা মখোয় অনীগী পেন্নবা হোৎনরক্লে । মাগী থোৎ-নৌরবা ৱাঙাং, হৈথোই শিংথোইরবা সেবা অমদি লমচৎ ব্যবহারনা মনেম মকুগী থম্মোয় নোংম নোংমগী অসুম অসুম শুম্হৎপা ঙল্লক্লে । মমৈথংদদি লিন পুবা মীগী যন্ত্র মখোন্দা লিন্না তেথৈবগুম্না বীনাগী থোৎ-নৌরবা ৱাহৈনা মনেম মকু অনীমক্কী থম্মোয় শুমখ্রে, যন্ত্র মখোন্দা তেথবা লিন্দগীসু হেন্না তেথখ্রে। মমৌনা হায়বদা মনেম মকু অনীমক য়াদবা কৌবা লৈখিদ্রে । তাঞ্জা অসীদা বীনাসু অয়ৌবী থাক্তা লম লৌশিনখ্রে । হৌজিক মানা ইমুংগী চুম-শো লোইনা পায়শিনখ্রে।

ব্রোজেন মেট্রিক পাস তৌহৌদ্রবসু, লাইরিক ৱাংনা তল্লকপা মান্ননবা কন্না হোৎনৈ । সঙ্গসু ঠিকাদার, উকিল মঙোন্দগী হেনবা ঙাক্তা তিন্নৈ। হৌজিক ব্রোজেন মচা অহুম শুরে। অকোনবগী মচানুপী অতোম্বী পোকপগী য়ুম শেংদ্রিঙৈদা মহাক ঠিকা তৌরিবনি হায়দুনা য়ুমদগী থোকখিবনা হঞ্জিল্লক্তবা থা অহুমলোম শুরক্লে ।

নোংমা নুমিৎ য়ুংলমদাইদা অশংবা ভেম্পা অমদা ব্রোজেন্না য়েনবা অমা

পায়রগা মনীংদা ফম, ঠিকাদার বিধুনা গাড়ীদু থৌ, অসুম্না মখোয়গী য়ুম তম্না ঙংদুনা থৌজিল্লকপদু মমা মপানা উবদা ইঙক ঙক্লম্মী। ব্রোজেন্না য়েন থোংনবা শেম শাবসীদি ওম্বোক্লা থুগ্রে, শৎ শৎ হেক্তা লোইশিল্লি, মাগী ইমুংগী মীদা থোইনা য়েত্তে। অসুম্না থোং থাক্লবা মতুংদা মহী অঙাংবা য়াওবা লিক্লী অমা পুথোক্লগা থকপগা চাবগা তৌরবা মতুংদা খুৎচুম কংবা ঙাইনদনা মহৈ মহৈ ফমুংদা তুম্নখ্রে। অশিবগুম্না শাংনা তৃম্লুরবা মতুং নুমিৎ তারমদাই মহৈ মহৈ অমুক হৌগৎনরক্লে, অদুগা বিধু বসগাড়ী অমদা তোংখৎখ্রে, ব্রোজেন অমদি ভেস্পাগনা লৈহৌবে। ব্রোজেন্না মাগী ইমুংদা তৌবা থবক্তা মখোয়গী ইমুংগী মীনা য়ানীংদবা য়াওরবসু কন্না ঙাংবা অমত্তা ঙম্নদে।

নোংজু থা মতমদা ঈশিংনা ঈমায় পাথোক্লা চেল্লম্বা তুরেন্না নোংগী মতম লোইখ্রবদা তুরেলগী ঈচেল নোংম নোংমগী অসুম পীকথরকই। মতৌ অদুগুম্না শামুগী ইমুং মচানিপা ব্রোজেনগী হাক্তক্তা জর জর হাইথরক্লে। লৈকাইদা পৃথোক্লগা শেন্দোই চারম্বা শেল্লেপ মখে লোইনা থৌদোক্লে। মচা চৈবগী মহক্তা মাগী শেল শিংবা ঙমদবা মীদা কন্না কন্না চৈবা হৌরক্লে। মতম অমদা মাবু থাগক্তুনা ঙাংলম্বা মীওইশিংদুনা অমুক মাগী মায়োক্তা হুন্দুনা ঙাংবা হৌনরক্লে।

ব্রোজেননা মাগী ইমুংদগী শৃরু শৃরু নৈরগা পুখিবা শেল অমত্তা ময়ুমদা হঞ্জিল্লক্তে। হংলুরগনা বিল ফংদ্রি, বিল তান্নরি অসীনি। ভেস্পা পুশিল্লকখিবা খোঙফমদা মানা ময়ুমদগী পুখিবা লৌ মরাক অমা য়োম্বোকখিবগী শেলফম্লি। মচাগী থৌদৌ উরগা মপা মমা অনীমক চিন্তা তৌবা হৌরক্লে।

মনেম মকুগী অৱাবদা শরুক য়ামিন্নগদ্রা হায়রগা মমৌ বীনাদি লোন্না নুংঙাইরবা রাগ অমা শাগৎলি। মানা নুংঙাইজদ্রিবা হায়ববু মাগী থোমগী অঙাং অসীনা মমা থাদোক্লবা য়াদবা অসীগী ৱাফমদনি। মাগী রাগদি মখোয়গী অশংবা ভেস্পাদু ব্রোজেনবু থৌহল্লগা মানা মনীংদা ফম্বা অদুগা হঙ্গৎ হন্দা থৌবা অসীনি। মাগী লুহোংবদা উল্লকপা উপু থন্না লৈরিবা জাৎ জাৎকী ফিজোলশিংদু ভাবনা নুমিৎ খুদিংগী হোংদোক-হোংজিন তৌই। ওম্বোকপনি মীওইবগী ৱাখল নীংজবনা অমা তৌথোরকপনা অমা।

নোংমা ফুরিৎ খোঙ্গাউ স্ত্রি নানবা, মচু অঙৌবা, কোট অমুবা লিৎপা আনোক মুরৈনবা হাপ্পা নিপা অমগী অশংবা ভেস্পা মনীংদা শারি ঙৌনা লাংবী, মশম শন্নীলোনবী চিনবান লিঙ্গতিক তৈবী, আনোক অরংবা হাপ্পী নাকন্দা বেগ

অমূবা য়ানবী নূপী অমা ফন্নগা বীনাগী মমাঙদা পাইথোক্কে তৌনা য়াঙনা থৌখিবদু উরুবদগী বীনা মশাগী লাইমন ওইহৌরে। নুমিত্তু ব্রোজেন্না বিল ফংলক্কনি হায়রম্বা নুমিৎ অদুমক্কী।

অঙকপনি, ঙসি মতৌ করম্না ইন্দ্রানিনা ঐগী নিপাগী ভেস্পা মনীংদা তোংশ্রিবনো ? ঐমক লৈনা লৈনা মাগুম্বী মৌ হল্লকপী, লুখ্রাবী মচা মহাক্না ওহ্নোক্না তৌবা ঙমল্লেদা খল্লু খল্লুরগা শাউনীংবগী মৈনা প্রোক প্রোক চাক্লম্মী। অদুদগী হায়ফম তৌফম খঙলক্ত্রমাল্লে, মনঙ্গন্দা পোরিবা পিক্লিবা অঙাং অদুদা কপত্রিফাওবা খুবাক্না থাই । মহাক মনেম মকুগা ব্বাখলগী পম্বুং মান্নদ্রবসু ব্রোজেনগী মথক্তা শাউনীংবগী ঈহৌদি মান্নরে।

নুমিত্তু ব্রোজেন্না বিল ফংলক্কনি হায়রম্বা মরম্না মখোয়গী ইমুংগী মী পুম্নমক মহাক হল্লক্ত্রিফাও তূম্নদে। অথেঙবা নুমিদাংগী পূং অমা তাবা ফাওবা ব্বারী শান্দুনা ঙাইনরি । ব্বারীগী মপূংদি মনেম মকুগী মফমদা বীনাগী ব্বাকৎনা অয়াম্বনি। অসিগুম্নবা তাঙ্গা অসীদা খঙহৌদনা ভেস্পাগী মখোল তারক্লে, অদুনা অহল অনীদি স্বর চনীং খরা তানরে, অদুবু বীনাদি শাউনীংবদগী মনাতোন্দু ফী ফী কাম্বা হৌরে।

ঙসাইদগী যুগী নেশানা পানবনে, ইন্দ্রানিগী পাখোঙ ময়াম অমা চিনফ পুনবা হোৎনবনে মখোঙদু খোঙকাপ অমফাওবা চুম্না থাংজবা ব্বারে, মাগী বীনানা অদুক লুনা খঞ্জরিবা ভেস্পাদু করিসু থৌওইবিদনা ইমুংদা গ্রোঙ লাউনা ইনশিল্লকই।

ঙসাইদগী জবান লৌগদবগী ঙাইনরিবা মনেম মকু অনীনা ঙাঙবা হৌদ্রিদ্রৈদ থৌনা ফবী শারদুনা-ঙসাই ভেস্পা মনীংদা ফমখিবা নুপীদু কনানো? খঙন খঙন হংঙী। ব্রোজেন থৌ ব্বা শাদনা তুমিন্না লৈ।

- খুম্মো নচীন্দু ! করিগী তুমিন লৈরিবনো ?

মশা চোকথবনা ব্বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনীংদ্রবা ব্রোজেন মাগী নুপীনা ভেস্প মনীংগী ব্বা পল্লকপা অদুদগী খঙহৌদনা -

- তুমিন লৈয়ু শকথীবী ! ইমুংদু পোকখায়গে তৌবমুক হৌনা লাউরকই।

- ঙসাইদগী ব্রোজেনগী জবান লৌগদবগী ঙাইনরম্বা মখোয় অহম্মক ব্রোজেন্না খোঞ্জেলগী বোম অমা পোকখায়হনখিবদগী তুমিন তুমিন লৈনখিরম্মী।

- থেঙলে চাক চাথোক্লুরো । বিচারপতি অহন্দুগী য়াথংনি।

মপুরোইবা লাক্লগা শাউনীংবগী মৈচাক খরা কোক্কদ্রা খল্লম্বা বীনা অমুক্তা হেন্না শাউনীংবগী মৈচাক হাপ্পকলে। হয়েং নোং হেক ঙানবগা ইন্দ্রানি উনগে অদুগা থীক তৌগে হায়বা ৱাখল অসিনা মন্ত্র ওইরগা অহিংদু লেনখি।

ফিবম মতম তাঞ্জা মেঞ্জা য়েংদনা ৱা হেক্তা ঙাঙলুবা অপঙবা তাদুনা তোকই হায়বসী বীনা ভাব তাই । মহাক ইন্দ্রানি চৈবা য়াবা তাঞ্জা লুমদুনা লৈবা হৌখ্রে। নোংমা ইন্দ্রানিনা ঙাক্রো অচৌবা মঙা লৈবগী খোঙফমদা ঙাঙনীংবনা মচীন্দু মরেঙ মরেঙ চৎলি। তাঞ্জানা য়াখিদবনা ৱা ঙাংবা ঙমখিদে । ইন্দ্রানিনা মনা মশীং অতেক অনৌ মরাং কায়না লৈরে, বীনাগী মমিৎ নাই, অনৌবা ফিজোল অমা শেৎলক্লবসু খোয়দৌ শাউগৎলি। হৌজিক বীনানা পেনগদবসী ইন্দ্রানিনা চাদ-থক্তবনা কংদুনা শিরবা মতমখক্তদনি। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা ইন্দ্রানিদি ব্রোজেনগী ভেম্পা মনীংদা ফম্লুবা নুমিত্তগী ফিজেৎ নানবী, কুচু থোকপী ওইবদা নত্তনা ময়ুমসু জিঙ্খনা কুপ্পা অনানবা অমা শাদোকখ্রে। ইন্দ্রানিবু মায়থীবা পীনবা খল্লুবা বীনা উপায় লৈরক্রে । অদুনা অনৌবা উপায় অমা অমুক থিবা হৌরক্লে ।

ঙসিদি বীনা য়াহৌ য়াম্না ঙল্লি । চেঙহী মনম নুংশিবা য়াওবা সনাবুন, সাবোনগা লোয়ননা তুরেল তানা ঈরুজবা কুমখ্রে। মানা ঈরুজবা মতম শাংনা চঙই, তকপগা নানবগা মহানি। মাগী খূনীং চেকখায়বদু কোক্লনবা ফদি কুরু তারগা খারা মথক্তা লেপখৎলগা উরূ উরূ লৈরম্মী, অকোনবগীদি লৈবগী চাং খরা হেল্লুরমাল্লে ঈশিংদা লোংনা হাইথখ্রে। তান্না চারিবদি তুরেল ৱাংমগী নুপামচা অমনা “ভালো” হায়না লাউরম্লগা চেনখৎখি।

অয়ুক্কী চাক থোংনা থোংনা মনমদগী অঙাংদু কপসু কপ্পুনা থেল্লি। চাক তোক্লগা কেবা মপাং ওইনবা কেবা খরা খবা হৌই। উপুদগী অপাম অপাম্বা ফি লৌথোকপা হৌই। মনেম্বোক্লা মমৌগী মতৌ উবদা -

- কদায়দা চৎকদৌরিবা বীনা ?

- থবক অমত্তা চৎমিন্নরুগে।

মনেম্বোক ৱা মখা তাদে, নোংমফাদোক চৎচরুসনু নহানি, মবুক্তা খনখি। মমৌগী কেবদা ৱাই চিলহল্লিবা অঙাংদু পুথোকপিখি। বীনাসু চাক খুৎলৈ থুনা লোইশিনখ্রে। মিংশেল অচৌবা খিল্লিবা মখোয় অনীগী কা অদুদা কেনবা মচাক পুন্নমক পৈশিনখ্রে। মমায়দু তৈবগা য়েকপগা, হিদাক্লা অমুবা অঙাংবা জাৎ জাৎনি।

মমায়দু মিংশেন্দা ওনশিল্লি, মেৎশিনবদা য়াররোইদবা মখজাই অপোঙবদু অমুক অমুক মেৎশিল্লি। মরায়বক্তু মশম খরনা অমুক খুমজিল্লি, অমুকসু লৌথোকই। নাতোন শুগৎ শুকথ তৌদুনা শান্নে। অসুম্না মায়গী থবক লোইশিল্লবা মতুংদা ফিজেৎলোমদা মায় ওনশিনবা হৌরক্লে। সলব্রার হান্না পুথোকই মসীদি নাতৈ চারোই মবুক্তা খল্লি, ফনেক ময়েক নাইবী ইন্নফি মপান চনবী পুথোকই মদুসু চানরোই খল্লি, অদুদগী সারি ফি মচু মখল মথেনগী পুথোক্লগা অমুক য়েংই। মানা অদুক য়াম্বা ফিশিংদু পুথোক্তুনা খল্লিবগী মরমদি নহাল ইন্দ্রানিনা শেৎখিবা অদুদগী হেন্না মচু তাবা ফিজোল শেৎকে হোৎনরিবনি। অসুম্না মাগী নিপাগা ইম্ফাল চৎমিন্ননবা শেম শারি।

ব্রোজেন ঠিকাগী থবক পায়বা হৌখিবা নুমিত্তগী ময়ুমদা চাক নীংথি-নুংঙাইনা ইচা চাখিদ্রবনি। ঠিকাগী থবক চিল্লি হায়দুনা অয়াম্বা মতম ময়ুমদা হণ্ড্রিল্লক্তে। মাগী বিল তান্নবা হায়বা ব্রাহেসী মাগী ইমুংগী মীনা থৌওইনা তাবিদ্রবনি, ঙসি মানা চৎকদৌরিবা থবক অসিসু বিল তান্নবনি। অয়ুক্কী পূং ৮ তারে, মহাক ফমুংদগী লেঙখৎলক্লে অদুগা বালটিন অমা পায়রগা থোকপ্রে।

- নিপানবু অসুক য়াহৌ থেঙবসীদি ? বীনা মতোমতা ঙাংজে।

ব্রোজেন ঈরুজরক্তে, মখোঙ ফাওবা ঈশিং চোৎলক্তে, মহাক অপনবা য়াওদনা চাক্লুক মপান্দা ফমথপ্রে। চাক্তু নীংথি নুংঙাইনা চাদে, য়েন্না চাইখায়বগুম্না খরা চাইখায়রম্লগা মচীন মখা তেংথোকপ্রে। অদুগা মফি-মরোল শেৎচিনবা হৌপ্রে। বীনাসু মবুংঙোনা খুৎলৈ থুরিবা অদুক্কী মতীক মাসু থুজিল্লি। চাক চখোম মঙাবু শুরম্লোই ঈশিং থকপমুক থুনা লোইশিল্লি। মাগী অব্রাৎ অপা করি লৈরিবগে য়েংশিঞ্জে। মবুংঙোনা ভেস্পা ইস্টোরকপদু মনাক নক্লা নোকফেৎ তৌনা ফনেক ময়েক নাইবীগী মথক্তা সারি ফি, মশম্না শন্নী লোন, নাকন্দা শউনগী অমুবা বেগ অসুম্না তপ্না তপ্না ইন্নদুনা থোরক্লে।

- কৈদৌগে হায়রিনো ? ব্রোজেন্না হংই।

- ঙাওশিন্নরক্কনু খিৎ !

গাড়ী ষ্টার্ড তৌই।

ইন্দ্রানিনা ফমখিবদু মায়ওন ফজখিদে, ঙসি ঐদি লেম্না ফমগে মবুক্তা খনবগা ঈরোয়ননা ভেস্পা মনীংদা ফম্নবা কাখৎকে তৌবমক্তা -

- হায় ! কুমথৌনে, নঙনা ফম্বা য়াবা নত্তেনে। মমিত্তু য়েক্লবদা য়েংবা মিৎয়েংগা মান্ননা য়েংলগা অকনবা খোন্দা হায়রকখি।

খঙহৌদনা বীনা মশাদু স্বায় লাউখি, মায়থোং মকা লামজরম্বদু খূদক্তা ঈমক মকশিনখ্রে। ব্রোজেন্না মাগী গাড়ী ইঞ্জিন্দু হৌনা ঙংহল্লগা মৈখুদুনা বীনাদা কামশিল্লন্নগা তপ্পুক্না থৌদোকখি।

- মৈখু ককা কামশিল্লন্নগা ---- ঙাইখো চৎখিবা য়ারোইয়ে ! ইকাই নুংশি য়ান্ননা খোঙফম মরি মঙাদং থাংলগা লাউজে, ইস ! ঐনা তৌরিবা মতৌসী কনাগুম্বনা ------ লৈদুনা য়েংলকপদা মনেম্বোক্তী হৌবদগী লোইবা ফাওবা মশূ পোরগা য়েনখাদা লুমদুনা য়েংলম্বা থেংনরুরে। অঙকপনি নূপীগী থম্মোয় তাঞ্জা অদুদা মখোল থোকপমখৈ কপ্লক্লে । মমৌগী মতৌদু মনেম্বোক ভাব তাই, মমৌগী মনাক্তা মোং-হাদনা চঙশিল্লদুনা -

- ইবেম্মা ! করিগী কপ্লিবনো তোকউ । য়োং অঙাওবদুগা মান্নরুগনু লাকও চঙলসী। মমৌগী খুৎ পায়দুনা চিংই।

- ঙরাং অহিং অথেঙবদা ইম্ফাল চৎমিন্নসী হায়রনরগা, মতাৎ হৈবা ! মীঙোন্দা মৈখু ককা কামশিল্লম্বা শারি, মপোকসীমগী মাগী ভেম্পা মনীং নপ্লিরোইয়ে।

মচা মমৌগী ইরাং খঙলবী মনেম্বোক্লা লুহোংবগী কন্যা ওকপগুম্না মমৌবু কোল্লগা তপ্না তপ্না ঈমুং চঙমিন্নখি । ⊙

# ওজা শঙ্গায়

নিপামচা, নূপীমচা পূন্না অঙাং পরেং অমা লেপহল্লগা ওজা শঙ্গায়না অঙাং অমমম পাল্লি নাইনা কৌশিল্লগা চৈ মঙা মঙা কনথৎলম্মী । অঙাংশিংদু কিনবনা মশা থক থক নীক্লরম্মী।

- বদমাস ভানচুৎ নচীন থীবা শারদনা ! অঙাংবা মমিত্তুনা অঙাংশিংদা শাউনা য়েংই। চৈনা কন্থরক্লিবা অদুগা ঙাংথোরক্লিবা ৱাহৈদুগসু তান চানহল্লি। ঐনা খল্লি ঙসিদি ওজাসী অঙাং নীংথিনা তম্বিরেদা। অঙাংশিংসী পারা ফাদবদগী চৈ চাবা ওইরমগনি খল্লী। ইচা নূপী মেমতোম্বী ওজাগী চৈফুদা মমায় ঙাংহৌবদু হন্দক মরকসী ঐনসু কয়া থৌ-ৱা শানা য়েংশিনবিদ্রে। অসুম্না ইবুক্তা খনখি । অয়ুক্কী অথুবা থবক অমা চৎলিবা মরম্না কুইনসু য়েংলমদে।

ঐখোয়গী ইমুংদি অয়াম্বা মতমদা চাক পূন্না চামিন্নৈ । চাক চান চানা ঐনা হংই- মেমতোম্বী ঙসাই অয়ুক নখোয়গী স্কুলদা নখোয়বু পরেং লেপহল্লগা ওজানা ফূহৌবদু করিগীনো ?

- অদুবুরো রনজীৎনা ওজা য়ুনম নম্মী হায়বকপা, মদুদা ঐখোয় ময়াম নোকউবগীনি।

মাগী পাউদম তাবদা মবুং মুহোন্দি চাক হাবমখৈ নোকই। থাংজ খুদিংগী মেমতোম্বী মখুৎনা চাক চাদে চামচনা কোৎলগা চায়।

- করিগীনো নখুৎনা চাবা য়াদ্রা ? মবুংনা হংই।

- খুৎনা চাবা তুক্কৎচৈ।

- কেথোক্লবদি চৈ চাজনি।

ইচানুপী চহী নৌজরবসু শিংই। ইবেম্মা নখুত্তু করি পায়রুদনা তুক্কৎচরিবনো ? ঐনা হংই।

- অদুবুরো বাবা ! ওজাননে নূপীমচা মখৈনা বিরি মথী খুন্দোকহল্লি অদুগা নিপামচা মখৈনা ঈশিং হোনহল্লি। মাগী ব্রাণ্ডাং মতেক খরা অসিদগী ওজা শঙ্গায়গী হৈনবীদু মিত্তা শং শংন উবগুম্না তৌই। মানবু পূংখায় অমা ফন্নবা বিরি মথী ৫ / ১০ দি হেক্তা থনগ্নে। অদুনা হাপ্তা অমদদি স্কুলদু বিরি মথী ফনা য়াম্না তারম্নগনি।

নোংমসু ইবুংঙো মংলেম্না ছাত্রশিংনা লৈকাইদগী মৈ লৌবসী তোকহল্লসী কালেন থানা ওইরকপসীদা ওজা শঙ্গায়না তৌরিবসী খরা খিৎ হাকমল্লে হায়দুনা লৈকাইদা ব্রাকৎখ্রবনি। মরক মরক্তা থাংজ নত্তবীদা ছুটি ওনবা য়াওই । মদুদা :-

- করিগীনো অঙাংসা ছুটি ঙল্লিবদি ? কনাগুম্বনা হংই।

- ওজাগী হীক কাইবীবগী । নূপীমচাশিংনা খুম্মী।

ওজা শঙ্গায়দি মঙোন্দা অঙাংশিংনা শাউহল্লুদ্রবদি মবুক য়াম্না ফবা ওজানি। স্কুল থেঙনা কাবা মরম্না অঙাংশিংনা অয়ুক অঙনবগী শান্ননবা মতম য়াম্না ফংই। অঙাং চানবা ওজানিনা অঙাংশিং চাক খক লামহন্দে, ছুটি ঙস্তা ঙস্তা থাদোকই। ওজা শঙ্গায়গা অঙাংশিংগা কয়া য়াম্না নকশিন্না লোয়নবগে হায়বদু মাগী নঙ্গনগী ফুরিৎ হাইগৎলগা লায়না খঙবা ঙম্মী, মাগী মনঙ্গন্দি অঙাংগী খুজিল মফম ঙাক্তা তাদুনা লৈ ।

ওজা শঙ্গায় স্কুল থেঙনা কাগল্লবসু তলব লৌবা নুমিত্তী ওফিস ঙস্তানা কায় । মানা বিরি মপুন তংখায় অমা উৎ ওলহল্লবা মতুংদা ওফিসকী মী কানরকই। ডাইরি মখুম অমুবদু ফাক্তোকই, মিত্তা আনোক হাপচিল্লি, অদুগা থাশি পূর্ণিমাগী শেন্দোই, পোৎয়েং শেল ঈমুং খঙবা লিষ্ট, খঙদবা হিদাক শোৎপগী, বিরি শোৎপগী অতোপ্পা নামৈ শেলগী তিনশিনবা, খাইদোকপা অঙ্কদু ফনা শাংনা খোৎলি। মরক মরক অঙ্কগী ফল তারক্রবা মতমদা পায়রিবা কলমদু ময়ানা অমুক অমুক চীকখায়গে তৌই। মানা ফন্নিবা মফমদু ওজা অতৈনা ওজা শঙ্গায়গী ফম্ফম হায়রগা খঙনৈ। থা খুদিংগী ওজাগী তলব ফংলকপা নুমিত্তা নহা পাখং ২ / ৩ না মাগী সেবা তৌই। নুংথিলগী পূং মরি তাবদা ওজাগী য়ুমদা হল্লকপা মতম্নী। নুমিত্তু ওজানা য়ুম হেক য়ৌরকপগা ঙাইদুনা লৈনরম্বা নহাশিংদুনা ওজানা

পুরক্লিবা কাবক চাউবা খাউদু মফম চানা পুশিনখি। পুরক্লিবদু চান থক্লবা মচল শুনা য়াওরবা খাউনি। ইতৎ তত্তনা তৌবা থবক্লীনা ওজাগী ইতৈমা চমুরৈসু থোইনা থৌ-ব্রা শাদে, মানা থোকপা অমা তৌদুনা লৈ। নহাশিংনা শেম শারবা অচাপোৎশিংদু হিদাক ময়োম অমা অনীগা লোয়ননা মখোয় পূন্না ফম্মিন্নরগা পায়খৎপা হৌনৈ। থবক পায়খৎপা হৌখিবদগী কাদু পুমনিল নিল্লী। ওজাগী শুনা য়াওদ্রবা য়া অদুনা পোৎ শায়বা উবদা নহাশিংনা য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা অথোৎপা খল্লগা মমাঙদা থম্মী।

জনুয়ারী থাগী তলবতসু ঙমহৌদ্রে, ফেব্রুয়ারীগীসু নাম্থোকখ্রে, মার্চতগীদি য়াউশঙ মথং মথং----- ঙমদ্রে। ঐগী য়া সীদং হাপকে নীংলকপা শিবনবু হানগদৌরি। ওজাগী ব্বাসী তাবদা নোকমিন্নৈ। থকপা চাবা তৌনা তৌনা ব্বারী মখল মথেন কয়াসু হৌদোক্লে।

- ওজা মহাভারতকী মচীন মনাও মঙাগী নূপীদুগী মমিং করি কৌবগে ? বীহারিনা হংই।

- কুন্তী কৌই। ওজানা খুম্মী। নহাশিংদুনা ব্বা লাউনা নোকই।

- ওজা মহাভারতকী ব্বারীসী অঙাশিংদকাসু লীবিব্রা ? কান্তনা হংই।

- থাংজ খূদিংগী ব্বারী মতেক অমমম লীরিবনি। ওজানা খুম্মী।

- মচীন মনাও মঙাগী নূপীদি দ্রৌপতি কৌবনি, কুন্তীনা মমানি। কান্তনা হায়রকই।

- মহাভারতকী ব্বারী তোক্লসী মফম মতম চানা লীনরসী। ওজাগী ব্বাঙাংনি।

নহাশিংদুনা অচুম অরান খক থিগৎনীংদে, ওজানা শাউথ্রবদি থক চাবগী তাঞ্জা ফংলোই মশা মশানা ভাব তানৈ। অসুম্না হৌখি নুমিত্তু।

ওজা শঙ্গায় মতমগা চানদ্রবা ওজানি হায়বা মীনা খঙলবসু মাদি খঙদে, মতম শাংনা ব্বাজরক্লবা পেন্সল চৎকদবা কুইদ্রবা ওজা অমা ওইবা মরম্না মীনা মাবু ব্যবহার তৌনৈ অমসুং নুংশিনৈ। নোংমা মানা স্কুলদগী ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা লৈবাক অসিদা মন্ত্রী অফিসার অঙম অথৌশিংনা থবক অব্বাবা শূদে, অহাউবা চায়। লৌমী শিম্মী থবক কন্না শূবা কাংবুনা চাং নাইনা অহাউবা অফবা চীঞ্জাক চাবা ফংদে, নোংমগী অফং অফং চাবনা অয়াম্বনি, অসুম্না মবুক্তা খন্দুনা লাকপনা ময়ুম য়ৌশিল্লক্লে। ওজাগী থবক্লীনা মশাদু অমোৎ অকায় থোইনা য়াওদে, অদুনা

ঈরুজদবগী থোইনা বেরা লৈতে,
লেঙশিনখ্রেনে খোঙ্কাপ্তো,
তপ্পা তপ্পা চাকখুম তম,
হাংদোক্লুরে চাক্লুপ্তো
ওইরম্লেনে মথেন্দি
পেরুক কংশু ।

" মসীদি হীদাক য়াউদ্রবদি য়োৎপা য়াররোই।" ৱাহৈসী হায়রম্লগা তপ্পা তপ্পা মপান থোকখি। ◉

# তাদ সুবোন

তাদ সুবোন্না খ্বাইদগী পামজবা শিনফমসী পালা ঈশৈ তৌবনি। নহা ওইনা ঈশৈগী ওজা গুরু খল্লকপা মরম্না ঈশৈগী অরুবা পদ কয়া খঙই অমদি শকপসু ঙন্মী। মানা ঈশৈদা পূক্লিং লুপচবসীদি লম্বী চৎপা মতমদা তুমিন্না খক চত্তে, ঈশৈ ঔরাইরগা চৎলি। কনাগুম্বগী দেব কর্ম্মদা হরি সঙ্কর্ত্তন শকপা মণিপুরগী শক্লাইবা ওজাশিংনা ঈশৈগী মতাং নৈ-নৈদুনা শক্লরকপা মতাংদা ভাবোক মরক্তা খুদোম্বী থাঙত্তুনা নোংথক্তা উংবা উরবদি মদু অতৈ কনাসু নত্তে, তাদ সুবোন্না ঈশৈগী রস চুপ্লিবনি। অসুক য়াম্না পামজরবা মাগী লম্বী অসীদা চাউনা য়েক্লবা অমখক লৈরে। মানা শকপা ঈশৈদি অতাবা ভাবোক্তা নুংঙাইহনবগী মহুত্তা অৱাবা পী, মানা খোঞ্জেল ৱাংনা লাউখৎনরকপা মতমদা লাম্বা ফংনবা হোৎনরকপদা মাগী খুদোম্বীগী হৈ-শিংবদু উবদা মাগী মী মখৈ মরু লূকথনৈ। মাগী য়েক্লবগী মশক ওইরিবা খোঞ্জেল অসীমক্তং মায়থীবা পীরগে খন্দুনা, হংবা য়াবা হংলে, চাবা য়াবা চারে, থকপা য়াবা থক্লে। চম্প্রাগা খোইহীগদি থকমনবদগী খোইহী য়োনবা মীনা মাবু মশক খঙলে। অদুবু খোঞ্জেলদি হান্নগী চাং অদুদগী খক হেন্দে। তশেংনা মাগী খোঞ্জেল অসী মকম্থীনা শকপনি হায়বা য়াই, অদুবু তাঞ্জা মেঞ্জাদি য়াম্না ফৈ। অসুম্না তাদ সুবোন্না কৈরোয়-লৈকাইগী দেব কর্ম্ম, অশি-অনাগী হরি সঙ্কর্ত্তনগা মরী লৈনবা থবক থৌরমশিংদা মাগা খুৎ চানজবা মীওই অমা অনীগা লোয়ননা মতম শাংনা লৈকাই খুঙগী সেবা তৌদুনা লাক্লি। পালাদা শেল থাবগী অনৌবা য়াওল অমা লাকখিবা অসিদগী মহাক শেলসু খরা কোমজরে অদুবু মিহৌ চাউবা তাইবং অসীদা মাগী অনৌবা য়েক্লবা অমসু অমুক লাকপা হৌরে।

নোংমা থবক্তগী পেন্সল চৎলবা কহ্নাই অমদি রাজনীতিদা মহৈ চাদ্রবা গৌরো মখোয় অনী ব্রারী শান্নরম্মী। ব্রারীগী মপৃংদি পালা ঈশৈ তৌবগীনি। গৌরো নহা ওইরিঙৈদা মমা মপানা ঈশৈ তমহল্লকপনি, মানা ঙাওশিন্নবদগী তোকখিবনি। মখোলসু চৎনবা য়ানা ফবনি।

গৌরো : হৌজিক্কী মতম অসীদা পাঙ্গল ইব্রা ব্রাদনা শেল থোকপা থবকসী ওজা কহ্নাই, পালা ঈশৈ তৌবা মঙায়রে।

কহ্নাই : মতম অমদা পুংয়ৈবা, ঈশৈহনবা, দুহার অমদি খোল পাংবা মখোয় মঙাদা মপৃং ওইনা শেল থানরিঙৈ মতমদদি পালা য়াওবা থোইনা কানরমদে, শেলসু পীক্লা থানরম্মী। হৌজিক্কী পালা অমদা চামঙা, লীশীং শৈফম অমদা লায়না তাবা ঙম্লে। অদুনা ঐদি পালা য়াওনীংবা কুইরবনি, ইখোল অসিনা লাউবা ইয়া য়াদদনা তৌবনি।

- গৌরো ! খোল য়াবা য়াদবা থিরুনু, পোলিসীদা হৈয়ু পালা য়াওবা যাবনি।

- কমদৌনা ?

- ঈশৈ তৌবা ওজা অমা কন্না নকশিন্নবা হোৎনবা তাই।

- করি কমদৌরগা ?

- নহাক্কী পেন্সলগী শেলফম অদুদগী গাড়ী মচা অমা লৈশিল্লো, ওজাদুদা শেল খরা থংজিলো, অদুগা কনাগুম্বা অশি অনা, লুহোংবা, যজ্ঞনচিংবা হংবা তোকপা য়াদে। মদুদা শেলসু পৃথোক্কদবনি। কম্মগী লৌখিবা শেল খক মাঙদবনি।

অসুম্না গৌরোগী লুচিং মখাদা কহ্নাই মখোয় অনীনা ঈশৈদা মায় ওনশিল্লকখিবদগী চহী খরগী মতুংদা তাদা সুবোন্না শকচগদবা শৈফম পূন্নমক মরল লৈবা তৌবা ঙম্বা, লৌশিং শিংবা গৌরো অমদি কহ্নাইনা মুনবীখ্রে।

মশাগী শেন্থোক লম্বী ওইজরিবা শিনফম অমবু মীনা মুনবীখিবা কনানা নুংঙাইফম থোকপগে। শোরাৎ, ফিরোয়, লুহোংবা, যজ্ঞনচিংবদা তাদ সুবোন্না কঞ্জরম্বা মফম অদু গৌরোনা ফংখিবদু উরুবদা হায়ফম খঙদনা শাউনীংবা অমদি নুংনাঙবা পোকই। মরক মরক্তা শাউনীংবনা হেনজিল্লকপদগী বিচার ঙম্লরোইদবা ব্রাকৎ অমা লৈকাইদা হেক হেক থাঙ্গৎলি অসুম্না :-

অব্রা অনংগী মতমদনা তাদ সুবোন, ইতাও সুবোন, খুড়া সুবোন ! লুপা

তরাচংপীনা উনা কেনবগুম্না থানরবদা পালা অমদা লুপা চামঙা পীশীং তারবা মতমদনা খুৎ কনবা, মরল লৈবা ওজা গৌরো, মীশিংসে মশক লোইনা খঙলে।

মীওইবনা ৱাখল নুংঙাইতবা মতমদা চাবা হাউতে, তূম্বা নুংঙাইতে। নুমিত্তুগী অহিংদু তাদ সুবোন্না মতৌ করম তৌরগা গৌরো নমথবা য়াগদগে হায়বগী ৱাখলদা তূম্বা য়ারমদে। খনবা য়াবা খল্লবা মতুংদা মচা নিপা নবচন্দ্র মখোলসু ঈশৈ শকপা য়াবগুম্না তৌখি। অদুনা মচানিপা ঈশৈ তমহল্লগে হায়না মবুক্তা ৱারেপ লৌরে। নোংঙানবগা মাগী ঈমুংগী মী কনাদসু তাক্লমদনা তাদ সুবোন কৈথেন তানা হাইগৎলগা অয়ুক্কী চাকথোংবা নংনবা শারেং অচৌবা অমা লৈরগা পুশিল্লকই। ঙাদু তাদনা ঈতৈমবু নীংথিনা থোংহল্লে। শারেং থোংবা নুমিৎ ওইবনা মপানা ইমুংগী মী অমত্তা চিখ্দনা পূন্না চামিন্নবা য়াথং পীরম্মী। নবচন্দ্রগী ময়াম্বা অনী, মচন নূপী অমা, মমা মপা মখোয় তরুক্নী। মতম অদুদা নবচন্দ্রদি পরীক্ষাগী লাইরিক কন্না পারি। মাদি মেট্রিক পরীক্ষাদা অনীরক ফেল ওইরবা মতুং হন্দক অহুম্লক শুবা থাগদৌরিবনি। মপাগী য়াথং ফংলবনিনা চাকখুম চঙলক্লম্মী। পূন্না চাবা হৌনরবা মতমদা মপানা য়াম্না ঈংনা তপ্না হায়রকই :-

ঈচাশা ! ঈপা ৱা হায়গে নখোয় খূদিংমক পুক্লীং চঙনা তাও। হায়গদৌরিবা ৱাদি নবচন্দ্রগী ৱানী !

- তাকপিয়ু বাজি ! মচাশিংদু মপাদা ওনশিন্নৈ।

- নবচন্দ্র নঙ মুন্না তাও ! নহাক মেট্রিক পরীক্ষাদসু হঞ্জিন হঞ্জিন মায়থীবা ফংলে। হৌজিক্কী মতমদা লাইরিক ফনা ৱাংনা তম্নুদুনসু ৱানোমশেল পুথোকপা ঙমদবা ঐখোয়গুম্বদি কান্নবা করিসু ফংবা ঙমদ্রে। অদুগী শরু কপুদি নপা ঐনসু থৱায়না পামজবা পালা ঈশৈ ওইনা তল্লো । হৌজিক্কী মতমদা ঈশৈ তৌবা কাংবুনা তলব চাবদগী হেন্না কান্নরবনি।

নবচন্দ্র চাক চখোম চাউনা শায়ন শায়না মপাগী ৱাদু থৌ-ৱা ইশা শাদনা "বাজীনা ঈশৈ লাউবা মতমদা তৌরিবা মওঙ মতৌদু উবদা ঐখোয়দি য়াম্না ইকাইজে। মদু নচাদি নহা ওইরিবনীনা ঙমজখিরোই।" মচাশিং পুন্না ৱা লাউনা নোকই।

নুমিত্তুগী অদুক হাউবা শারেং থোংবদু মচাগী ৱাঙাং তাবদগী তাদ সুবোন শারেং থোংবগী মহাও খঙখিদে। ⊙

# মকু মঙ

নোংমা কোয়রেংগী ইংখোন্দা হৌরিবা চাউরবা সনাখোংনাং পাম্বীগী উরুমদা পাম্বীমচাশিংগী অচৌবা মিটিং অমা তৌই। সভাপতিগী আসন উহন্না লৌই। লাংথ্রেনা মিটিংগী কণ্ডক তৌই। সভাপতিগী অয়াবা লৌরগা লাংথ্রেনা মরুওইবা পাম্বীমচাশিংবু মথং মথং কৌশিল্লগা ব্রা ঙাংহন্নবা হোৎনৈ, অহানবদা এক্সিলবু কৌশিল্লি।

এক্সিল সভাবু কিনা লুনা তৌজবা মওংদা মখূৎ অনী লোন্নরগা ব্রা ঙাংফম তানা চঙলকই অদুগা শগোলহিদাক মপাল অদু পায়খৎলি। অহানবদা ব্রা ঙাংবগী হৌনবী সভাবু লৈশী লৈথোল্লবা মতুংদা তাবদা নুংঙাইনবা উচচারন শেংনা ঙাংথরকই। "এক্সিল হায়বা মরী চৎপা মনা মশীংগী কাংলুপ ঐখোয়সী পীকচরবসু তাইবং মীদা কান্নবা য়াম্না পীরিবা পাম্বী মখল অমনি। ঐখোয়গী জাতি অসীদা কাংলুপ অহুম লৈ মদুদি :- কংফাল এক্সিল, অনীশুবদা ঈশিং এক্সিল, অহুমশুবদা ময়াং এক্সিল অসীনি। এক্সিল ঐখোয়না মীওইবদা পীরিবা কান্নবা থবকশিংদি কোক থুনাম্বা কোক্লবা চেঙহী ফুৎপদা হাপ্পা, য়েন্সাং ওইনা চাবা, চাবা তুম্নবা হিদাক শেম্বনচিংবা মখল মখা কয়াদা শীজিন্নবা য়াই। ঐখোয় নিংথম থাগী মতমদা মতম খরা লোৎলুরবসু কুইদে, অয়াম্বা মতমদা মীওইবগী সেবা তৌদুনতা লৈ। মীওইবদা অসুক য়াম্না কান্নবা পীরিবা ঐখোয়বু লুনা খক তৌবিদে, ঐখোয়গীদমক্তনি হায়দুনা লম মচেৎ অমা ফাওবা কন্দুনা থম্বিদে। অদুগা মফম অসীদা হৌরিবা পাম্বী মচা ঐখোয়সী হিংবদা য়াম্না ব্লারে। মরমদি - ঐখোয়গী ইনাক্তা হৌরিবা অচৌবা সনা খোংনাং পাম্বী অসিনা ঐখোয়গী চীঙ্গাক লৈহাওমখে মাগী মরা অচৌ অচৌবশিং থাজিল্লক্তুনা লোইনা চুপ্তুনা লৈরে। অচৌবা পাম্বী অসীনা ঐখোয়গী চিঙ্গাক

মুন্দুনা চারিবসী মতৌ করম তৌরগা মুলহল্লোইদগে হায়বা ঙসিগী সভানা খন্নফম থোকই। হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ অসীদা অকনবনা অশোনববু নমথদুনা থম্বা, অশোনবা ঐখোয়না খাঙদুনা লৈবগী মতম নৎত্রে। অদুনা ঐখোয় পাম্বীমচা পুম্নমক অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা ইংখোল মপুদা হায়জসী, খোংনাং পাম্বীগী মরা অমদি মশা ককথৎহনসী। ময়াম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুয়।

মথংদা এক্সিল কাংলুপ হান্না ঙাংবা লোইথোকহল্লগে খন্দুনা ময়াং এক্সিল কৌশিল্লি। ময়াং এক্সিল থোরক্কুননা অহানবা বক্তানা ঙাংখিবা অদুগা হাইরপ মান্নবা চত্থরক্লগা মমৈদা খোংনাং পাম্বীগী মীচঙদা অমুক পাম্বী মচাশিং চাবা ফৎমন্দে, চীলহাউ থিমল্লি। ময়াং এক্সিল ঐখোয়দি পাম্বী অমত্তংগী হৌফমবু ফংলবা ঙম্নবা অদুম্মক হোৎনজে অসীনচিংবা সভাবু হুন্দুনা ঙাংবা লোম্দা শীজিন্নরকপদগী সভাপতিনা মখা তানা ঙাংহনখিদে লেপহনখি । মরমদি য়েৎনরক্লবদি ৱারেপ লৌবা ঙম্লোই হায়বা সভাপতিনা ভাব তাই। ঈশিং এক্সিলদি মাগী অশোনবদু উৎনীংদবদগী ৱা ঙাংখিদে। মথংদা খোংজাই নাপী অমুক কৌশিল্লি -

খোংজাই নাপীগী ভাষন্দু তাবদা নুংঙাই। মহাক্না হায়খি - "তাইবং মীগী মীচঙ-মীখাই নাইবা মিৎয়েংসী য়ানীংদে, পাঙ্খোক য়েন্দেম মরক্তা ঐখোয়না খরদং হৌজবদা মখোয়না ফুক্তোক্লগা হেক্তা লংথোকপি। অসিনচিংবা মাগী পেন্দবা ৱাহৈ ফোঙদোক্লবা তুংদা খোংনাং পাম্বীনা মখোয়দা পীরিবা অৱাবগী মতাং মথক্কী বক্তানা পীখিবা ৱাফমগা মান্নবা মাগীসু মত পীখি।

মীটিং হেক হৌবদগী ঙাংনরক্লিবা পাম্বী মচাশিংগী ৱাহৈশিংদু তাবদা সনাখোংনাং পাম্বী মবুক্তা শাউনীংবা পোক্লক্লে। অদুনা তৌরিবা মীটিংদু থুগায়গে খল্লক্লে, সভানা মাগী উরুম লৌদুনা ফল্লিবদু ফম্বা য়াদনবা নুংশিৎকা ঈরোয়নবা হেক ঙমজবীদা মনা অমদি মশা মরেংশিংদু হাই-হুম্বা হৌরক্লে। অদুবু পাম্বী মচাশিংনা লিংজেন মান্নখিবা মরম্না থুগায়বা ঙমদ্রে। অদুদগী করি তৌরগা মখোয়সী লাক্লবা য়াগদগে খল্লক্লে। পাম্বী মচা নখোয়সী ঐনা লায়না শিহনবা ঙম্বনি অদুবু নখোয় লোইনা শিহল্লুরগা ঐঙোন্দা অকায়বা খরদি লৈ । নখোয় লৈত্রবদি নোং চুবা মতমদা ঈশিংনা লৈহাও লোইনা চেম্থখিগনি অদুগা নুংশা শাবা মতমদনা লৈত্রক চৎলক্কনি। অদুমক নৎলমদ্রবদি লোইনা শিহনবা য়ারবনি। অসুম্না সনা খোংনাং পাম্বীনা পাম্বী মচাশিংগী মফমদা অখাবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরে।

হৌজিক্কী পাম্বী মচাশিংদু ৱারেপ লৌরে :-

১বা ৱারেপ : পাম্বী মচা ঐখোয়গী চীঞ্জাক হায়বদি লৈহাও মখৈ খোংনাং পাম্বীগী মরা অচৌবনা চাথোকখিদুনা ঐখোয়না চাবা ফংনদ্রিবা অমদি মাগী মশা মরেং অচৌবশিং অসিনা পাকশন্না নুংশা মঙাল খঞ্জিন্দুনা ঐখোয়দা অৱাবা পীরিবা পুম্নমকসী কোক্লনবা ইংখোল মপুদা মরা অমদি মশা ককথৎপিয়ু হায়জবা লেপ্লরে।

২শুবা ৱারেপ : ইংখোল মপুনা পাম্বী খরবুনা মফম চানা হৌহনবা খরবুনা হৌফম পীবিদবা অসীগুম্বা মীচঙ মীখায় নাইবা মিৎয়েং অসি তৌবীগনু হায়না হায়জবা লেপ্লরে।

ৱারেপ চেদু পায়রগা পাম্বীমচা ময়াম হৌদুনা ইংখোল মপুগী মনাক তম্না ফুজিল্লক্লে। অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক পাম্বীমচা লীশীং হেনবনা পরেং শানা লাক্লিবা সভা যাত্রা অদু উরুবদা ইংখোল মপু ঙকপদা মপান নাইখিদ্রে, লোয়ননা অকিবা অমসু পোক্লে। অসুম্না মনাক য়ৌশিল্লক্লবদা -

- করি মতৌ কৌবগে পাম্বী মচাশা ? নখোয়না ঙসি তৌরক্লিবা মতৌ অসিবু ? ইংখোল মপু কোয়রেংনা হংঙি।

ময়াম মরক্তগী উহন অমদি লাংথ্রে অনীনা চঙশিন্দুনা ৱারেপ চে কপি অমা পীশিল্লী। চেগী মরোল কুপ্না য়েংলবা মতুংদা ভাব তাবা ঙম্লে, অদুদগী হায়রকই-

- ঐনা নখোয়গী অপাম্বশিং ভাব তারে, অদুনা নখোয়গী ফনবা ঐনা শোয়দনা তৌরগনি। অদুগা নখোয়না লাই ওইরবা অচৌবা সনা খোংনাং পাম্বী অসীগী মরা অমদি মশা মরেং ককথৎলু হায়রিবা অসীমদি তৌহৈদবা থবক্নী। খোংনাং পাম্বী অসীনা ইপা ইপু হাক্তক্তগী কান্নবা পীদুনা লাক্লবনি। মাগী মপান্দগী ঐগী ইগী য়ুম অসী নুংশিৎনা হুমদেকপা ঙমদ্রিবনি। অদুগা কালেন নুংশাদা মানা উকম পীদুনা ঐখোয়না অৱা-পোথানরিবনি। ঐঙোন্দা কান্নবা পীরিবা পোৎপু ঐনা মাঙহনবা হৌনদে। অদুনা নখোয় নঙগী নঙগী নফমদা হঞ্জিন্নরো হয়েংমক নখোয়গী ফনবা থবক ঐনা শোয়দনা তৌরগনি।

অসীগুম্বা ইংখোল মপুগী ৱাঙাংদু তারগা পেন্নদবা, শাউনবা য়াওনরক্লে, পেন্দবগী ৱাহৈনা কন্না কন্না লাউশিন্নরক্লে। তৌনরক্লিবা ইরাংদু লাংথ্রেনা উরদুনা শগোলহিদাক মপান্দু পায়রগা ইরাং নেমথনবা থেমজিনবা লোন্দাদা - হুন্দক অমুক্তংদি য়েংখিসী, মরমদি ইংখোল মপুনা হায়রিবা ৱাফমসী থবক ওইনা

পাঙথোরকই, পাঙথোরক্তে হয়েংদা মঙায়রে খঙগদবা। করিগুম্বা পাঙথোরক্তবদি অনৌবা খোঙজং চঙশিনবা তাই। লাংথ্রেগী ৱাদু তাবদগী অশাউবা নেমথনখি অমসুং সভাদু কায়নখি।

নোংঙাল্লে কোয়রেং হনুবা থুম্মোক অমদা হার খরা পুদুনা ইংখোল অদু থুংনা চাইথোক্লে। চাদবনা কংদুনা শিগে তৌনরবা পাম্বীশিংদু মচীঙাক খরা খরা ফংবা অদুদা নুংঙাইজরে। নুমিৎ খরনিদি হৱাউ মকা-লাম্মা হৌজরে। অদুদগী খোংনাংগী মরাশিংনা অশাউবগা লোয়নননা অমুক চুপথোকপিগ্রে।

হৌজিক্তী ইংখোল মপু অমদি সনা খোংনাং অনীনা পাবোৎ শাদুনা মখোয়দা তৌরিবা থৌওঙ পৃম্নমক লোইনা ভাব তানরে। ভাব তানরে হায়বা মঙায় শক্তি লৈবা অনীনা পাবোৎ ওইখিবনা পাম্বী মচাশিং অৱাবা খাঙদুনা লৈবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদ্রে।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা কোয়রেংগী ইংখোলদা ডাক্তর এক্স থুংলরে। মহাক জর্ম্মন্দগীনি, মনা মশীংনা হিদাক শেম্লগা লায়েংবনি। মানা লাক্লিবগী মরমদি ইংখোল অসীদা হৌরিবা পাম্বী মখল ময়াম অসিগী পাউ তাদুনা য়েংবা লাক্লিবনি। ইংখোলসীদা হৌরল্লিবা পাম্বীমচা মখল ময়াম অসী উবদা মবুক্লীংদা অপাম্বা পোক্লে। মহাক্কী আশাদি মনা-মশীং ময়ামসী নীংথিনা য়োকখৎলগা হিদাক শেমগে, হিদাকশিং অদুনা লমদম অসিগী অনাবশিংদা কান্নবা পীগে অমসুং মীয়ামগী সেবা তৌগে অসীনি। মরম অদুনা ইংখোল মপু কোয়রেংগা ৱারী শানবা হৌরে।

ডাক্তর এক্সকী ৱা তারবা মতুংদা কোয়রেংনা হায়রকই "ডাক্তরনা হায়বিরিবা থবকশিং অসী পায়খৎপা তারগদি ঐগী লাই ওইরবা সনা খোংনাং পাম্বী অসী য়ানথেক্কে হায়রক্কনি, মদু ঐ ঙমজরোই, খোংনাং অসিগী মপান্দগী ঐনা নুংঙাইনা লৈবা য়ারিবনি। মা লৈত্রবদি য়ুম অসি নুংশিৎনা ইরায় লায়না থুদেকপিখিগনি, ইপা ইপু হাক্তক্তগী লাই ওইনা লাত্তুনা লাক্লবা পাম্বী অসি য়ানথৎপা ঐ ঙমজরোই।

ডাক্তর এক্সনা মবুক্তা খল্লি অহন ওইরবা নিপা অসীগা ঙাংনবনদি কান্নবা করিসু ফংবা ঙল্লরোই। মাগী থাজবা অসি কোকহনবা য়াররোই মতম মাঙননবনি। অদুনা মচা নিপা কুঞ্জেগা ঙাঙনরগে খল্লে।

ডাক্তরনা কুঞ্জেদা মতুংদা পায়খৎলক্কদবা থবক পৃম্নমক খঙহল্লে। অশিংবা অফবা মীদি অফবা ৱা তানবা য়াই হায়বা অদুনি কুঞ্জেনা হৱাউ হৱাউ য়ারে। মথংগী

নুমিত্তা কুঞ্জে মপা খঙহন্দনা য়োংপাক থাংজৌ পুরগা ইংখোল তানা চত্তুনা খোংনাং পাম্বীগী অকোয়বদা লৈরিবা মরা অমসুং মশা-মরেং লোইনা ককথংলে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ইংখোল অদুগী মশক মওঙ ইহোং হোংদোকখ্রে। পাম্বী মচাশিংদু মাগী মাগী কাংলুপ খায়দোল্লগা পরেং পরেং নাইনা হৌহল্লে। অসুম্না তৌরবদা পাম্বীশিংদু নুংঙাইনা হৌজবা ঙম্লে। অউবা মীনসু য়েংনীংবা পোক্লে।

মচাগী মতৌ উরুবদা কোইরেং মবুক্লীংদা অকিবা পোক্লে। তৌরিবা মতৌসী তুংদা করি থোক্লগবা ? অফবদি ওইররোই নুংশিৎ অকনবা লাকপা মতমদা লাইওইরবা খোংনাংগী মশা মরেংশিংনা ঙাক্লৌ ওইরগা লৈরকপনি, হৌজিক্তী য়াররোইদকো অসুম্না মবুক্তা চিন্তা তৌদুনা লৈখি।

মতম খরগী তুংদা ডাক্তর অমদি কুঞ্জে মখোয় অনীগী থবক অঙকপা ফংনা কান্নবা ফংলে। ডাক্তরগী লায়েংদা লমদমদুগী প্রজা মীয়াম্না য়াম্না নুংঙাইনরে। ফবা ঙমদদুনা লৈরম্বা অনাবা কয়া ফহনবা ঙম্লে। অমরোমদা কুঞ্জেনা মনা-মশীংগী অৱাৎপা লৈহনখিদ্রে। মনা মশীং য়োনবগী শেলনা মহাক শেল পায়বা মীশক অমা ওইরে। মচানিপাগী কান্নবশিং উবদা মপাসু ভাব খরদি তাবা ঙম্লে।

চহী ইকুই কুইদনা মখোয়গী ইগী য়ুম অদু শীদোক্লগা চেক্কী য়ুমদা হোংজিনখিবা নুমিত্তগী মপাগী অকিবা পূম্নমক কোকখ্রে। মতম অমদা কোয়রেংগী ইংখোল হায়নরম্বদু। কুঞ্জেগী ইংখোল হায়না মমিং চৎখ্রে।

মতমগা চাননা অওনবা অহোংবা পুরকপা ঙম্বনা চাওখৎপা ওই, ঙমদ্রগনা হান্নগী ফিবমদা লৈবা তাবনি হায়বা ৱাফম অসি অউবা মী খুদিংনা ঙাংনরক্লে। অসুম্না শাংলবা মকু মঙ অসী মঙলুরগা মিকপ থোরকপা মতমদা নোংঙাল্লকপগী পূং ৫ তাদুনা লৈরম্লে। ◉

# মকোক পান্দবা মী

কংলৈবাক্কী ৱাঙম নিংথৌ লৌথীবা অমদি কোক্লেন মন্ত্রী লৌশিংবা য়েৎকা ওইগা ফম্মিন্নরদুনা অরুবা ৱা তানরি।

নিংথৌ : নিংথৌ ঐগী ইহাকথক অসীদা ঐগী লৈবাক প্রজা মীয়াম্না ঙাইহাক লৈতনা ঐগী মায়োক্তা ইরাং হৌরিবা, হাৎন শুনবা, হুরান চীষ্টী নোংম নোংমগী মশীং হেনগৎলক্লিবা করি মরমদগীনো ? ঐগী নাকোঙ অসী নোংমত্তসু ঈংনা চীক্লা লৈবা য়াদ্রে। যুম্লোন্নবা লৈবাক্কী নিংথৌ ইমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকাইরে, মরমদি মখোয়না ঐবু লৈঙাক ৱায়েন হৈতবা নিংথৌনি হায়নরম্লগনি মরম অদুনা ইপু মন্ত্রী ! লৈবাক মরা তপ্পা পানবা য়ানবা লৌশিং পোরম য়াৎপিয়ু।

মন্ত্রী : ইনিংথৌ, ননাই নপুবু লৈবাক ইরাং হৌরক্লিবগী মরম তাকচৌ তাকপিরবদি পূক্নীং চঙনা তাবিরো।

নিংথৌ : তাকপিয়ু ইপু মন্ত্রী।

মন্ত্রী : লৈবাক মীয়াম্না ইরাং হৌরকপা হায়বসী অরায়বা থবক নত্তে। তরাই তরাই নমথবা খক য়াবোই, ৱাগী ৱাকোক থিরগা লংলা লংজিন খঙদোক্লগা মথং মথং নেমথহনবা তাবনি।

নিংথৌ : তাকপিয়ু ইপু মন্ত্রী ! পাউরৌ পাউতাকশিংদু ফোংদোকপিয়ু।

মন্ত্রী : জগৎ তাইবংপানবদা লৈরিবা জীবশিংনা ফিবম, মতমগী মতুংইন্না অমুক অমুক লাঙঙকই। খুদমদি - ঙায়োক কোমগী ঙা মচা মরক্তা অচৌবা ঙা চঙলবদি কোম অদুদা লৈরিবা ঙা মখৈ লাঙঙক্কনি, য়েন্নাও মচাগী য়েনগোন্দা

অচৌবা য়েন চঙলগসু লাওঙক্কনি, শল্লুপ্তা কৈ চঙলবসু লাওঙ্ডী। পূম্নমকসী অকনবনা অশোনববু তুহৎপগী লাওবনি। মসীদা নত্তনা ইঙা নোংজু হৌরমদাইদসু তীল কাং জীবশিংনা লাওঙ্ডী । অসুম্না লাওলক্লিবা খুদিংমক মশা মশাগী নিয়ম কাঙলোন খরগী মখাদনি। ইনিংথৌগী সনা হাক্তক অসিদা লৈবাক মীয়াম্না ইরাং হৌরক্লিবসী ইনীংথৌগী লৈঙাক ৱায়েন্দা পেন্নদবা য়াওরে তাকপনি।

নিংথৌ : ঐনা ঐগী প্রজা মীয়ামদা ওৎ-নৈখিবা অমত্তা লৈখিদে। লৈবাক্কী ফনবা খনবদা ইথৌদাং ওইদুনা লৈরিবনি। মসীদা ঙাইহাক লৈতনা ঈরাং হৌরিবসীদি ঐবু ইকাইবা পীগে হোৎনবনি। ঐবু শীংনরিবা মখোয় অদু ঐগী য়েক্লবনি। অদুগুম্লবা য়েক্লবশিং অদু ফারগা লৈবাক মমাঙদা অঙাং ওলহনবা তাবনি। মতম অদুদা লৈবাক মীয়াম্না নিংথৌ ঐগী লৈঙাক ৱায়েনবু কিদুনা তুমিন তুমিন লৈনখিনি। মতম অদুদদি লৈবাক অসী ঈংনা-চীক্লা লৈবা য়াগনি। মরম অদুনা ইপুমন্ত্রী লৌশিংবনা হয়েং ইনুং ঙানবগা শগোল তোংবা লাম্মী চামা থাদুনা লৈবাক্কী মফম শীনবা থুংনা পাউজেল শন্দোক্কদবনি। মরোলদি : কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা লৈবাক ঈরাং হৌবা য়াবা থবক তৌবা য়ারোই, নিংথৌ ঐগী য়াথংনি। নিংথৌগী য়াথংবু থৌওইদদুনা শীংনরক্লবদি শীংনরিবা মহাক্তু লেম্না খক থাদোক্লোই, লৈবাক মীয়াম মমাঙদা অঙাং ওলহনগনি। ঐগী য়াথং অসী ইপুনা থবক ওইনা পাঙথোকপিরো।

নিংথৌগী য়াথংদু তাবদা মন্ত্রীনা ঙাংনীংবা ৱাফম লৈরবসু ঙাংবা ঙমদ্রে, মরমদি নিংথৌগী মরিংজেল অখাবদু মানা খঙ্ডী। নিংথৌদি ৱা ঙাঙনবা মতমদা মানা ঙমদবা য়াদে, অদুনা মাগী মমিং নিংথৌ ৱাঙম্বা হায়না খঙনৈ। নিংথৌ ৱাঙম্বগী সনা য়াথংদু মন্ত্রীনা থবক ওইনা পাঙথোক্লে। নিংথৌগী অকনবা চৈরাক কিবদগী মতম খরা কংলৈবাক্কী মীয়াম ঈংনা চীক্লা লৈনখি।

নোংমা কালেন থাগী নুমিৎকী মৈশানা মীপুম খুদিং খাঙবা ঙম্নদদুনা অইংবা মফম থিনবা মতম্নী। নুমিত্তু কোনুংগী নোংপোক থংবা লম্পাক অদুদা মীয়াম অমা তিনগদৌরি। নিংথৌগী অহকপা য়াথং কিনবদগী মীয়াম শঙ্গু শঙ্গু মায়কৈ মরিদগী থোরক্তুনা মীয়াম পুনবা হৌরে। তৌগদৌরিবা থবক্তী অয়ুক্কী পূং ১১তাবা মতমদনি। অয়ুক্কী পুংশিং খঙনবা কাংশিনা কাং কাং ১০ রক য়ৈরকপদা তিল্লিবা মীয়ামদু পুং অমখক্তা ঙায়রে হায়না নিন্নরকখি। তিল্লিবা মীয়ামদু মিত্তগী পিগী ঈরা শিন্থনবা নত্তনা ৱাদি অমত্তা ঙাঙনখিদ্রে। মীয়ামগী মাঙদা থেত্তুনা থল্লিবা ঘরীগী পুংজা কাটানা পুং ১১তাগদবা মিনিট ১৫ খক্তা ঙায়রে উৎলক্লে। তানজা অদুমক্তা ৱাং

চাউরবা নিপা মঙানা খাগি ফিজোল শেৎ, কোক্তা টুপী অঙাংবা উপ, খুত্তা থাংশাং পায় য়েংবদা অকিবা পোকলবা শঙলিংবা মঙাগী মনুংদা মরিনা মায়কৈ মরি যৌগল তৌ, অমনা মখুৎ তুংবুন পরৈ লাক পুথোরক্লে নোংয়ায় মাবু, মীয়াম মাঙদা।

শিগদবা মিকুপ খরদমক ঙায়রবা নোংয়ায়গী মতৌদু য়েক্লবা তাইবঙ খুত্তা চল্লবা চেক্লাগুম্না মতু ইপোন পোন, চরৈ মঞ্জুনবা শেৎ, মখুৎ তুংবুন পরৈ লাক,মিৎলু পিরাং শিষ্থনা হীক্লা হীক্লা কপ, উপায় লৈত মিৎয়েংনা লৈন-লৈনা য়েংলম্মী। তিল্লীবা মীয়ামদুগী মরক্তা নোংয়ায়গী মতৌ উবদা মখোল থোক্লা কপ্লা য়াওনরকক্লে। মতম য়ৌরে হায়না য়াথং পীরক্লবদা শঙলিংবা মঙানা মীয়ামগী মমাঙদা শাদুনা লৈরিবা শগাই তম্না তপ্না-তপ্না নোংয়ায় মাবু পুশিল্লক্লে। নুমিত্তুগী মীয়ামদুনা নোংয়ায়গী মথায় কন্নীংদুনা নিংথৌদা হায়জসি, মীয়াম হুপ্না হায়জরবদি য়াবিফম থোকই হায়দুনা নুমিৎ কয়ানি খন্নরবা মতুংদা লাক্লখিবনি। অদুবু তৌরিবা মতৌদু উবদা কনাগুম্বা অমত্তসু ৱা ঙাংবা ঙম্লখিদ্রে। অহোয়নদুম য়েংনীং-য়েংনীংদনা য়েংবা কুম্মৈগুম তাদুনা তোক্কদৌরে।

ঙসি নোংয়ায়দা শিবগী দণ্ডী পীরিবগী মরমদি :- নোংয়ায়গী মপানা মখোয়গী খুঙ্গংদা লৈবা নিংথৌ মনাই কৈরুংবদগী ফৌপোৎ মরি পুদুনা চাখি। মথংগী চহীদা মথোই কারগা শিংগদবা অদুনা কুম ফত্তবদগী ফৌ লোক্লদদুনা শিংবা ঙমহৌদ্রে। মথং-মথং চহী অহুম শুবদদি মথোই চাউবা মরম্না শুনা শিংবা ঙমদ্রে। নোংয়ায়গী মপানা অৱাৎপাসি ইচানা লাংফৈদগী থোরক্লগা কোন্না হাপচগে হায়জরম্মী। মদুদা কৈরুংবনা শুনা পীদ্রবদি লৌরোই হায়রম্মী, মমৈথংদা মচানা লাংফৈদগী থোক্লক্কদবা নুমিৎ পারগা পীজগে হায়জরম্মী। অকক্লবা নুমিৎ পানরগা শোয়বা য়ারোই হায়রম্লগা অশাউবগা ঈরোয়ননা কৈরুংবা ময়ুম হনখি। পানখিবা নুমিৎ শুরদুনা কৈরুংবা ফৌ লৌবা লাক্লম্মী। নোংয়ায়গী মপানা মচা লাংফৈদগী থুংলদ্রি, মতম খরদংগা ঙাইবিখো হায়জরম্মী। মতম অদুদা কৈরুংবনা মী উশিত্তে, 'নিংথৌ মনাই অঙম্বনি খঙদৱা হায়দুনা চৈবদা নত্তনা মখুত্তা পায়রকপা লীচৈ অদুনা নোংয়ায়গী মপা অশোনবা অদুদা শা ষন ফুবগুম্না ফুরম্মী। উপায় লৈত্রবা মপা হনুবনা ঐগী থৱায় কনবিয়ু হায়দুনা লৈকাইগী মী তানবা লাউ খোংদুনা কপ্লম্মী। লৈকাইগী মীনসু কৈরুংববু কিবদগী খাম্বা ঙম্লমদে কন্না-কন্না ফুরম্মী। নোংয়ায়না লাংফৈদগী থুংলবা নুমিৎমক্তা ময়ুমদা তৌরম্লিবা মপা অশোনবনা কৈরুংবদা কপ লাউদুনা থৱায় কনবিয়ু হায়বদু তাবদা,নোংয়ায়না মপা শিবা তারে খন্দুনা

চেনশিল্লক্লগা কৈরুংবগী শাগল নামা পায়রগা কন্না চিংথোকপদা কৈরুংবা তুরম্মী। মানা তুরিবা মফম অদুমক্তা নুংদুম অমা লৈরমদুনা মথবাক্তা কন্না থেংম্রে। ওম্থোকপা মতৌ হায়বদুনি নুমিৎ মঙানি লাইকন্নরবা মতুংদা লাইকন্নবা ঙমদদুনা নিংথৌ মনাই কৈরুংবা শিম্রে। মহাক্তা শিম্রবা মতুংদা নোংয়ায়গী মথক্তা মীহাৎপগী মরালদা ঙসি মাবু মীয়াম মমাঙদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎকদৌরিবনি।

নোংয়ায়না শিরমদাইগী মিকুপ পুংজা অদুদা লৈবাক মীয়াম মরক্তা মাবু কনবিবা ঙম্বা কনা য়াওরিবগে খন্দুনা লৈদুনা য়েংলকপদা মিৎয়েংগী থৌজাল নত্তনা, থৌজালগী ৱাহৈ মচেৎ অমা ফাওবা তাবা ফংখিদ্রে। মহাক মশা নহা ওইজরগসু ৱাখল লৌশিং য়াম্না লৈবা মীশক্তি। মহাক্তা শাগৎচরম্বা মঙলান মাগী ইমুং অমদি লৈকাই খুঙ্গং ফগৎনবা অমদি মপা অশোনবগীদমক তৌজরম্বা আশা পূম্নমক অমত্তা থবক ওইনা উৎথোক্লম্বা ঙমদনা লমখাঙদা মাঙবা তারেদকো, ঐমুক লাইবক থীবা মী মালেম অসিদা লৈররোই। ৱাখল মসি খল্লুবদগী নীংঙমদবগী মিৎলু পিরাংনা অতৎ-অখম নাইদনা শিম্থুরকপনা ফক্লাংদা ঈশিং হৈথরকপগুম্না মীৎকী পিরাংনা ইনখৎলকপা পাখংগী তনৌরবা খজাই ওই-য়েৎ অনীমক পুমচোৎ চোৎলে। মিকুপ অমা নীংঙমদবা ৱাখল খল্লুরবা তুংদা শোয়দনা শিরগদবা ঐনা করিগীদমক শিববু কিরুগনি। কপ্পা নোকপা ইমান মান্নরগদবা মিকুপ্নি নোক্লা-নোক্লা শিরগে মবুক্তা খল্লক্লে। শুক্লা মংলবা নোংগী মপৈলক্তা লোৎলুরবা পুর্ণিমা থাজনা অহাংবা অতিয়াদা থোরকপগুম্না নোংয়ায়গী মায়থোং থাজনা মোমোন মীনোক্কী মতৌ উৎলক্লে।

নিংথৌ ৱাঙম্বনা মতম চারে খন্দুনা ফম্ফমলাংদগী লেঙখৎলক্লে। মীয়াম পুম্নমক উবা য়ানা ৱাংনা শারিবা কাংথক অদুদা কাখৎলে অদুগা ৱা ঙাংনবা সেরৈ মানবা মখা লাউবদু পায়খৎলগা ঙাংলকই -

- ঐগী নুংশিরবা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক ! ঙসি ঐখোয় ময়ামগী মরক্তগী নোংয়ায় কৌবা নহা পাখং অমনা শিবগী দণ্ডি ফংলিবসী মানা তৌজবা থবক্কী মহৈনি। লৈবাক মীয়াম্না ঈংনা চীক্লা লৈবা য়ানবা ফত্তবা অরানবা তৌবা মী হাৎপা, মীবু শিবগী দণ্ডি পীবা হায়বসী তৌদবা য়াদ্রবা নিংথৌ ঐগী ইথৌনি। লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক ঐনা তৌরিবা থবক অসীদা পেনবিরমগনি খল্লি।

নিংথৌগী ৱা তাবদা তিল্লিবা মীয়ামদু মবুক্তদি অমত্তা পেন্নখিদে অদুবু মচীন্দা ঙাঙথোকপদি ঙম্নখিদে, তুমিন-তুমিন লৈনখি। অচীকপদু থুগায়দুনা :

- লৈবাক মীয়ামগী নুংঙাইনবা তশেংনা খনবিবা তারগদি মীয়ামগী ৱা তাবীফম থোকই, অদুনা শিরমদাই মিকুপ অসিদা ঐহাক ৱা খরদং হায়জগে ইনিংথৌ। শিগদবগী পুংফম য়ৌরবা নোংয়ায়না শগাই মথক্তুদগী অকিবা য়াওদনা য়াম্না মেঙ-থোৎলবা খোঞ্জেলদা হায়জরকই। মীয়ামগী মিৎয়ামদু মঙোন্দা ওনশিল্লি।

- মিকুপ মঙাগী মতম ঙাংজবা য়ারগনি। নিংথৌনা য়াথং পীরকই।

বন্দি :- "তাবিয়ু লৈবাক্কী য়াইফনবা খনবীরিবা ইনিংথৌ অমদি ইপা-ইমা, ইচিন-ইনাও শক্লবা, তিনবীরিবা নুংশিজরবা লৈবাক প্রজা পুম্নমক ! ঐনা ঙসি শিবগী দণ্ডি ফংলিবসী ঐনা মী হাৎলুবগী ফংবা দণ্ডি নত্তে। ফংলিবা দণ্ডি অসিদি ঐনা মকোক য়াওদবা মীশক অমখক থেংনরুবগী দণ্ডিনি। মকোক পান্দবা মীশক অদু ঙসি তিল্লিবা মীয়ামসু লোইনা থেংনরে। মাবু থেংনরুবা মীপুম খূদিংমক লোইনা শিরগদবা ঙাক্তনি, অকোন অহানগী ৱাদনি। ঐনা হান্না শিরগদবনিনা অহানবা শিবগী নমাদু ঐনা ফংফম থোক্লে খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইজে।" শিরমদাইগী বন্দি অমনা অকিবা পোক্তনা ঙাঙথোরকপা ৱাহৈশিংদু তাবদা নিংথৌ য়াম্না ঙক্লা থোক্লম্মী।

বন্দিগী ৱাহৈদু তাবদা তিল্লিবা মীয়ামগী মিৎয়ামদু নিংথৌরোমদা ওনশিল্লগা খঙহৌদনা চপ মান্নবা খোঙ্গোক্তা ' ইনিংথৌ ' ! হায়বা ৱাহৈসী নোং খোংবগুম্না হৌনা নিল্লকই।

বন্দিগী ৱাহৈ তাবদা মীয়াম মিপাইনরে, করিনো খঙনীংলে হায়বা নিংথৌ ভাব তাই।

নিংথৌ : হায়যু বন্দি ! মকোক পান্দবা মীশক্তু কদায়দা লৈবগে ?

বন্দি : ঈনিংথৌ মকোক পান্দবা মীশক্তু ঐনা তাকচবা ঙম্লবদি ঐনা হান্না শিবগী মনা পীবিবা ঙমগদ্রা ?

নিংথৌ : শোয়দনা পীগনি।

বন্দি : ঐদি হৌজিক শিরগদবনি, শিদ্রিঙৈ মতমসীদা ঈনিংথৌনা ৱাশকপদু তাজনিংই।

নিংথৌনা মীয়ামগী মমাংদা হান্না শিবগী মনাদু বন্দিনা শিরবা তুংদা ফংফম থোকপা মীদা শোয়দনা পীগনি হায়দুনা ৱাশক্লম্মী।

বন্দি : ঈনিংথৌ মকোক য়াওদবা মীশক্তু তাকচবা য়ারগদ্রা।

নিংথৌ : হায়য়ু মফম কদায়দা লৈবগে ?

বন্দি: তাকচরগে লৈবাক মীয়াম পুন্নমক !পৃক্লিং চঙনা য়েংবিরো । হায়বগা ঈরোইননা মাগী য়েৎথংবা খুদোম্বীনা সীদা লৈরে হায়দুনা নিংথৌগী মমায় নখাঙ চপ চানা করি অমত্তা চিংনবা য়াওদা থিন্দুনা তাক্লম্মী । মীয়ামগী মিৎয়ামদুনা নিংথৌদা চাগদৌবগুম্না য়েংশিল্লকপদা নিংথৌ তশেংনা মকোক য়াওদ্রবগুম্না নীংদুনা মখুৎনা মকোক মারুবদা থেংনদবগুম তৌখ্রে। অঙকপা থৌদোক্লী নিংথৌ জ্ঞান মাঙখিদুনা লৈমায়থক্তা হাইথখ্রে।

মতাং অসিদা তান চারে খন্দুনা কোক্লেন মন্ত্রী লৌশিংবনা ঙসিগী ওইনা থবক পুন্নমক লেপখো হায়না লাউথোরক্লে। তিল্লিবা মীয়ামদু তুংদা করি অমুক থোক্লগবা খন্নদুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।

অসুম্না নুমিৎ হুম্নি লায়কন্নরবা তুংদা নিংথৌগী মশা ফগৎল্লকখি। বন্দিনা ঙাঙখিবা ৱাহৈশিংদু কোক্লেন মন্ত্রী লৌশিংবনা নিংথৌদা ফজনা অর্থ হন্দোক্লুনা খঙহনখি। নিংথৌসু লৈঙাকলোনগী অনৌবা পারা অমা তমশিনখি। শিবগী দণ্ডি কোকপিখিবগা লোয়ননা লৌশিং লৈবা নহা পাখং হায়বা মিংথোন অমসু পীদুনা ইকাই খুম্নখি। ⊙

# নীংশিংলি আগষ্ট ’৮৪

ইবুংঙো ! চেকশিল্লকপা মতমদা নহাক নত্তনা ঐখোয়গী উপায় তৌবিনবা কনাসু লৈতে ।

- করি তাকপিগদবা ইন্দোমচা ?

- হিদাক অসী নহাক্না অমুক্তা লৈবিরুদবা য়াদ্রে। চে মচেৎ অমগা লুপা ৫০ চৎপী অমগা পায়রগা ইন্দোমচা চান্দনিনা ঐগী নাক্ত চঙশিল্লকুনা হায়রে।

- ইন্দোমচা হৌজিক্তী পুং ৯ হেল্লম্লগনি; স্কুল কাবা মতম ওইরে।

- ইবুংঙো কুমার ! নহাক্কী স্কুল কাবা মতম য়ৌরে খঙনা উপায় লৈত্রদুনা লাক্লবনি।

- অয়ুক ঙন্তানা হায়বিরবা য়াদ্রাও ?

- য়াবনি, শেল অসী থিবদা থেঙদোকস্ত্রিবনি। ইবুংঙো নখোয় খ্বাইনা ননাও অসীগী মথ্বায় অমুক্তদি কনবিয়ু। মমিত্তগী পি তৈথোকই।

- ও! অঙাংদুবু কয়া কন্না ঙমদ্রবনো ?

- হায়ফম খঙদে, ঙরাংদগী ময়াদা অচাপোৎ অমত্তা তাবা য়াদে, মখোঙ হান্বদি লেপ্পা কৌবা লৈতে।

ঐগী মখা তাবা ৱাঙাঙদি ডাক্তরদা পুনবা তৌরসী হায়নীংবনি । অদুবু মখোয়গী ইমুংগী অৱাবা মতৌদু খল্লুবদা হায়বা ঙস্লমদে। খুড়া চাউভলসু লৌউ থা লোইর ফাওবা লাংফৈদগী হল্লক্ত্রে। মানা চৎস্ত্রিবদু মখারোমদা উ খায়বগী থবক্কী। নীঙোল তরুক্কী মনুংদা তাঙনা ফংজবা মচানিপা অতোম্বা বীরেন্নী নারিবদু। বীরেন

চহী ৬/৭ শুরম্বা য়ারে। ওরাংদগী নাবগী পাউদি তারবনি, অদুবু অনাবগী ফিবমদি ঐনা খঙদে। হৌজিক্কী মমাগী মওঙ মতৌদগী খঙবা ঙম্লে, মহাক তরাই তরাই নাবদি ওইরম্লরোই।

- ব্লাবিরুরনু ইন্দোমচা ঐ শোয়দনা চৎচরগে। চে মচেত্তুগা পৈশাগদু ঐনা পায়শিল্লে। ইন্দোমচাসু চৎখ্রে। ঐসু খুৎলৈ থুনা শেৎপা চাবা লোইশিল্লি। অদুদগী পুং ৯.৩০ গী গাড়ী তোংনবা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরে।

নুংঙাইরেদা গাড়ী মখোল তারক্লে। অদুবু ওম্থোকপনি গাড়ী অদুদি মবুক তপ্পা অহল অদুনা থৌবা, মনঙ্গন্দা মপোৎ য়াওবা, চফু বোরানা চীঙমুক ব্লাংনা নম্বো পোরবা গাড়ীদু ওইরম্লে। মসীবু তোংসীরা, তোংলোইসীরা ? তোংহৌদ্রগনা অমুক ? ইবুক্তা খন্না খন্না লৈরিঙৈদা ইতৌ উবদা মবুক তপ্পা ড্রাইভরনা ইপা চপ চানা গাড়ী খাম্বিরে। অসুম্না গাড়ীদা কাখৎলে। চাক হেক তোকপগা গাড়ী মনুংদা লেপ্পা ঐঙোন্দদি অব্লাবনি, অদুগীসু মথক্তা অয়ুক চুপ্পা শম্বোৎ খোইরুবগী ইশাসু চোকথরিবনি। গাড়ী মনুংদু ফম্ফমদি লায়রদনা খোঙ অনী শুনা লেপফম লৈরমদ্রে।

শুগু রোডকী লম্বীদি মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা লৈবা মীনা মশক খঙনৈ। মরমদি - মসি য়াম্না মরুওইবা ষ্টেট হায়ব্রে অমনি। অদুমকপু লম্বী অসীদা চত্তবা মীসু য়াম্না য়াওরমগনি। অদুনা লম্বী অসীগী ফিবম খঙজিনবদা কান্নগনি।

মখারোমদগী হাইগৎলকপা গাড়ীনা থোংজাও মপা হেক য়ৌরকপদা ড্রাইভরনা গাড়ীগী স্তারীংদু মখুৎনা শোক্লগা লাইবক অহুম্লক কৎলি। মনুংদা তোংলিবী মিপাই চাউবী ইমা ইন্দোনশিংনা কালিমাই খুরুম্মী। ইরোই লৈয়োনকোম মানবা চাউর চাউরবা কোম পরেংনা অরোই অখম লৈতবমখৈ লেংখ্রিবদু ব্লাবগাই লমখাই ফাওবনি, কি:মি: ৭/৮ শাংবা লম্বীনি। অদুগুম্বা কোম পরেং অমা লাম্থোক্কদৌরিবা গাড়ীদনি ঐনা হিদাক লৈবা চৎপদা তোংলিবদু।

লম্বী মতেক খরসী লাম্থোক্লিঙৈদা মনুংদা তোংলিবা মীপুম খুদিং ব্লা ঙাঙনদে, মিৎফম চোইনদে। মরমদি খুৎ পায়ফম থিনবদা থবক য়াম্না চিন্নে। অদুবু চেল্লিবা গাড়ীদুনা অমুক অমুক ওয়-য়েত্তা চেপ্লকপা মতমদদি অকিবা খোল্লাওদি তত্তনা তাবা ফংই।

মশা চেকশিন্না থৌরিবা ড্রাইভরদু হৌজিক কোম ৫০ মুক্তী লাম্থোরক্লে। মথংগী কোম অদুমদি মাগী মিৎয়েংদা করম তৌনা উরুববনো খঙবা ঙমদে। গাড়ীগী খোঞ্জেলদি খরা ওনখিবগুম্না তৌখি; ওম্থোকপা মতৌনি ওয়দা চেপকে তৌরুবগা

য়েৎলোমদা খংচেপ চেপ্পকপা অদুদদি অদুক য়াম্বা মনুংগী মীশিংদুনা "ইমা !" হায়না চপ মান্ননা লাউনরকখি।

- গাড়ী থৌববু অসুম্না থৌবা হৌনব্রা ? মী হাৎকে তৌরিব্রা ? মরাইবক্তা ঈ চেন্থবা অহল অমনা ড্রাইভরদা কন্না চৈরক্লম্মী।

- খুড়াবু অমুক্তা শাউবিখিনু, খৃত্তু অমুক্তা চেৎনা পায়বিয়ু। মনাক্তা ফম্বা পাখং অমনা মরাইবক্কী ঈ থোক্লিবদু রুমান্না নপথোকপি।

- গাড়ী খামখো ! ঈ থোক্লিবা অহলগী মনাক্তা ফম্বা কনাগুম্বা অমনা লাউরক্লম্মী।

গাড়ী খাল্লে, গাড়ী মনুংগী মমাঙদা থেৎলিবা হিদাক য়াওবা উপু অদুদগী গাড়ীগী নহা পাখং অমনা হিদাক মহী নমথীবা য়াওবা লিক্লী অমা পুথোরক্লগা অহন্দুগী অশোকপা মফম মরাইবক্তা তৈবিরে। অদুগা ফিজেৎ অঙৌবা অশাংবনা নীংথিনা য়েৎপিরে। হৌজিক গাড়ী মনুংগী মীয়ামগী মিৎশিংদু ফিজেৎ অঙৌবা য়েৎপা অহন্দুদা য়েংনরক্লে।

মথোঙ চাদবা অহন্নী, অসুক খুদোং থীনিঙাই ওইরবা লম্বী অসিদা উইরুরমগনি। কনাগুম্বী নৃপী অহল অমনা অশোকপদুদা মরাল শীরকই। কায়গল্লবা মালগা লোয়ননা থৌরিবা ড্রাইভর অহলদুদি খোঙ-খুৎ শিংনা অমদি শোয়খিদনবা মিৎয়েংদা চেকশিন্না গাড়ী থৌরি। অদুক চেকশিন্না থৌরফাওবদা হোরেন লল্লোনবী কাংবুনা চফু কায় হায়দুনা চৈনরক্কদবা, ভারাগী ঙাঙনগদবা ৱাফমশিংদু মবুক্তা ঔরাইদুনা থৌরি।

- ওজা ডাইফোরা ! গাড়ী য়াঙমল্লে। নৃপী অমনা তপ্না থৌরিবা গাড়ীদুবু য়াঙমল্লে হায়রক্লম্মী।

- ইবেম্মা ! নখোয়গীদা খনবা য়াব্রা ? ঐখোয়গীসু খরা খল্লু। হন্দক চফু পুবীগা লাম্বা শাদুনা ঙাঙলক্লিবা অহলসী খুড়া চাউতোন্নী। মহাক থৌবালগী ওফিস অমদা চপ্রাসী ওইরিবনি। মখোয় অনীনা ঙাঙনখিবা ৱাহৈশিংদু অর্থ লৈবা ৱাফম ঙাক্তনি। মরম লৈতনদি কনাসু ৱা ঙাঙনদে। ঙসিগী গাড়ীদা মী চিল্লিবগী মরমদি ড্রাইভর অহন্না থৌবদা থাজবা লম্বী খুদোং থীবা চৎপদা কিগনবা অহল কাংবু অমগা লল্লোনবী কাংবু অমগা তান চানা তোংমিন্নরুবদগীনি। মতমদু আগষ্টকী অহানবা চয়োলনি।

খুদোং থীনিঙাই মশক ওইরবা লম্বী লাম্বোকপা লোইরবা মতুংদা ৱাবগাই লমখাইদা ঙাইহক্তং গাড়ী থান্নে। হৌজিক্তী ঐঙোন্দা খুদোংচাবা অমা ফংলে। ইনাক্তা ফম্বী নৃপী অমা কুমথশ্রে। ফম্ফমসু ফংলে, গাড়ীসু য়াঙনা চেল্লগনি কোইলাস রোডনীনা, মতমদি অয়ুক্কী পূং ১১ তাশ্রে। চোকথবনা মপূং ফারবা ঐগী হকচাং অসি সীট অমদা ফল্লবা মতমদা নুংঙাইবা হায়বদু ফংলে। নুংঙাইত্রিবা হায়ববু ৱাখলদমক ঙায়রে। লুনা চান্না তৌজবা মচানিপা বীরেন্না নাবা অদুদা ইন্দোমচা চান্দনিনা তৌরমগদবা মতৌদু ইমিক্তা উবগুম তৌই। অমত্তা য়াওজরবসু মপোপ মতাং ফনা হৌরক্লিবা অঙাংনি। মশকসু য়েংবদা নুংশিবা পোকই। ইন্দোমচা চান্দনি, ইপাগা পোকমিন্নবা খুড়া চাউভলগী নৃপীনি। মখোয় ঐখোয় ইমুং মনুং ঙাক্তনি। মখোয়সু ঐখোয়সু লায়রবা ইমুং ঙাক্তনিনা শেলগী তেংবাংদি অমত্তা ঙম্নদে। পাঙ্গলগীদদি অমত্তা লৈথোক্লদে। ঙসি মানা পুরক্লিবা লুপা ৫০ অসি কনাদগী ওইরমগদবা ? খুড়া চাউভন্না লৌউ থা হেল্লফাও থোরক্ত্রিবসীনা করম তৌশ্রবা জাৎনো, ইরাংনা ফৎনরক্রুবা মতমসীদা ? খুঙ্গংগী লমদা লৈবা ঐখোয়না অনা-অয়েক থোরকপা মতমদা অৱাবা মায়োক্লরিবসী ওম্বোক্লা য়ামশ্রেদা। অনকপদা লায়েংফম লৈতবগী, ফামসী লৈতবগী, লম্বী ফত্তবনা অথু অকাই ডাক্তর চৎপা য়াদবগী। নীংতম্বা লৈবাক্লীদি হায়রগা খুঙ্গংগী পুক্নীদি নীংতম্বগী মহাও খঙদনা শিখিবা মীগী মশীং খঙদ্রবনি ! মসীবু লাইবক্তা তাইনগদ্রা নত্রগা লৈঙাক সাসন্দা তাইনগদ্রা? ৱাহং ময়াম অসী ইবুক্তা খন্না খন্না লাকপনা করম তৌখিবনো খঙহৌদ্রে। ঈমিৎসী পাঙথোরকপা মতমদা থৌবাল খরা হেন্দোক্লুনা লৈরম্লে।

- ইস! ঐ শোয়রেদনা ! খঙহৌদনা ঈচান্দগী ঙাঙথোকখি। ঘড়ী য়েংই, পূংজাগী কাট্টা, মিনিটকী কাট্টা পুন্না ১২ মপাদা লৈরম্লে। ককচিং বজারদগী লৈবা য়াবা হিদাক্লা ইম্ফালদগী লৈবা তারবা ! নাহৌরিবা লায়নাদুগা কান্নগদৌরিবা হিদাক লৈবগী মতম অসীগা ---। ঐ ফম্বা ঙম্লক্ত্রে, হে ফম্ফম! নঙননীকো ঙসি ঐবু নাউশুম শাবিরিবা ! নঙোন্দা ফম্বা ফংলমদবা থোক্লগদি ঐ উইরম্লোইদকো ! মরোল থোক্তবা গাড়ীগী সীত্তু শাউনীংবদগী থাদোক্লুনা লেপখৎলে। ঙাইহক্তং উইরুবদগী অচৌবা মরাল লৈবা মীশক্তু ঐ ওইরে। ইশানা ইরাল য়াজরবা ঐহাক্লা ইরালগী পোৎলূম খজিক্তং কোকচবা য়ানবগী ৱাখলদা গাড়ী ড্রাইভরগী নাক্তা চঙশিল্লগা খরা য়াঙনা থৌবিনবা হায়জে।

ওম্বোকপনি থৌবাল বজার খরা হেন্দোক্লবা মতমদা নিপা কাঙবু অমা

গাড়ী তোংগদবগী ঙাইদুনা লৈবা উরে।

- হায় ! হায় অঙাংশা ! মনুংগী মী খরা খরা থৈজিন্নরগা তোংহন্নবা তৌসী, নুংতিগী তোংবা মী খরা য়াওরি। ড্রাইভরনা মাগী গাড়ীগী অঙাংদা পীবা য়াথংনি।

- ইস তৌরিবা মতৌসীদা ? ইতোমতা অকিবা পোক্লে।

মীনা ঙানম নম্বগুম্না তোংখৎলকপা অদুদদি ঙসাইমখৈ মরা ঙাঙলমদবা অহল অমনা করেম্নবা বাহৈনা ড্রাইভর চৈরম্মী । মনুংগী তোংলিবা মীনা ঙাংবা লাউবা থোইনা তারুবা তৌদনা শামুনা চাউনোমদা চেনবগুম্না মাগী গাড়ীদু থৌরম্মী। নোংমা নিপা অমনা হায়খিবা - "গাড়ী মনুংদা মীনা ঙানম নম্বগুম তোংলবদি, লূ থুম্বা মীনা মাগী লূদা ঙা থন্না চঙবগী হ্রাউবগা ড্রাইভরনা হ্রাউবগা মান্নে। তোংলিবা মীশিংদু মী ওইনা খন্দে, শেল ওইনা উই।" বাহৈসী নীংশিংলকখি। অসুম্না মথং মথং ষ্টেসন কয়া লাম্ব্রোক্লবা তুংদা বাইথৌ চীঙ্গোন তুংওইনরম্লগা লিলোং মায়কৈ পাংলক্লে। লিলোং অমুক তুংওইনরম্লগা লম্লেন লমদম লম্মুংশি কাঞ্চিপুর মপা য়ৌরমদাই পল অহনবী য়ৌরক্লে।

ঙসি গাড়ী মনুংগী মীনা চিনবগী শাউনবা মতৌদু হান্না কৌবিলিয়া মরুমদা লুমদুনা লৈরম্বা খাগি শেৎপা, মীচৈ পায়বা মখোয় ৪/৫ না উরমাল্লে গাড়ীদু থৎলে। শাউবগীরা, হ্রাউবগীরা মশক খঙদবশিংদুনা ড্রাইভরদু গাড়ীগী চে-চাংগা কোন্ননা উরুমদা কৌশিনখ্রে। পেসেঞ্জরশিংগী মীচৈ তারুবা ড্রাইভর অহন্না হৌনবী চবান থাদোক্লম্লগা থুনা থোরক্তুনা অমুক গাড়ী থৌরে। হন্দক্তী ড্রাইভরদু চবান চাবশিংনা মপাঙ্গল কনখৎনবা করি তৌরক্লবনো খঙদে। মখোঙ য়েৎ থংবনা নেৎলিবা মচৈদু শাউনা নেৎশিল্লি। গাড়ীদু ওম্প্রোক্লা য়াঙনা চেল্লক্লে। চেল্লিবদু মিনিট অমবু ফারমখিরোই, মখোল কৈনো অমা তৌশ্রে । ও ! গাড়ী অমুক লেপ্লে। খুদক্তা ফুরিৎ খোঙ্গ্রাউ থাউথী চুবা নিপা মচা অনী অমনা খুৎলায় উপু হাংদোক্লগা ওৎখায়বগী মখোল তারক্লে । অনীশুবা অদুনা ড্রাইভর মনাক্কী মখুম অচৌবদু হাইগত্তুনা হাংদোক্লে। অসুম্না গাড়ী মখাদা চঙবা, ইঞ্জিল মনুংদা মকোক থিংজিনবনচিংবা তৌদুনা শেম্বা হৌরক্লে।

- য়াররোইদৌরিব্রা ? মনুংদা নিপা অমনা হংলকই।

- ঙাইহক্তংদি পঞ্জবা তারে। ড্রাইভরনা খুম্মী।

- পোৎ হাপ্পা করাম্মল্লি, শাউনীংই। ভারা খরা খরা হল্লু।

অসুম্না ভারা হন্দোক হঞ্জিন তৌনরগা অদুক য়াম্বা মীশিংদু অয়াম্বা মাঙনখ্রে। লৈহৌরিবা মীশিংদুদি মালগা শাগোন্নবা ঙাক্তনি।

ঙসিগী হিদাক লৈবা খোঙচৎ অসি ঐঙোন্দা ৱাখলগী পোৎলূম হেন্না হেন্না হাপকৎলক্লে। ফরে অরাকপা গাড়ী অমদা তোংলগে খন্দুনা অৱাং পাংনা খরা চৎলগা লেপ্তুনা লৈরে। অদুবু গাড়ীদি অমত্তা খাম্বা য়াবিদ্রে। ঙসাইনা গাড়ী খাম্বগী চৎনবীদু কাউথোক্লুরে।

কান্নরোই খল্লগা শেল্লিবা গাড়ীদা অমুক কাখৎলে। তান চানরদুনা শেম্বদু লোইশিল্লমদ্রে। অসুম্না নুংথিলগী পুং ৪ তাবদা সহরগী পার্কীংদা থুংলে। পম্বুবা তৌদনা চেজেত্তা ইরিবা হীদাক মখলদু শুনা লৈরে। অদুবু ঐ য়ুমদা থুনা হনবা য়াদবা তাঙ্গা ওইরে। মরমদি ঐখোয়গীদু য়ৌগদবা গাড়ী অমত্তা লৈরমদ্রে।

নুমিদাংৱাইরমগী পুং ৬ তাবা মতমদা মনঙ্গন্দগী নম্বো থারুরবা গাড়ীদু ঈংনা তপ্পা পার্কীংদা থৌদোরক্লে। অসুম্না ময়ুম মায়কৈ পাংনা গাড়ীদু খোঙশাল্লক্লে। নুমিদাং খোঙচৎ ওইবনিনা লল্লোনবী কাঙবু নত্তনা অতৈদি থোইনা য়াম্না তোংদে। মনুংদা তোংলিবা মীশিংদু থেঙজরবসু থেঙবগী থোইনা থৌ-ৱা শানদে। পোৎ শোত্তোক্লম্বগী, পোৎ মাঙবগী ৱাদি য়াম্না ঙাঙনৈ। চুরুট, বিরিগী মৈখু মরক্তা পূম্নমক নোক্ল নোক্লা ঙাঙনরিবা ঙাক্তনি। মরক মরক্তা ড্রাইভরনসু ৱারীগী মচাক অমুক অমুক পীশিল্লকই। নুংঙাইরবা ৱারী মরক অদুদা ঐগী অৱাবা ৱারী কনানা তানীংগনি। মরম অদুনা ঐদি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা গাড়ীগী থোঙদা মায় নোংপোক পাংনা ওল্লগা ফম্লি। ঐনা থুংলুবা মতমদা বীরেনগী ফিবম্না করম তৌরমগদবা? ঙসিগী খোঙচৎ অসি ইন্দোমচা নহাক্লা খঙদবনিনা ঐবু লান্না লৌরমগদ্রা ? ইন্দোমচা নহাক্লা অনৌবা অচাপোৎ অমত্তং লৈবদা ঐগী শরুক খাক্তুনা থম্বনি। মতম অয়াম্বদা ঐগী ফনবা নহাক্লা খনবি, অদুবু ঙসিগী মতৌ অসীদি নহাক্লা ঐবু শোয়দনা শাউরমগনি। অসুম্না ৱাখলদা নুংবংনদুনা লাকখিবনা নুমিদাংগী পুং ৯ তাবা মতমদা ঐখোয়গী মপাদা গাড়ী খাম্লে। গাড়ীদগী হেক চোংথবগা পুক্লীংসী থুক লাউবা অমা পোক্লকখি। ইন্দোমচাগী মাঙ্গোন্দা মৈ ঙান্না থাল্লিবদু ঙাইঙমদনা হংনীংলকখি।

- বাবা বীরেন কমদৌরে ? ঐনা হংই।

- লৈখিদরে। বাবানা খুম্মী।

- ও! কয়া থেঙনা, ঙন্না ?

- নুমিৎ তারমদাইদনি।

- হীদাক লাংথক্কী ৱাদি ?

- ইবুংঙো ৱাদু মখা তারক্লগনু।

- নত্তে বাবা ----- মিত্তগী পি তারকখি। স্বর ফুনগৎলকখি, লোয়ননা ৱা ঙাঙবা ঙম্লকখিদে।

অসুম্না কুমজা কয়া হৌখরে, কাউনবা কয়াসু হোৎনরে । কাউগে হায়না খল্লুবনা, নীংশিংবগুম থোক্কুনা থম্মোয় লাইমন ওইরিদো। লেপ্পা লৈতে ঙসিসু -

নীংশিংলি নুমিত্তু আগষ্ট' ৮৪। ⊙

# তনৌবীগী পোৎফম

হায়নবা লৈ, ঙাওদনা ঙাওরবদি লায়েংবা য়ানা ঙাওবনা ফৈ। হায়বগী অর্থদি তশেংনা ঙাওরে খঙলবা মীশক অদুদি মতীক চাবা লায়েংফমদা নীংথিনা লায়েংলগা ফহনবা ঙম্মী। মদু নত্তবা লায়েংবা য়াদনা ঙাওবা মী মখল খরা লৈরি। মদুদনি মথক্কী চীন্থাঙ ৱাহৈসী শীজিন্নরিবা। মশাগী অপাম্বদা খরা হেঞ্জিনবা কাংবুসী অঙাওবা হায়নৈ। কনানা রাজনীতিদা ঙাওই, কনানা মশাগী ওইজনামদা ঙাওই, কনানা য়ু, জুৱার, গঞ্জা, কানি --- য়ামখ্রে। মখোয়সী নত্তবা অঙাওবা মখল খরসু লৈরি মদুদি - নূপীনা ফম্বা চা হোটেল, পান দুকান, পোৎফম ফম্বী মফম অহুম অসীদা ঙাওজবশিং অসীনি।

ওজা নোবিন পোৎফম ফম্বীদা ঙাওজবা নিপা অমনি। মহাক তনৌবীনা তপ্পা ক্সা মতপ অমা নোমত্তং চাহৌদবদা ঙাওই। ৱারী শানবা য়াদে, চোইরোল মতেক মতেক লোল্লি। নোংমা তনৌবীগী পোৎফমদা নূপী ৫/৬ কা ৱারী খরা শানরবা তুংদা ওজানা ক্সা মতপ অমা উম্লগা নাতোন্দা স্বর পুরগা নোক্লম্মী।

- ওজা ! ক্সাসীবু ঐখোয়গী শরুক য়াওরোইদৌরিব্রা ? মৌনহা অমনা হায়রকই।

- করি ৱানোদা ঈবেম্মা ! ঐঙোন্দা ইকাইবা পীগে হেক্তা হোৎনৈ, পোৎ চাববু ইদোম চাবা হৌনব্রা। ময়াম পূন্না নোকমিন্নে।

- ওজা হয়েংদি ঙন্তা লেঙঙকও ! ওজাগা খুৎকা খুৎকা শোক্লগে তৌনা ফম্লিবী তনৌবীনা হায়রকই।

- ঙস্তা লাক্লগা ঐঙোন্দা মাঙজবা লৈ। ওজাগী ৱাহৈনি।

- ওজা নাহলগী ইদাক মহীদু অমুক্তগা শেম্বিরকখো। নূপী অমনা হায়রকই।

- মদুবু খরা কান্নব্রনে ?

- ওজাদি ইদাক শেম্বা য়াম্না হৈ। ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নে।

- হৈ-পোৎ নত্তেদা। হন্দক্কী ওজাগী খৌনাও তেম্থল নোমহল্লগা নোক্লম্মী। নূপীশিংদুসু মতেং পাংশিল্লগা নোক্লম্মী। অসুম্না ক্না জর্দাদা ঙাওজবী নূপীশিংগা তনৌবীগী পোৎফমদা ঙাওজবা ওজা নোবিনগা পূন্না ঙাওমিন্নরি। মখোয়না চারি-থক্লিবদুগী হিসাব, তনৌবীনা ওজাগী ওইনা থল্লিবা খাট্টা বুক্তা ইশিল্লি।

ওজা নোবিন মতম খরা প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইরম্মী । অদুনা মাবু মীনা ওজা কৌনৈ। মহাক চহী মীয়ায় চল্লবা মীতানি। চহী য়ামজরবসু কুচু-কুমেন থোকই, মশা নাল্লী । ফৈজোম শেংলে লেমই, খোঙ্গ্রাউ শেংলে পকচৈ, মীওই ৱাং চাউই। মাগী ঈমুং লায়রবা অমদি মচা য়াম্বা ওইরমদবা থোক্লগদি ফিজেৎ নানব মীশক অমা ওইরমগদবনি। মহাক থবক শূদবা শেল থোক্তবা মরম্না ফি মরোল অনী শুনা শেৎপা ঙমদে। মরক মরক্তা তনৌবীগী পোৎফমদা ওজাগী মশক উব ফংদবা য়াওই। মদু অতৈ করিগীসু নত্তে, মহাক্কী ফুরিৎ-খোঙ্গ্রাউ শূবা নুমিৎনি মাগী মচা মামুক চাউবা য়াওরকপদগী য়ুমগী থবক মচেৎ অমফাও শূরক্রুবনি। মাগী নূপী থরো মচা নিপালগী মমানি, মচাশিংগী অমদি য়ুম্বানবগী শেলখায় থৌদাংগী ভার পুবা ঙম্নবা হোৎনবদা য়াম্না ৱাজৈ। মীঙোন্দা ৱা ঙাঙবা মীঙমজদে। নোংমগী অরৈবা খরা চারগা লেনবা, লৈত্রগনা চারা হেনবা মীতানি। থবক শূবদি লেপ্ল য়াদবা, চাবদি অফং অফং চাবনা মরম ওইদুনা চহি ৫০ শুদ্রিবা মহাক্না হনুবীগী শকুম্লে। মহাক্কী নিপানা ঈমুংগী অৱাবা ময়াম অসী নাখৈদুনা থনল্লগা মশা নুংঙাইনবা লম্বী থিরগা চৎখিবা হায়ফম খঙদনা পেঞ্জদে। পেন্দবদু খজিক্তং ফোঙদোক্লুবদা চৈ-থাংবদা নত্তনা হেক্তা ফুগে তৌবী। পেন্দবা ময়াম অসি মরায়বক্তা তাইনরগা খাঙলিবী নূপীনি। মচাশিংনসু মপাদা ওনশিন্দুনা ঙাঙবা অমত্তা ঙম্নদে। চুম্নগী মপা লৈরি হায়বা মঙায়রে। মপাগী থৌজালদি অমত্তা ফংনদ্রবনি।

ওজা নোবিন্না মচা ৱারকপদি চৈ য়াওগল্লি। মরিলসু য়াম্না খায় । নোংমা মচানূপী অতোম্বীদা ফুরম্বদু খাম্বিনবা লৈরমদ্রগদি শিবু শিরমগনি। মানা শাউরক্লবদি

মচা পিশক ফাওবা ঈশিংদা লংথবা ঙম্মী। অসুক মরিল খারবা ওজা অসিনা নোংমা তনৌবীগী মচানূপী অতোম্বী চহী ৩/৪ শুরবী অদুদা -

- মেম্মী ! লাকও ! মাঙ্গন্না নঙগীদমক ফজবা খোঙউপ লৈবিরক্রে, ওজানা খুনীং ফাবী সেগুলদু মেম্মীদা পী।

- মোজা য়াওদে তল্লি। সেগুলদু পায়রগা মেম্মীনা হায়রকই।

- ঈহে মেম্মীনা হায়বা চুম্মী। খোঙউপ তোংলগা মোজা য়াওদবা হৌনদে। মাঙ্গন্না হয়েং ফজবা ঙৌরোক ঙৌবা মোজা লৈবিরক্কনি।

- হায় নঙগী মাঙ্গনবু নীংথিনা তোংশিনহল্লু। তনৌবীনা হায়রকই।

- মেম্মীগী খোঙ মোজা য়াওদবসী নুংঙাইতেদা। হায়বগা লোয়ননা অঙাংগী ফুরিৎকা খোঙ্গ্রাউগা য়ান্নবা, কেথোক্লা য়োকপা অঙাংনা লিৎকনবা ফুরিত্তু লীৎশিনবিরে। খোঙউপ উপশিনবিরে, মশম মনা নাম্থবিরে। অসুম্না ফিজেৎ লৈতেংবিরবা মেম্মীবু ওজানা পল্লগা খোঙ্কাপ ৩/৪ দং কাতু-কারন চৎলগা মেম্মীগী খজাইদু চীকখায়গদৌবগুম্না অমুক্তং চুপখিবা অদু য়েংবদা ওম্থোক্লা নুংঙাই। হৌজিক্কী ফিবম অসীমক ময়ুমদা লৈহৌরিবা মাগী নুপীনা উজবা ফংলম্বা থোক্লগদি অব্রাবা কোকচগনি। মেম্মীগী ফিজোল পূম্নমক ওজানা লৈবিরকখিবা ঙাক্তনি। নুমিত্তুদা ওজা নোবিন্না ক্বা মতপ অচৌবা অমা ময়াদা উম, মখৃত্তা চুরুট মচৈ অমা চপ, মমিত্তু আনোক্লা ইরং লং, খুকউ মথক মখা লোন্না মোড়াদা ইব্রাং ব্রাংনা ফম, কয়াদা লেমখ্রবা শকফম্নো, ফোটো লৌরমদাইদা কেমেরা পায়বা মীগী মাঙদা ফম্বগা মান্নবা ফম্মী।

তনৌবী মমিং নৌজরবসু চহীদি নৌদ্রে, অঙাং মঙাগী মমানি। মচানিপা অহল কলেজ কারি। অনী অমদি অহুমশুবা মচানিপা অনীনা হায়স্কুল, মরিশুবা মচানিপানা অয়ুক্কী স্কুলদা তল্লি। অতোম্বী মেম্মীদি স্কুল কাদ্রি। মহাক্লা মচা মঙা অসী চাওনবা য়োক্লকপদা মনেম মকুগী থৌজাল মরীক অমত্তা ফংলক্তে। মাগী নিপা ইবোচৌবা, মচানুপী মেম্মী মাগী গর্ভনুংদা থা মঙা মপুং ফাদ্রিঙৈদা লৈখিদবনি। ইবোচৌবনা মাবু লৌবা মতমদা মমা মপানা য়াম্না শাউখি, লুহোংখিদে। তনৌবীগী মমা মপা অমদি ইবোচৌবগী মমা মপা য়াম্না কন্না মুক্লখি। মদুনা মরম ওইরগা মচানিপা ইবোচৌবা লৈখিদ্রবা ফাওবা শাউনীংবগী নুংশিৎ কোকপা লৈতে। অদুনা লুখ্রাশীংদা চল্লবী মমৌ অমদি মশৃশিংবু লুনা তৌবিদে।

মীৱা ঙাংনবা হায়বসী নুংঙাইবা ৱারী মথেল অমনি। তনৌবী অমদি ওজা নোবিনগী মরমদা তুমিন তুমিন্না ঙাঙনরম্বদু হৌজিক্কী ফোংনা ঙাংনরক্নে। নুমিত্তু সিফাইনা মী ফাখিবগী মৈরা পায়বী পুনবা নুমিৎনি । নূপী ৫০ মুক শুরমগনি মিটিং মফমদা পূল্লিবদু।

লৈবাকমচাশা ! ওজা নোবিন্না তনৌবীগী পোৎফমদা নুমিৎ খুদিংগী ৱারেম ঙাংদুনা মতম মাঙহল্লিবসী মতম শাংলক্নে। মাগী য়ুমগী নুপীনসু ৱাকৎলকলে, ময়ুমদনা মাগী নূপীনা ৱাজরিবসী য়েংবা ঙমদ্রে। অদুনা মহাকসী অমুক্তং ৱারকসীদো, মৈরা পায়বীগী লুচিংবী ঈনে তথোৎলৈনা হৌদোরকই।

চুম্মী ! চুম্মী ! খরা হেনমল্লে ! সিফাই অমদি পুলিস থেংনবদা থৌনা ফর ফরবী নূপীশিংদুনা লাউনরকই। অসুম্না মিটিং মফমদা খন্নরবা তুংদা লৌখিবা ৱারেপ্পী -

" মশাগী নূপী অঙাং লৈরিবা ওজা নোবিন্না তনৌবীগী পোৎফমদা ৱারেম ঙাংদুনা মতম মাঙহল্লিবা মাগী ঈমুংগী নূপীনা ৱাবদা হন্না য়েংবিদবা, অতোপ্পা মশক মতৌ চঙখোনবী পোৎফম ফম্বী নূপীদনা লুনা-চান্না তৌবা অসী নূপী ওইবীশিংবু উশিত্তবনি । অদুনা লৈকাইগী মৈরা পায়বীশিংনা লেম্না থারোই, মরু কোকথোক্নুনা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লগা লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনগদবনি।"

ঙসি ওজা নোবিন তনৌবীগী পোৎফমদা ফম্লগা মাগী হৌখিবা পুন্সীগী ইতিহাস ঔরাইজে। "ঐনা পোৎফম অসীদা খোঙদারক্লিবসী চহী ১০ হেল্লে। শাংলবা মতম অসীগী মনুংদা তনৌবীদা খর্চ তৌখিবসী মপান নাইদে, লুপা লাখকী হিসাবতা পাই। হৌজিক্কী ঐহাক শেল পায়দ্রবা খুৎ তৎলবা মীশক হায়বদু ওইরেদকো। খুৎ তৎলবা মতম অসীদদি তনৌবীনসু ঐনা ঙাংবা তানীংদ্রে। থৌ-ৱা শাবিদ্রে। লাপথোক্লনীংবগী ইরাং উবা ফংলে, ওম্থোকপনি ঐসী অপঙবা তারেদকো। য়ুমগী নূপী অঙাংশিংনা ঐবু ৱারৌরিবা তনৌবী নশুংলাংগীদমক্নীকো" খল্লু খল্লুরগা মাগী নহা ওইরিঙৈগী মকম্থীদু হৌরক্লম্মী। অসুম্না পেন্দবা ৱাখলনা নুংনাঙনদুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জা অদুমক্তা মৈরা পায়বীগী লুচিংবী ঈনে তথোৎলৈনা লুচিংদুনা নূপী ৫০ মুক মরী মরী চঙলক্লগা মাবু কোয়শিল্লরে।

- করি মতৌনো ? ঈনেখোয় ময়াম্না তৌবিরক্লিবা মতৌসীবু ? ইঙক ঙক্লদুনা ওজা নোবিন্না হংই।

- ওজা ইবুংঙো ! ঙসিদি নহাক্কী নুমিৎ শুরে, অদুনা নঙবু লৌবা লাক্লিবনি। নূপী অমনা করেম্নদুনা হায়রকই।

- কদায়দনো ঐবু পুগদৌরিবদু ?

- যমগী লৈবাক্তা ।

অসুম্না অৱায়-অখুম তৌদুনা ঙাওনবদা ওজা নোবিনগী ৱাহৈদা ব্যবহার কায়বা লোন্দা খর শীজিন্নরুবদগী মৈরা পায়বীশিংনা শাউদুনা অতোপ্পা মফম অমদা পুনবা হোৎনবদা ওজানা নাম্থোক্তুনা চেন্নবা হোৎনরকখি। তাঞ্জা অদুদা অচুম্বা পাম্বা নহা অহুম চঙলক্তুনা ঈমাশিংদুগী মতেং পাংলখি। লোয়ননা ওজা নোবিন অমদি পোৎফম ফম্বী তনৌবী অনীবু ফারগা পুখি।

মথংগী নিনি শুবা নুমিৎকী খবরগী লমায়দা শেংদোকপগী কলমদা মরুকোকপা নিপা অমগী ফোটোগা কোন্ননা মখাদা মরোল অসুম্না ইরি -

"ঐহাক্না ইমুংগী নূপী অঙাং লৈনা লৈনা পোৎফম ফম্বী মমায় নানবী মতৌ লৈবী নূপী পাম্লুবদগী ঙাওদুনা মতম অমদি শেন য়াম্না মাঙহল্লুবদা, মৈরা পায়বীগা লোয়ননা অচুম্বা পাম্বা নহাশিংনা অফবা পাউতাক কয়ামরুম পীবিদুনা ঙসিদগী হৌনা পোৎফম ফম্বীগী মনাক্তা ফম্বা তোকচরে। করিগুম্বা পীরিবা পাউতাক অসীগী মায়োক্তা ঐনা চৎলম্বা থোক্লুবদি মতীক চাবা চৈরাক দণ্ডি পীবদা ইশানা য়াজরে।"

*শেংদোকচরিবা*
*শ্রীলাইফ্রাকপম নোবিন সিংহ*
*তাং ১১/৩/২০০১ ইং।*

মথংদা :- শ্রীমতি তনৌবী দেবী নূপী ওইবীগী ইজৎ শোকনিংঙাই ওইবা থবক তৌখিবগী খুদম অমদি প্রমান অমত্তা ফংবা লৈতে। মশাগী তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোকপা ঙম্বী নূপী অমনি, অদুনা মাবু লান্না লৌফম থোক্তে।

*সহী*
*সেক্রেতরী মৈরা পায়বী*

অনৌবা সেঞ্চুরি চঙলপসীদি খবরগী পাউ নুংঙাইদা হায়নৈ। হোটেলদা চা থকপা কাংবুনা। ◉

ৱারী শিংজু

# লায়রবগী পুন্সী অসী ওইরেকো

মতমদু খরদি ঙল্লিমাল্লে খন্না চৎপনি, সংকৃর্ত্তন হৌরল্লে। রাগ তারমদ্রি, মন্দির মনুং চঙবা য়াদবা তাঙ্গানি। লাকইবা ভাবকশিংদু থোঙ্গান ৱাংমদা কুংশিন্ননা লেপ্লরগা রাগ তাবা ঙাইনৈ। মতম ঙাইবা ওইনা ৱারী মথং মথং হৌদোক্লে।

- গোপালগী মচানূপীনা হন্দক লৈখিদবসী ওস্থোক্লা পাম্মুইদা, মতম চানা চেকশিন থৌরাং তৌবিরম্লবদি শিরল্লোইদবনি। অহন অমনা হায়রকই।

- রেডিও অমদি টিভিদা ঙাইহাক লৈতনা মীরোনবী নূপী অমনা চেকশিনগদবা হীরম্দা ঙাংলিবসী মপা মমা অনীদু করিমত্তা তাদ্রবজাৎলা খঙদে। অতোপ্পা অমনা ৱা পাংলকই।

অতোপ্পা অমনা - লায়েং বিজ্ঞান্না অসী য়ৌনা চাওখৎলবা মতমসীদা চাবোকপগী চিংনবদা শি হায়বসী তাবদা কয়া নুংঙাইতে।

ঐনা ইবুক্তা খল্লী, ঙাওনরিবা পুন্নমক অচুম্বা ঙাক্তনি। হৌজিক সরকারনা লৌখৎলিবা চাবোকপীগী য়াইফ থৌরাংশিংসে লায়রবা চায়াম পোকপা গোপালগী ইমুংদা য়ৌবা ঙমদে হায়বসী ঙাংনরিবশিং অদুনা খঙবা ঙমদ্রে। গোপাল মতৌ মনাওনা মচাদু মতম চানা লম্ফেল ডাক্তরদা পুনবা হোৎনবদা শেলগী উপায় লৈখিদ্রদুনা মীঙোন্দগী পূনবা কয়া হোৎনৈ পূবা ফংদে, অরৈবা মাল-চাং য়োম্থোক্লবা হোৎনবদা উপায় লৈতে,মাগী লৈজরিবা হায়ববু মানা লৈনরিবা ইংখোল মচেৎ অদুখক্তা ঙায়রবনি। মদু বন্ধোপ থম্নবা হোৎনবদা লৌবিনবা কনাসু লৈখিদে। সহরদগী অথাপ্পা মফমদা লৈবা খুঙ্গংশিংদা চাবোকশঙগী খুদোংচাবসি

মতিক চানা লৈবা থোক্লগদি ঙসি লায়রবা গোপালনা তারিবা দষা অসী তারম্লোইদকো। ইরেবাক্লা নীংখা তন্বা চহী ৫০ হেল্লবা ফাওবদা লায়র-ইনাকখুনবা থোংমান্ননা লায়েংবগী খুদোংচাবা ফংদেদকো, ঐদি গোপাল মতৈ মনাওদা চৈবগী মহুত্তা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাসন তৌরিবা কাংবুদা শাউনীংলকখি।

রাগ তারে,ঐখোয় চঙনদুনা ফম্লরে। অহল ভক্তি ব্যবহার খঙবা খরদি পাক হেক ফমদে, মন্দির অকোয়বদু খুরুম্মী অমখক্তা নত্তে মখোয় মঙা তরুক্নী। মফি ফুরিৎ ফৈজোম শিংদু চোং চোং লাউবা লৈমায়গা শোক্লবদগী চুবা য়াওনরে। কয়াদনো মৈতৈ ঐখোয়গী চংনবী মচা মমৌনা অদুক নান্না শুরক্লবা ফিজোলশিংদু লৈখোম তৈবা পাম্মুবিপোং নত্তে। ইশৈগী রাগ হেক তাবগা গোপাল মতৈ মনাও অমদি লৈখিদ্রবীগী মৌপৱা মনাওশিংনা থম্মোয় শোকপা খোম্থাংদা সনাহনবীবু কৌদুনা কপ্লদু তাবদা ভাবোক অয়াম্বা কপ্লে । ইশৈ শক শোল্লিবা, পুংয়েবা ওজাশিংদুসু মনিপুরগী শক্লাইরবা ঙাক্তনি। রাগ তাবদগী অতং অখম নাইদনা শেল থায়; মরক মরক্তা অথাফিসু য়াওই। নাম শোল্লিবা ওজাশিংদু শেম্থা কুংবনা মরম ওইদুনা নীংথিনা ফম্লগা শকপগী তাঙ্গা ফংজদে, উপ্রাক্লনা কুম্লগা শকপনা নম্মি। গোপালগী মরুপ মপাংশিংসু থাবা য়াবা থায়। শেম্থা ইরাং খঙলবা ওজাশিংসু ফজনা শকই। ইশৈগী শেম্থা খজিক্তং লনবগা পুংয়েবনা ফুগংনবা হোংনৈ, চোলোম হেক্তা তৌই। শেম্থা কাংবু হেক্তা চঙশিল্লি। মতমদি ঙসাই পুং ১২ তাবদগী হৌখিবনা পুং ৩ তারে। ইশৈ লোইবা নাইদে,পালা তরুক পুংয়েবা অনী থারগা নিপাল, মোইবুং খোংবা, সংকৃর্ত্তন মপু,বৈদ্য পুন্না তরামাথোইনি। অমমমদা লুপা লীশীংগী মথক্তা তারমগনি,ফি থাদবীদনি। অসুক য়াম্বা শেল অসী মচা লায়েংবদা শীজিন্নরবদি নুংশিবা মচা শিরম্লোইদকো, মৈতৈমচা ঐখোয়গী হে চংনবী নারিঙৈদা শেলগী তেংবাং তৌনদে, শিরগদি হায়নবা নাইদনা তেংবাংনৈদকো। খল্লু খল্লুরগা তাইনফম খঙদনা শাউনীংবা পোক্লকই। কুইনা ফম্লকপগী ৱাবনে,ৱাখল নুংনাংবনে ফম্বা ঙম্লক্রদুনা হৌগংলে, চংলমদাইগী হৌনবীদূ তৌরম্লগা থোরক্লে। ইতোমতা নত্তনা অতৈ ৫/৬ সু থোক্লরক্লে। থোঙ্গান্দা থত্তুনা সন্দেস য়েল্লিবা নহাশিংদুদগী চানবা ময়োম,ক্না,লুপা মঙা দক্ষিনা মহৈ মহৈ পায়নরদুনা লম্বী চংন-চংনা ৱারী হৌদোক্লে।

-লায়রবা গোপাল মতৈ মনাওনা মচাগীদমক শোল্লিবা শোরাংসী নীংথিনা শোন্নখ্রেদা। নিপা অমনা হৌদোরকই।

-মাগী লায়রবগী মতৌগা তৌথোরকপা থবক্কা য়াম্না খেন্নে। অমনা ৱা পাংশিল্লি।

-পালা অমদা লীশিংগী মথক্তা তারমগনি, অথাফি য়াওদনা। ফজে ফজে। লায়রজরবসু লৈবাকমচা তাই।

-ঙসাই বারহ তাবদগী পুং অহুম তাবা ফাওবদা লোইশিন্দবা ইশৈসী খরা খিৎ শাংমনখ্রে। ভাবক ঐখোয়দি ফম্বদা খুকউ -খুরাই অসী নারে। ৱাহৈদি নাম শোনবা, নাম শোনবা হায়বা নত্তে, শেল শোনবনি। শেল থারিমখৈ ইশৈ লোইশিন্দবা শেল থাবা হেক তোকপগা ইশৈসু শৎ হেক্তা লোইশিনবা। মসীবু নাম শোনবা কৌবা য়ারিব্রা ?

- ইশৈ শকপদা ঙাক তাইনবা চুমদে, শেল থাবা মীসু অদু মঙায়।

- শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হায়বসি লৈখিদ্রবা আত্মা অদুগীদমক, অৱাবা ফোঙদোকপনি। অৱাবা ফোঙদোকপদি পৃথিবীগী জাতি অয়াম্বা চৎনৈ। মসীদা লাইশোল ইশৈ, প্রার্থনা সভা অমদি লৈখিদ্রবা মহাক অদুগী ইতিহাস নৈনৈ। ঐখোয়গীদি রাধা কৃষ্ণ অনীগী নহা ওইরিঙৈগী ৱারীদা মপুং ওইনা শক্লগা পাঙথোক্লরিবনি। মসীদা ইশৈ শকপা পুংয়ৈবা ওজাশিংনা চোলোম। অঙকপনি ঐখোয়গী চৎনবী।

- চৎনবীদা মৈতৈ মচা ঐখোয়সী নোংম নোংমগী অমাঙবা লম্বীরোমদা চঙশিল্লিবনি। লাইদা কৎলিবনি হায়বগী স্বভাবতা য়াম্না মাঙহল্লে। মতমসু পুং ১দা লোইশিনবা য়াবনি, তৌদে। মতমগী মমলসু করিসু থৌওইনদে।

- হোয়নে হোয়নে, ঈমারোন্দা শক-শোনবসু নত্তবা ঐদি থৌবুগী খল্লগা ফম্বনি, হঞ্জিন হঞ্জিন তারবা ইশৈ, হঞ্জিন হঞ্জিন উরবা পুংয়ৈ মদুদা থোই না ইন্টরেষ্ট লৌদেদা।

- শেলদি লুপা লিশিং ফনা য়াম্না চংলমগনি।

- লুপা লীশীং নিফু-য়াংখৈ চঙলমগনি।

অসুম্না ঙাংনদুনা য়ুম য়ুমদা হন্নরকখি।

গোপাল য়াম্না লায়রবা মীশক অমনি। মাগী লৈজরিবা সম্পত্তি হায়ববু ইংখোল মচেৎ অমদা চরূনা কুপ্পা শঙ্গোয় মচা অমা শারিবা অদুখক্তা ঙায়রে। নোংমগী তারু তারুবা থবক শুরগা হিংলিবা মীশক্নি। মাগী নুপী নুংশি মচা মঙা

পোকই। নীঙোল অহুম পিবা অনীনি। হন্দক লৈখিদবগী শোরাং শোল্লিবসী খ্বাইদগী অহন সনাহনবীগীনি। মশম লৈশানা শিখিবা নত্তে, চহী অমরোম ময়ুম পাল্লুরবা তুংদা মপামদা হল্লক্লগা লৈখিদবনি। মহাক্না ময়ুম পাল্লুরিবা নিপাদু লিলোংদগীনি, মমিং বিজয় কৌই ফোরেষ্টকী থবক তৌই। মানা লৈশারিঙৈ মতমদা নিপাদুনা মাবু কোয়বা লাকখিবদা লৈকাইগী মীনা ইরাং খঙই। তলব চাবা নিপাদা ময়ুম পাঙ্গরবদি খিত্তং ফগদ্রা খনবদগী অকায়বা অমত্তা পীনদে, নিপাদুসু মবুক মপাউ ফৈ, শাওঙ-শাদা মাইথোং নিপা অমা ওইবগী ৱাৎপা লৈতে, লৈশাবীশিংনা খোয়দাবা অদুগা অহন ওইবশিংনা মচা ময়া ওইনীংবা মীতানি। সনাহনবীসু অদু মঙায় তোঙ্গানরপ মীয়ায় ওইনা চাউবীনি, মায়থোং য়েংলে ফজে, তুংয়ান য়েংই ৱাত্তবীনি। ঙাংথোরকপা ৱাহৈ-ৱাতা মেঙ থোৎলি। কুচু ঙৌনা রাশি লৈবীনি। মখোয় অনীগী নুংশিনবা মতৌ উবদা লৈকাইগী মীনা হরাওনৈ। মপা মমাসু লৈকাইনা শীল্লিবা ইরাংদু খঙই। পোকপদগী হৌনা চাবা শেৎপা মনীং থুংহনবা ঙমদ্রবা মচাসী তলব চাবদা লৈজরবদি খিত্তং ফগদ্রা খল্লুবনা মবুক্লীংদা নুংঙাইবা পোকচৈ। সনাহনবী ময়ুম পানবা মতমদা লুহোঙখিদে। মচা কোকহন লাইহনবু লুহোংনীংদবা নত্তে। অওঙ- অউন, মতমগী চৎনবীদা ইনবা ঙল্লরোই খন্দুনা ইশম শম্মা কন্যা দান ওইনা লোইশিনখিবনি। মচানসু মপা মমাগী লৈতবগী অৱাবদু খঙবনিনা অউনপোৎ পীদবগী থোইনা ৱারৌবা লৈখিদে। মচা নীঙোল ময়ুম পানবদা অউনপোৎ পীবা ঙমদবা হায়বসী ঐখোয়গী চৎনবীদা ইকাইনিঙাই মশক্নি। গোপাল মতে মনাও ইকাই খঙদবা খঙদবী নত্তে। উপায় লৈতদুনা পীখিদবনি। অদুবু মশুগী ষষ্ঠীদা অঙম্বা মপোৎ মচৈ তম্বিরগে খল্লি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ময়ুম পানখিবা চহী মপুম ফাদ্রিবী সনাহনবী মপামদা লাক্লম্মী। মহাক্নী মায়থোংদু নীংবা কায়বগী মমি তাই। ময়াং কংশিল্লি। মপামদা লাকপগী কেজ নৌজবগী ফিজোল নত্তে, মহাক্না শেৎ-ইল্লকইবা মতৌদু।

- ইবেম্মা নতোমতরা লাকইবসীবু? মমানা হংই।

- মান্নী ইতোমতনি।

- নঙবু খৎন-চৈনবা য়াওব্রা হায়বনি?

- ঐদি কনাদসু খৎনরুবা লৈতে.......হীক্লা হীক্লা কপ্লকই। তাঙ্গা অসীদা সনাহনবীবু লুনা চান্না তৌজবা মমাবোক চাওবী চঙলক্তুনা মোড়া অমদা ফমলৈ।

- ঈবেম্মা ! নহাকপু কনানা লাকচবা য়াওরবগে ? নমাবোক্তা তম্মু তাগে।

- ঈমাবোক ! ঐ থব্লায় য়াম্মা নুংঙাইতে অমুক হন্না চৎলরোই, সুম লৈরনি।

- হায় অপঙবী ! নহাক্কী ফিবম অসীদা নপামদা হল্লকপা য়াবগী তাঞ্জা ওইদ্রে। শাউনীংবা পেন্দবা কয়া লৈরবসু নতিন য়োৎথরগা খাঙদুনা লৈগদবা মতমনি। নত্তে নঙনা ইথা থাজদনা ঙাংথোরকইবা ব্লাহৈশিং অসীবু ননেম নকু অমদি নঙগী নিপানা করি হায়রকপগীনো ? মখোয়না ঈচাবু উশিং থৌওইদবকা ওইরল্লবা নমাবোক ঐ লৈরিবসিদি।

মঙোন্দা থৌনা হাপ্লা মমাবোক্কী ব্লাহে খরসী তারবা তুংদা সনাহনবী মনেমবোক্লা মঙোন্দা অউনপোৎ য়াওরক্তবগী, লুহোংদবগী তাবদা খাঙবা ব্লারবা ব্লাহৈনা নুমিৎ খুদিং ওৎ নৈরিবদু তমদুনা তাহল্লী।

- ঈবেম্মা ! অউনপোৎ পীরক্তবগী ঙাংবা ওইরগদি করিমত্তা চিংনরুগনু ঈপানা শোয়দনা পীনবা হোৎনরি হায়না মখোয়দা তম্মু।

- ননেম নকুনা ঙাংবা মতমদা নঙগী নিপা বিজয়দি কমদৌবা ? মমানা হংই।

- মহাক্তী য়ুমদা লৈতে, অথাপ্লা মফমদা পোষ্টীং তাদুনা লৈখি।

মপা- নহাক্কী নিপা অমদি ননেম নকুগী ব্লা তাদনা নহাক্লা হায়বদা ঈপানা য়াবা তারগদি মমৈদা অকায়বা লাক্কনি অদুনা হয়েং নোংঙাল্লগা নমাবোক য়াওনা নঙবু থিনগনি।

সনাহনবী হীক্ল হীক্লা কপ্পদুনা হায়রকই "ঐখোয়গী অব্লাং থংবদা লৈবা ঐবু লুনা চান্না তৌবিবা অহন ওইরপ তৌবী নুপী অমনা ইনেম্বোক্লা ঐবু হাৎনবা তৌরিবা অরোনবা থৌরাঙদু লোন্না ঐঙোন্দা তাকপিরকখি- সনাহনবী নঙ ঙসিমক য়ুম অসী থাদোক্লুনা চৎপ্লো, নত্রবদি নথ্বায় মাঙবনা হাল্লগনি, ননেম্বোক্লা কেরোসিন হৈজিল্লগা মৈ থানবা অরোনবা থৌরাঙ পুল্লমক লোইরবনি। অসুম্না তাকপিরকখি।"

মচাগী ব্লাদু তাবদা গোপাল শাউবনা স্বর ফী-ফী কাল্লকই- ঈবেম্মা ! মদুগীদমক্তা ওইরবদি নপা ঐনা লৈরিঙৈ মতমদা ঈচাবু কনানসু লাকচবা ঙল্লোই। হুম ! ফগদ্রা খল্লুবনা য়েক্লবগী মশক ওইরল্লবা ? ফৈ তৌসনু মখোয় করি তৌবা ঙম্বগে য়েংবা তাই। অসুম্না অশাউবগা ইরোয়ননা মচানুপীবু মাগী নাক্তা অমুক

হন্না লৈহনখি। নোংম নীনি লৈরবা তুংদা গোপালনা মাগী মঙাই নুপা অদুদা মচাগী মরমদা চিঠি অমা অতেনবা ৱাহৈদা ইরগা থাখি। চিঠিগী পাউখুম ওইনা নচানুপীগী অপাম্বা মতুং ইন্না মতম খরা লৈখিসনু ইরকখি। সনাহনবীগী নিপাসু নোংমফাও লাকখিদে।

নোংম নোংমা হৌখিবনা সনাহনবীগী গর্ভগী লক্ষণ থা ১০ মপুঙ ফারক্লে। মানা মপামদা লাকখিবা নুমিত্তগী হৌনা মশা নুংঙাইতে, মঙ-হাসু নুংঙাইতে হায়দুনা মমাদা ইতৎ তত্তনা ৱাকত্তুনা লাকপনি। মমানসু মাবু লম্ফেল হোস্পিতালগী চাবোকশঙদা চৎলসী হায়দুনা লৈবনি।

ওম্থোকপনি সনাহনবীনা ডাক্তর চৎকদবা নুমিৎ অদুমক্তা ইখঙ খঙহৌদবা বন্দ লাউথোক্লক্লে। মতম কত্তবী, গাড়ী কাংবুনা কিনবা বন্দনি। হৌজিক করি তৌবা তাই-গোপাল মাগী নুপী নুংশিগা ৱা তান্নরে। ফরে জীপ নত্রগা কার অমা ৱায়রসী; গাড়ী অৱায়মন লুপা ৭০০/৮০০, মখোয়না লাঙজরিবদি লুপা ১০০০ অমখক্তনি। হিসাবতু কোন্নরোই খঙলদুনা লৈকাইদা শেল খরা পূজগে ঐনা লৈনরিবা ইংখোল অসি বন্ধোপ  পায়বিয়ু হায়জরম্মী মদুদা শেল থংবিনবা কনাসু লৈখিদে। অসুম্না লুরবা তাঞ্জা অসীদা অঙাং উনবগী পুংফম য়ৌরে। লৈকাইগী চাবোকপীগী মায়োক্লবী নাওকনবী কৌদুনা হোৎনবদা মখোয়না ঙন্নরোই ডাক্তরদা পুনবা তৌসি হায়রক্লে। মতমদি থৱান থাগী নোং তত্তনা চুবা অমম্বা অহীংনি। বারহ মতুং পুং অমা তারে। অথেঙবা অহিংদুদা গাড়ীগী চেন্নবদা গাড়ীগী খুদোংচাবা অমত্তা ফংবা ঙমদ্রে। নোংঙাল্লে লৈকাইগী নহাশিংনা জীপ অমা ৱায়রুরে। মতম অদুদা সনাহনবীগী ফিবম য়াম্না শোকচিনখ্রে লাউ-খোংদুনা কপ্লম্বদু কপখিদ্রে মমায়দু মুশিনখ্রে। স্বর ৱানা হোনবা উরে। ময়াম চঙদুনা গাড়ীদা হাপকৎলে। ৱাইখোংদগী ইম্ফাল য়ৌনবা চৎপদা খ্বাইদগী লম্বী ফৎত্রিবসী ৱাবগাই লমখাই ফাওবনি। ইং কুমজা ২০০১ গী আগষ্ট থানি। লম্বী মতেক কি:মি: ১০ মুক শাংবা লম্বী অসি জীপনা লাম্থোক্লবা হোৎনবদা পুং ১ হেন্না চঙই। ওম্থোকপা মতৌনি লমজাও খুঙ্গং য়ৌরমদাইদা গাড়ী চাকা পমচর ওইথোকখ্রে। খুদোং থীবগী মথক্তা খুদোংথীবা অমমুক চাকা স্পিয়ার য়াওরমদ্রে। গাড়ীদা তোংলিবা মীওইশিং অদুদি শেম্বদা মতেং পাংবা ঙম্বা অমত্তা য়াওরমদ্রে। হৌজিক গাড়ী চাকাদু ফুক্তোক্লগা ৱাবগাই লমখাইদা টয়ার ৱার্কসোপ তানা দ্রাইভরনা পুবা তারে। মতমদি অয়ুক্কী পুং ৬ তারে। গাড়ী অঙনবা মখারোমদগী হাইগৎলক্কদবসু মতম ৱাৎলি। রিক্সো চেনবা লমসু নত্তে,

উপায় লৈত্রদুনা ফুক্তোক্লবা চাকাদু লমখাই তানা ইল্লগা চেনখি। গাড়ী মনুংদা লাইকন্নদুনা হিপ্লিবী সনাহনবী চোইরোল-পারোল জ্ঞান তাদনা ঙাংলক্লে, মমা নুংশি মচাগী মতৌ য়েংলগা মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। থংনবী নৃপী অমনা কপ্তুনবা থেম্লি। অসুম্লা অব্বাবা খাঙলম্লগা অয়ুক্কী পৃং ৮ তাবা মতমদা সনাহনবী সংসারদগী বিদায় লৌখি। ড্রাইভরনা হল্লকপা মতমদা ওইরম্লিবা মতৌদুদা খুৎলৈ থুনা হোৎনরগা গাড়ী মমায় ওল্লগা য়ুম তানা হল্লকখি। ময়ুম য়ৌরবদা -

মপানা - ইবেম্মা ! নপা ঐনা লায়রবদগী নঙবু মতম চানা লায়েংবা ঙমদবদগী থোক্লিবা দষা ঙাক্তনিকো। হৌনা হৌনা মচাবু কৌদুনা কপই।

মমানা - পুকচেল খঙদবা নিপাদা য়ুম পাল্লুবদগী ঈচাগী পুন্সী অরেম্বদা মাঙজরেদকো । তেংথাদুনা কপ্লকই।

সনাহনবীনা লৈখিদ্রবা মতুং শোরাৎকী ব্বা খন্নবা মতমদা মপানা ঐদি উপায় করিসু লৈজদে, মৈতৈগী চৎনবী তুংইনবা ঙমজরোই। অষ্টি সঞ্চয় নুমিত্তা ঙমজবা পোৎলম খরদং লাইদা কৎলগা লোইশিন্নবা হায়জরম্মী।

মমা- হিংলিঙৈ মতমদা শেৎপা চাবা মনীং থুংজখিদ্রবী ঈচানী। শোরাৎকা শোন্দ্রবদি ঈচাগী লাই ওইখ্রবা আত্মাদুনা করি ওইনা খনগদগে ? মদু ঐ ঙল্লোই ।

মপা - মদু নঙগী ব্বাখলগী মখা পোনবনি। শিখ্রবা আত্মানা মাগীদমক কৎপদা করিসু লৌখিবা লৈতে। শিখ্রবা মতুং শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হায়বসী চৎনবীনি, চৎনবীদি মীনা শেম্বনি। নারিঙৈদা লায়েংশেন তেংবাং পীনদবা, শিরগনা তেংবাং পীনবা মসীসু ঐখোয়গী চৎনবীনি, মতমগা চান্দ্রবা চৎনবীশিং অসীনা লায়রবা ঐখোয়গুম্বদা পীরিবা অব্বাবা চৈথেং অসি ঐখোয়না খঙফম থোকই।

মমা - হো ঈবেম্মা লাইবক থীবী ! নঙগী নরাইবক অসী ওম্থোক্লসু থীনা তম্লমখ্রেদকো। তাইবংপানদা হিংলিঙৈ মতমদসু শেৎপা চাবা ননীং থুংদবা ! শিখ্রবা মতুংদসু ননীং থুংলোইদৌরিকো । তেংথাদুনা কপই।

মমাবোক চাউবীনা গোপান্দা ওনশিল্লদুনা ইনাও মীওইবা খৃদিংমক মাগী মাগী অপাম্বদা চৎনবা য়াবা নত্তে, সমাজগী চৎনবী হায়বা অমা লৈ মদু ইনবা তাবনি।

মপা - চৎনবী ইনবা তারবদি ঐনা হৌজিক তৌগদবসী করিনো খুত্তা শিকি পায়দ্রবা মতমসীদা ...... ?

যুমথংনবদা লৈবা চাউভনগী নূপী রাশীনা - "ঈবুংঙো গোপাল শেলগীদমক্তা করিসু ৱারুগনু নংগী মামগা তানরগা থোক্কনি।"

গোপাল - "লায়রবগী পুন্সী অসী ওইরেকো।" ৱা মখা তাখিদে।

অসুম্না লৈকাইগী মী য়াওনা খন্নরবা তুংদা চাউভন্না লুপা লীশীং য়াম্খে পুথোক্তুনা শোনখিবা শোরাংনী। শোরাং মতুং থা অহুমলোম শুরবা মতমদা নোংমা চাউভল অমদি গোপাল খোল খরা কন্না ঙাংনবা তাখি, লোয়ননা গোপালগী নূপী নুংশিনা মচা কৌদুনা কপ্পসু তাখি। মথংগী নুমিত্তা নুংশি মচা মরিগা লোয়ননা বস গাড়ী তোংদুনা অৱাং পাংনা চংখি। মাগী নিপা গোপালনা মাগী রিক্সোদা পোং ময়োম খরা হাপ্লগা বস চংখিবা মায়কৈদা থৌখি। মাগী ইংখোল মচেত্তুনা চাউভন্না মাগী ইংখোনগা পুন্না শম্বন খাজিনখি। চরূনা কুপ্পা শঙ্গোয়দুসু শীদোকখি।

করম্বু হিংলমগদবা গোপালগী ইমুংগী পুন্সী ? ◉

# মণ্ডা পারম্বা
# মতমগী মৈতৈ পুয়া

হয়িচক, হয়াচক, খুনুংচক, লাংবচক চক মরি লোইরদুনা লৌনমচক চঙলক্লবদা অতিয়া গুরু শিদবনা লাইনিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা কংলৈবাক য়েংনীংলকখিয়ে। কোরৌ নোংমগী নুমিত্তা লৈগী দোলাই তোং, লৈচিন খোঙনেৎনদুনা নোংমদোন লাইরৈবাক্তগী কংলৈবাক তম্না খোঙদোইরকখিয়ে। লাইনিংথৌ খোঙৱায়রক্কনি তাবদা থাংজীং, মারজীং, কৌব্রু, কৌনু লাই অহন মরিনা অশীন অরাং ওইরগা কংলৈবাক্কী লাইয়াম হুপ্লা কৌব্রু চীংগী চীংথক্তা মতা ফবা থেন শেম্লগা হরাউ-তয়াম ইরোয়ননা ওকখিয়ে। গুরু শিদবনা ৱাইথুংলরবদা মপারী পাঙ্গনবা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পম্থৌ মপানা পামজবা শাগী শারম খন, ঙাগী ঙারম খল্লগা থোংদুনা অচৌবা চাক্লেন লাঙখিয়ে। তরা চাক্লেন চাবা লোইরবদা লাইনিংথৌগী উনবী মকা লাম্নবা লাই নূরা শকহেনবী হেলোয় ৭ না পেনা চৈজিং শৈশক শৈরোয়ননা জগোয় খুৎথেক শুনা উৎখিয়ে। মদুনসু মদোমদে। অৱাং কৌব্রু অসুপ্পা অমদি ৱাংব্রেন খানা চাউবা মতীক লৈবা লাই অনীনা খাগা-ৱাংগা পানা অনী শেম মাগী মাগী পানা পান্বোম লক্তগী লাই শাফবা চাম চাম পুথোক্লরগা ফৈজোম নীংগ্রী শেৎনহল্লগা মুক্লা কাওচোং শান্নহনখিয়ে। কংলৈবাক্কী লাইয়াম্না হরাও-তয়াম্না মাবু ওক্লম্বদুদা হরাউ মপান নাইখিদে, হন্না হন্না থাগৎখিয়ে।

লাইয়াম্না মাবু ওকপগী থৌরম লোইরবা তুংদা হৌখিবা লাংওন মরিমক্তা

লাইনিংথৌ ওইনা পানখিবা কংলৈবাক্কী শক্তম মিৎয়েং শাংখৈরকখিয়ে। চীংনা ইকোয় কোয়না লানবনগী মশক ওইরগা চীংমীনা মপানগী য়েক্লবা চঙবা ঙমদনবা লাম্মী ওইনা ঙাকহৌবা। চীংশাং পরেং অদুদা অচৌবা উপান ব্রাপান মরাং কায়না হৌ, নীংথিরবা উমং ব্রামং মরক্তা শা উচেক্লা মনীং তম্না শান্নবা, চীংদগী চেন্থরকপা লূরবা লাইজ ঈশিংনা তম্পাক্কী পাৎ তুরেন মবুক থন, য়েংবগী পেনবা নাইদবা লাইনিংথৌ অতিয়া গুরু শিদবা মশামক্লা শেমজখিবা শক্তমদু লৌনমচক চঙলকখিবদগী মথক মখা ওন্নদুনা লৈরম্বা থেংনরে। তাইবং মী মরক্তা মীহিংচা য়াম্না য়াওরম্লে। কংলৈবাক্কী লানবনগী মশক ওইরিবা লোইবী চীংলোন মাপলগী উপান ব্রাপান তক্লা য়ানথত্তুনা চীংলুকোক তাহনবিরে। হালেংবা লৈতনা শা উচেক হাত্তোকপিরে। লানবনগী লাম্মী চীংমী মখৈসু মখোয় মশেন ওনশিন্নরগা অঙম অঙম হাত্তোক্লরম্মী। পাৎ তুরেল অরূবা লাইজনা মবুক থন্না লৈরম্বশিংদু লৈরমদ্রে। ফত্তবা অপুম্বা লায়না পোকপা য়াবা লাইজ ঙাক্তা ওল্লম্লে। কংলৈবাক্কী খুন্নাইদা অরৈ অরৈবা শেৎন খাইনদুনা চামিন্নরগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নরম্বদু ওইরমদ্রে। অঙম অঙম্বা শেত্তুনা চানবগী ফিবমদা লৈরম্লে। মীগা মীগা খেন্নবগী চাং অঙকপা ফংনা ব্রাংলম্লে। তাইবং মী মরক্তা মী হাৎনবা খুৎলাই পায়বা মশীং য়াম্না য়াওরম্লে। নীনি কাংদনা বন্দ, ষ্ট্রাইক, অন্দোলন, ধারনা, ব্লোকেদ তৌবসূ থেংনরে। লম্বী থোং, মৈ, ঈশিংগী ফিবম ফত্তে হায়বসু খঙলে। গুরু শিদবনা মায়কৈ থুংনা য়েংলকপদা নোংমা কাংদনা মীশি-মীনা থোকপসু উরে। শিরিবা অয়াম্বা লমখাঙগী তেকশি ঙাক্তনি মদুসু নোংমৈ গুলিনা পাল্লগা শিবা নহা পাখংনা অয়াম্বনি।

নীংলকপদা থুংবা ঙম্লিবা, উনীংলকপদা উবা ঙম্লিবা লাইনিং থৌনি। মিকুপ খরা হীরী কোন্দুনা য়েংবদা কংলৈবাক্কী থৌদোক ব্রাথোক ময়াম অসীগী হৌরকফম উবা ঙম্লে। লৌনম চক্তা পাল্লিবা লৈঙাক সাসন পুরিবা মখোয়না থোকহনবা ঙাক্তা ওইরম্লে। ঙসি ঙরাংতগী ব্রা নত্তে চহী ৫০ হেল্লম্লে। লৈবাক্কী ফনবা খনবা ঙমদবা মশাগীনা হেন্না খনবা অয়াম্বনা লৈঙাক সাসন তৌদুনা লাকখিবনা কংলৈবাক্লা ঙসি অব্রাবা ময়ামসী মায়োক্লবনি হায়বা খঙবা ঙম্লে। অসী ব্রাবু খঙলবদা অতিয়া গুরু শিদবা লাইনিংথৌগী মপাউ চেল্লক্লে -

- তাও! তাও! নমু তাইবংপান ! তাইবং মপোক্তা পোক্লবদি নুংঙাইনা নীং-খা তম্না হিংগদবনি। হিংবদা নুংঙাইবদি, হিংমিন্নবনি। হিংমিন্নবদা নুংঙাইবদি থোং মান্ননা হিংমিন্নবনি। নুংঙাই য়াইফবা অমদি থোংমান্ননা লৈবা য়ানবা লম্বীদি অফবা লৈঙাক

সাসন্নী। অফবা লৈঙাক সাসন থম্নবা লৈঙাক মপু খনবদা লৌনম চক্কী লৌনম লাংদা থুদনবা নশানা নশাবু চেকশিনজৌও! লৌনম লাংদা থুরবদি অনম-অহা চুরবনি খঙও। অসি ৱাবু পাওমেল্লম্নগা কংলৈবাক খোঙচৎকী পুংফম শুরদুনা গুরু শিদবনা লাইরৈবাক্তা হনৱায়খিয়ে। হরি হয়া হে! হয়ুম! হয়ুম!! ◉

- লোইরবা -